# ।ঙবা কোনু

ইরবা

শ্রীহেস্নাম ম'ঙোলজাও সিংহ
শেগা লম্বেল, খাইরাকপম লৈকাই
ইম্ফাল।

মন্থ পুন্নমক অফোংবগীনি ]          মমল রুপা— ১২'০০

কোংবী :—
হৈস্নাম ওংবী সৈরোজিনী দেবী
পেগা লকেল, খাইরাবন্দ লৈকাই
ইম্ফাল।




অহানবা থুংনম
মার্চ ১৩, ১৯৮৬ ইং
মমল — ৫··

মখম :— ডি ওরিয়েন্টেল প্রিন্টিং হোম, যাইস্কুল পুলিসলেন,
ইম্ফাল।

# ৱাহৈ থরক্ষং

মোইরাং কংলৈরোম শৈশক ১২ অসি লাইগী নিংথৌ ৭ অসিগী অরোইবদি মুনুজানি। মুনুজাম্বা মী নিংঙোনগা পান্নে, মমিংদি মোংবালোন মৈরা পোমজেম্বী কৌই। মহাক্না ফাংফাং কৌবা মচা নিপা অমা পোকই। করি মরমদগী ফাংফাং কৌবনো হায়রবদি, মীনা মমা, লাইনা মপানি হায়বদগী ফাংফাং কৌবনি। ফাংফাংনা মীগী নিংথৌ অহানবনি। মাগী হাক্তকত লাইনিং লাইশোল, যাক্পি-চাকচা, ফৌগৈ-চেঙ্গে, কৈথেল ৯, লৈকাই ৮ মচিংবা মীওইবগী শেমদোকপা য়াবমখৈ শেমখি। ১তম অহুদা শোক তারিক লৈতে, থাবান্দা মুখিং খুংথেকতা চংনৈ। অহুবু হৌজিক লাইরিক ফোঙবিরিবাশিংনা শোক হাপ্পীরি। তারিকতগা হাপ্পীরবদি নুংঙাইজগনি। শোকতি হাপ্লগা তারিখ হাপ্পীদ্রিবা অসিগী অর্থদি, মমাঙথক্তা শোক লৈরমদে হায়বদা থোইনা কাইরোই হায়মা নিংঙৈ। অহুবু শেমজিনবা ওইরবস্তু শাজিনবা ওইরবস্তু লাইরিক ইবিরিবনা তারিখতগা হাপ্পীবসি পামজে। এমা ইজরিবা লাইরিক মচা অসিদি থংজনহুনা শোক তারিখতি হাপচল্লে।

মীগী নিংথৌ লাইগী মমৈ ওইবা ফাংফাং নিংথৌগী হাকতক্তা ফোওইবা অকোংজাম্বা অনিগী শৈশক অসি থজিক্তুং ওইনা থোকখি হায়। মসিমক থোক্তে হ য়বদি য়াত্রবা খুদম থরা লৈরি। মোইরাংদা লাইরেম্বাম্বা ফী ফৌফম, হাওগ্রাম পাং হায়বনচিংবা মরম কয়া খুদম ওইনা লৈ র।

হাওবা কোনু হায়বা লাইরিক অসি ঐগী ইপুকখোক্লা পংইতা ইশিনজবা নংচদে। ওঝা অহুমগী মোং লৌজহুনা ইজবনি। হিয়াংথাংদা লৈবা ওঝা শ্রীযুক্ত নোংথোনবম চাউবা সিং, থোংজাওদা লৈবা শ্রীযুক্ত থরাইবম দেব সিংহ অমস্তুং মোইরাংদা লৈবা শ্রীযুক্ত মাইত্রম চাউবা সিংহনি। লাইরিক অসিগী মরমদা ঐনা চিংনজবা মরম থরা লৈজবদগী ওঝা অহুম্না চুমথোকপীরম্মী। মরমদি— কোনুবু মপা ওইনিংস্নুম্বনা থাজবগী মতাং অমা, অননা খুমন কাওবগী লমচং অমা, অমনা অঙাংবু য়াম্না থিনা লাক্লে হায়বা মতাং পুম্নমক অসি শ্রীযুক্ত ওঝা অহুম্না চুমথোকপীরম্মী।

ঐনা ইজরিবা অসিবু পাঠকশিংনা পাবিবা মতমদা অশোইবা অরানবা চিনবিবা য়াওরবস্তু মসি হৈজদবনা তৌরিমাল্লে থনবিহুনা পাবিগনি অমস্তুং লৌবিগনি শিংজৈ। অমনা খুয়োম শাগৈ অসিনা হেরকপা পারি পুরি থরস্তু ইজরি। মসিগী মতাংদা খুয়োন শাগৈগী অহানবদি খুয়োন খাংগক্লুংবনা মোরীলেম্ববু পোকই। মোরীলেম্বনা খুয়োন হনুবা পোকই। খুয়োন হনুবনা খুয়োম ঙোবা পোকই। খুয়োন ঙোবনা খুনথৌরেম্বা পোকই। খুনথৌরেম্বনা হাওবা পোকই। হাওবনা হাওদিগোল লৌথিবা পোকই। কোনু পোকপা পন্থোগা মমিংনা মোংবান য়ুম্নাক ওইনিংস্নুম্বনি। হাওবগী পন্থোগা কোনুগী পন্থোগা মন্নপনি। পোকপদি হাওবনা হান্না পোকই, কোনুনা থরা কোন্না পোকই। অঙম্বা মতাও জনি অসি রাশকনৈ, ঐনা নুপী পোক্লবস্তু ইত্তাওনা নিপা পোক্লবস্তু লৈপুম ওইহনসি হায়না রাশক্লখিবনি। কোনুনা

পোকপা ꞉ মিৎতা খুদোৱেম্বনা হংবা লাকপদা হুইনিংঙ্ঙবা মতাওবু য়েংহনা, ঐগী ইমোম অসি মরুপ মংগী পারি অহুদা থাজরবনি। মতম অহুদা কোনু পোকপী মমানা বাঙ্গোন চংহনা লৈরিবৈদা মমাদদি তাহোই অভৈ কনা অমতা তাথিদে।

লাইরিক অসিগী নম্বা মতমদা মতেং পাংবিথিবা অশিবম ব্রজমনি শর্ম্মানা চাউরবা থৌদাং অমবু মতেং পাংবিখি। পাংবিবা মতাংদি প্রুপ লৌবিবগী মতেং পাংবখি। মসিগীদমক ব্রাহ্মণ অমা অসিগী চানবিহৈবা লমন্দি তোল্লবনা শিংজবা লোইরোই। অজ্ঞাগী লমন তোল্লবনি, ঐনা ইজবতনি, মতেং পাংবিবশিংগী লমন তোল্লবনি হায়রহনা মতম পুন্নমক্তা করম্বা মতমদা শিংজবা ওমগদগে হায়রহনা থমজহনা লৈজরি।

শ্রীমাঙ্গোলজাও সিংহ
শেপা লম্বেল, খাইরাকপম লৈকাই।
তাং ১৩ | ৩ | ৮৬ ইং

মোইরাং কংলৈ ঈশৈ

# হাওবা কোনু

ওঁ

হয় হয়াহে কে খোইয়ুম লাইনিংথৌ মোইরাং কাংলাক্লেন
নামুংবা, চিঙু নখোংথাব খুরুমজদুনা ইজরকে।

চিঙু নতিক অরুববু তাইবংবাক্তা তেংথাবা ওমলোইয়ে,
নদাইরেম নবা ওইবা ঐনা করম্মা ওমগদবনো।
চিঙু নখৌজান খোইযুম নয়লকুনা,
নাদাইরেম তোম্ববু কুষীযু হায়না খৌনিজরিমে॥

মরম লমলেন মদাইমা,
হায়মরিবা লমদমনি, শোম্মরিবা মাইকৈনি,
ইপুংলোক্তা থাংমুরেন,
কোরেক ভরেং ইমোকলম,
সান্দ মাপন ইভায়ম,
থম্বখোং লৈতংখোং ওখালৈমা কুমদমমোই,
মারেং পুহা নিংথৌনা মমনা চংলে থমমপাং,
খোঙনা কারে থমমখোং
গিরি গিয়া অনিমা ভারমদদি ভচাপুং
কাংপোকপি তুরেন্দা উথয়ালদা মমতানা হু'নাংমদবা

খোঙমেৎনা মুংবী সিদবা
খোঙদানা কাংসু লৈতাওপোকপীদা
থাংমৈ মাপল থামবা নাই
পশোং লৈমরোল থেংপা নাই
থাংজিং কোইরেন মিংথোবা
কোইরেন লৈমা মাইফাবী
খোমুন মখোয় অনিনা
মোইরাং লমদমবু ৎমুগা
কেগে কুইম্নে য়েংবিখি।

মোইরাংদা মিংথৌ স্নালখ্বা কৌবমা পানবা মতমদা মীগী মিংথৌ মতাংবদা মিংথৌ ওইরে। মিংথৌ অসিগী স্নাহাকতদা মোইরাং খুয়োম হাওবগা, মাইখিং খে মুগা অসিগী শৈশকরেরে। হাওবমু পোকপা পান্থোগী মমিংনা খুমথৌরেম্বা কৌই, মখোনা লিকলাইরু কৌই। কোম্বু পোকপা পান্থোগী মমিংদি ছইমিংতম্বা কৌই মোংবামন্নু কৌই মখোনা বাবেমচুম্বী কৌই। হাওবা পোকপা খুমথৌরেম্বগা, কোম্বু পোকপা মোংবাম ছইমিংতম্বগা অনিসি য়াম্না চামবা মরূপনি। মখোয় অনিসি বাশক্কে বায়মদি :-- পাথৌ মংলা মুপী পোকপা এরম। মিপা পোক্কবন্নু শিত্তেম লৈপুম ওইমনি, এখোয় অনি ঙাই ওইমনি হায়না বাশক্কে অমম্নুং অনিসি মিংথৌন্নু থমখিরে। মিংথৌনা খ্বাইদগী চাবা মনাইদি খুমথৌরেম্বু অচানবা মনাই ওই। খুমথৌরেম্বদি মখোম অমা পোকই, মখোমগী বাংম্নু চহু কৌই। বাংম্নু 'অমিন' চাওবা

লেপকাদ্রি ফাওবদা পাদ্রি মযোম মথা অনতম্ব তাদে। বাংলু চন্থনা চাওবা 'লৈপকাদ্রে' শংবন্থ থমদম্রবদা ভাঙ্খা লোৱাইদা লৈবা মৌরেন চৎবা কৌবা মিপা অসিদা লুহোংই। মসিগী মতুংদা থুমথৌরেন্'স থোম্মুম মথৌচাঙ্গী মপাদ্রি অমম্ব পোক্লে। মচানিপা অসিগী মমিংনা হাওবা হায়না কৌই। মচানিপা অসিনা পোকপা লোইদাম থাবুম অহুম ওরকপা মতাংদা থাংজংগী মোংদম অহৌকপনি, থুযোমগী শাগৈ পূম্নমক মালেম্বা মিংথোনা থুয়োম শাগৈ অসিবু ছুম্না হাংখি। মরমদি - মিংথোনা হায়বা বাবু শাগৈ অসিনা ইমথিদে হায়বগীদমক্তা মিংথোনা শাউদুনা হাংপনি হায়দা।

---

# থুয়োম শাগৈ তুমখিবগী মতাং

অহৈ মোটরাংদা লাইগী মিংথৌ তরেৎনা পান্থফদগী মীগী মিংথোনা শিন্নবা মতাং অমিলা যাথমলোই লাই তরেৎনা মীনীদমকপু ফমবা তৌবিসি হায়নগীবু চিক্লা যা লানবা লৌরক্লে। মহু মীশিংনা ভুমচৎনা মিংথোনা হংগৎলি। নিংথৌ অহুগী মমিংদ কাং কাং পোংলেন হৌবা হায়না কৌই। মকাইলিংনা হংগৎপা 'বাবু তাবদা' মিংথোনা শাওদুনা লাই তান্নবা হুরো হায়না যাথং পীৎনা মী পূম্নমক হৌদুনা লাই তরেৎ অসিবু হাংকলি হায়দুনা তাময়ে। মহুদা লাই তরেৎনা শাউদুনা কংলাগী

লৈখোংবু অহিংদা থুগাইরমলে। মতুংদা মোইরাংসি লৈখারোম-দগী ঈশিং কাউরকতুনা মোইরাং লৈবা মাগ্রমনা লোইবা চীংদা চেনে। লৈপাক পুম্নমক মীকপ মীরাও চনে।

মতাং অহুদা নিংথৌনা হায়, মসিবু কনানা লৈখোং তাই-সিনবা ওমগদগে হংলক্লবদা. মীয়াম্না হংগৎলি। ইনিংথৌ মনাই থুয়োন মুরিলেম্বদি কাইরিবা লৈখোংসি য়াথংলোইনা থুগাইবান। য়াথংলোইগা মোরিলেম্বগা য়াম্না চান্নে মোরিলেম্বনা তাইরবদি ওমগনি। বা অসি তারবদা নিংথৌনা মোরিবু কৌহুনা হায়, হে মোরিলেম্বা! নংনা কাইরিবা লৈখোংসি তাইযু হায়রবু। মোরিনা খুমখৈ, ইনিংথৌ। নাইনা থুগাইবা লৈখোংবু মীনা তাইবদি ওমলোইদা ইনিংথৌ। নিংথৌনা অমুক তাকপি, নংনা মসিবু তাইব্রবদি নশা অঙাং ওমবা তাই হায়রবদা, মোরিনা নাই তরেংপু থিরক্লে। মথোয় নাই তরেং অহুদি তাকমুগা লৈরমই, মথোয়গী মশাদি অমত্তা ওইশিন্নদে, মকোকতি তরেং ওরমই। মোরিনা হায়খৈ— ওক তরেংমক মথোয়না কংনা লৈখোঙ থুগাইরমহুনা ঐবু তাইযু হায়রে. ঐদি তাইবা ওয়োই; তাইব্রবদি ঐবু নিংথৌনা হাংকনি হায়রে। ওক তরেংনা লৈখোঙ তাইবগী মরম তাকপিযু, ঐবুদি কনবিযু হায়জরবদা নাই তরেংনা চানবিহুনা তাইনবা মরম পুম্নমক তাকপিখরে।

চৎলো মোরি, নংনা নযুম হেক য়োবগী ঐথোয়গীদমক আঙৌবা মরম তরেংনা ইরাংন্নু। মতুংদা লোইমুমশৈ কৌবা ভ অহুগী লৈয়ৈ অমবু শারগা ঐথোয়না তাক্লিবা নিংথৈ অসি

শোন্দুনা খুজিল্লু, মতোমদ তাইশিনৰিগনি হায়না তাকপিরম্লগা লাই তৰেৎ অহৌ নাবু ওইনা তাশিন্দুনা থুপৰে হায়বগীবু লমলেন অসিবু তাসিকোন হায়না কৌখিরে।

অসোমদা মোরিস্নু মমুম ম্নোংগা অঙৌবা মৰম তরেংনা লাইবু ঈরাংবগে মতুংদা মোরিনা লোইমুমবৈনগী নৈরে। অমা শাওনা লাইনা তাকপিরকপা মিংথৈবু শোনগা নৈথোং খুজিন্দুনা তাইশিনরে মোইরাংগী মী পুম্নমক অমুক হন্না মুংঙাইনা পাম্নবদা, মিংথৌনা মোরিবু চানবিরমনা মনা মথিল কিরোই ওনা পুম্নমকপু পীবিরে। অদুগীম্নু মথক্তা থাংগ চৌংলক অচনবগী শোয়কন অসিম্নু মোরি মংগী নচা-নম্নু পুমনমক্তা নৈন্নিবমথৈদি চাজবো হায়দুনা পীবিখিবনি। অতবু ম্নালখ্রামা পামবা মতম অসিদা নথোয়না শোয়কম অসি চারকপা নিংথৌরোল মঙা ওরে, নথোয় চারগদু. নিংথৌ ঐনা চারগনি হায়রে। মতুদা খুয়োন শাগৈনা য়াখিদে হায়বগীনমক্তা নিংথৌনা শাওদুনা খুয়োন শাগৈ অনি ভুমনা হাংপনি হায়দা॥

# খুৎয়োন হাওববু মচেমদা শিন্নবা মতাং

মোংমগী সুমিত্তা নিংথৌ স্নালখ্রমা মনাই খুন্থোকরেম্বদা তাকপিখি। "তারিবত্রা অচানবা! নিংথৌ ঐনা মংগী শাহৈ ভূমনা হাৎলেদো হৌজিক্কি মংদা মঙাইরেদো; কয়েংগী সুমিত্তা মংগী য়াইবী মাঙবা তারে" অদি হায়খিরে। খুন্থোকরেম্বস্তু শিরদি খঙলহুনা যোংবা ময়ূমদা কুমখি। পায়মা পিথূকখ্রংদস্তু খজি, ঐদি শিরগনি, পান্নি হাওবা কোবা অঙাং পুমনাম কনগে খন্নুনা আহং তাংলো অথেংবদা মপ খ্রী হাওখ্রবু শমু মমদা পোত্নুনা ভাংখা লৌনাই পাংলকলে। আহং অসিদা মচানুপীবু হৌদোকচুনা হাওববু শিরে। "ইমোম ইবেম্মা! তারোদো, ইপাদি হয়েংগী সুমিত্তা নিংথৌগী স্নাখুত্তা য়াইবী মাঙবা তারেদা; ইপানা য়াইবী মাঙখ্রবাদ খুয়োম শাগেদি মুৎলেদে, মচানিংথৌ অসিদদি ইমোম মংমা য়োকহোরো। কেগে মোইরাং অসিদা অঙাং অসিবু খুয়োম শাগে মচানি হায়রবসি খংকমগনু, মহাকমক্তী পান্নি শাহনা ইচানি হায়না য়োকউকো"। মসি হায়রুনা মচেমদা শিন্নরমলগা খুন্থোকরেম্বদি যোংবা ময়ূমদা চংলকলে।

মসিগী ইৎহংঙানবদা খুন্থোকরেম্বদি নিংথৌগী স্না খুত্তা লোজা-খরে হাওবগী মমা লিকলাইস্তু কৌবিস্তু মবুংঙোগী মচুং ইনখ্রগে খননখি। মরমদি ইছাবী থংলেম মহাক্না লোজাগ্রবস্তু পারা ইবুঙো হাওববু য়োকচুনা পুজি লেমগদোবস্তু নিংথোনা হাৎপিখি-গনি হায়বগী মরম্না ইচা নিঙোলদা থৈহনা খনখ্রে। ঐনা ইহংবগী কামনাকম্ব লৈজরেদা, ইথংলেনগী মচুং ইনকখ্রগে হায়রহনা মতোমত্তা

চাহৈদবা চারগা. মাইবী থবাই থাখি হায়দা। অসোয়দা মোইরাং নিংথৌন্নু খুক্নৌরেম্ব! মোক্সাৎনদা য়েক্কবা লৈত্রে ঐমা নিংবু খুনে। থাঙ্গ চিংনকী শোইবু নিংথৌগী ওইমা মুন্নুমা চাথে।

মণিমন্নু থমজখিগে। ভাংথা লৌবাইদা য়ৌখিব' হাওবস্নু মোংম মোংমগী চাউরকপম! মপুং ফাবমক ওইরবন্নু অঙাংদি যগংজম যণডাক ভমলকপে মভাং অসিদা লাওবগী চেংলৌ শকতম্বু ঊবশিংমা হাওবদু থাগৎমখি মাস-নী অঙাং অসিদি নিংশৌহৈনা ফজেদা কনাগী মচানো ভাংনরকই। কনাগুম্ব-শিংমা হায়রৈ মোরেম হনবগী মচানি হায়. কনাগুমমা হায় মত্তে মত্তে মোরেম হমবগী মচাদি মত্তে। মাসাদি নিংথৌগী মচাহুম ওইরমগনি। মসিনা চাউরকুবদি শোইদনা মোইরাংগী নিংথৌঙম ওংরগনি হায়না ভাংনখি। মীয়াম্মা ভাংনরিবা বা অসিবু নিংথৌগী মাকোংদা ভাথে। নিংথৌনা মপূক্লিং চিংনহুনা অঙাং অসিবু হাংলগে হায়মা থনখি।

মোংমগী খুমিত্তা নিংথৌনা মীয়াম্বু কোম্নুদা কৌথংহুনা বা ভায়খি হায়দা। "ভারিবরা অয়ুম অথৌনিজাহেনবা, থয়াং কোন্দ ই লোমবথোই ভারেদো। লমদেন ভাংথা লৌবাইদা অঙাং অমগী মতিক ময়াইবু নিংথৌ ঐমা ভাখি। মানা হয়েং চাউ-রক্লগা নিংথৌ ঐগী কন্নালবু শিল্লগনি হায়না ভাংনরয়ে; মসিদু নিংথৌ ঐগী পূক্লিংদা চিংনয়ে অঙাং অদু পিক্লিঙৈদা হাংথৌসি"। মখোয় অমা নিপা অমা চৎনু. মাবু হাংলবদি মখোয়মা পাম্বা ময়াবু নিংথৌ ঐমা পীগনি হায়রবদা, নিংথৌগী মমাই ময়াম

মরক্তগী তমবা নিপা তরাখক চোংগোরকতুনা চংখে। চংখিবা নিপা তরাসিগী মমিংদি:- ১। কোবা, ২। থাংজা, ৩। থুম্বা, ৪। পাম্রিংবা, ৫। মারোং চাউবা ৬। অমুকাবা, ৭। মাচাউস্থ. ৮। মরিংঙম্বা ৯। লোইয়াম্বা অমম্বং ১০। লাইজহনজবনি। মখোয় তরা অসিনা মথুংতা থুংলাই পাইদুনা ঙাংবা লৌরাই-রোমদা পাংলকখি।

অসোম ঙাংখা লৌরাইরোমদদি করমদৌরি, অঙাং খুয়োম হাওবদি মথামবাশিংগা শান্নদুনা লৈরম্মী। ফকৈদা খুয়োম হাওবা কোবা অঙাংদো, খ্বাইগা সুৎখাম মান্নদে, মশকস্থ ইতোপ তেংথী কুচুদস্থ, রাঙাংদস্থ, লমচংতস্থ মীগা মাগা ২ক মান্নদে। ১০রম অহ লৈবনা মাবু হেক উবদা নিংথৌগী মনাইশিংনা মসিবি হায়বসি লাইমা থওবা ঙমখি। নিংথৌ মম,ইশিংনা হাওববু থূদক্কা হেক উবগা কাংরে। মতম অদুদা হাওবগা শান্নমিন্নরিবা অঙাংশিংস্থ লোইনা কাইদুনা চেনপ্রে। মখোয় ময়াম্না চেনখিদুনা হাওবগী মচেম বাংস্থ চদুদা তমলুরে। ইমা তাও! ইতাওদ কদাইদগীনো মকম ইথং থংহৌদনা মুপা তরাখক্কা ফাদুনা পুস্ত্রে হায়না তমলুরে !

বা অহ হেক তাবমক্তদা মচেমস্থ চেমখোকলকই। হাওবদি মতম অদুদা মুপা তরা অদুনা অঙাংগী মখোং মখুং ভুংবুনমদুনা মনমগস্থা পোথংলি। হাওবনা অমুক মালেমদা চোংথৈ। মখোয় ময়াম্না অমুকস্থ কাদুনা পুগদৌবগী তোংনরি। মতম অদুদা বাংস্থ চদুনা হায়জেয়ে "করিগীনো ইবুংখোয়! অঙাং মনা তইরিবা

অসিনা ইবুংথোয়গী নকমদা করি লংজবা লৈহৌনা অঙাংবু কারিবনো, থাদোকপীয়ু।" অঙাংবু, হায়হৌনা চেনশিল্লকলে। মহুদা নিংথৌগী মনাইশিংনা চৈরকই—"হায় নুপী অঙাওবী নংগী মতিক লৈত্রা, চংথোকখ্রে, নিংথৌগী য়াথংবু কিদবরা। মপুগী য়েক্লবা অঙাংনি, য়াইবী মথল্লায় লৌগনি ননা থিংবা মতিক নত্তে, হায়হৌনা মশম পায়হৌনা মাসেমলৈদা চিংথরগা থরো কাংক্রম ওনন্না মালেমদা কাউথোকহৌনা থমম্মি। ৱাংস্থ চন্নুনা মী কনা লৈবনো য়েংথিবদা নিংথৌবু কিবনা মী অমত্তা উখিদ্রে। মতৌ অস্থুম তৌহনস্থু লাওরকই। হাঃ মোইরাং লৈকাইগী ইপা, ইপন, ইবুংশিং কনা কনা লৈবগে, মরাল লৈতবা অঙাংবু ফাহৌবা, পুন্দুনা পুবিথরে মথল্লাইদদি কনবিয়ু হায়না লাওরকই। কনা অমত্তা থোকলক্তে। মতাং অসিদা হাওবগী মচেমনা শাথরবা কঙ্গীথক্তা লেমলৈ চংনা হম্প্লদা মৈশা খাংঙমদবা লেমলৈনা কঙ্গীনুংদা চোংবগুম্না ওন্না-থোইনা কপ্পুনা লৈহৌই হায়দা।

## হাওববু লোইবীথক্তা পুখিবা মতাং

অসিগী মতুংদা খুয়োম্না কপ্পুনা হায়জে—
পন্থৌ ইবুংঙো অঙম্বা ঐবু থরাই কনবিয়ু,
ঐবু থাদোকপীরম্মু অস্থুম হায়না কপচখি।
তমথিরবা অঙম্বা থোংইনবু তাখিদে।
হাওবা কৌবা অঙাংনা মমাবু কৌহৌনা কপ্লকই,

হাঃ পলেম ইবেম্মা! নচানা ইমাবু কৌজরি;
খুম্বীরকউ ইমাও, নচাগী য়াইবী থৌরাইবু থাবা
তারে ইমা!

পম্বৌ ইবুংঙো অপোকপা কোরৌ মোংদগী য়েংলকউ
নপারী লাইবকথিবদি ঙসি কোরৌ নোংজাদা
ইরাল লৈতবা অঙাংবু য়াইবী থরাম্ন লৌগদৌরে।
পম্বৌনা কনবিয়ু, নোংদোন থক্তগী কুনলকউ,
হ.ওবা কৌবা অঙাংনা মাইকৈখুদিং য়েংহুনা নোংলেন
থোংগুম কপচরি।

পোম্বীচেক্লা অপিখক শংগুদগী নাইতোম তা
মপাং য়াউত্রবা চেক্লানা অরাববু ওইহনা মতোমতা
ঙাওহনা পায়বগুম লোইবী চীংদোন য়োখরে।
ওম্বা নিপা তরানা পারি অঙাং কপকনু,
নংনা কপ্পুনা কান্নরোই য়াইবী মথরাই হিংলরোই।
রাহৈ অহবু তারগা হাওবনা কপ্পা কপ্পা হঙ্গচৈ —
হাঃ পম্বৌ মানবও! মোংবা নরাং য়াইহুদা পারি-
নমোম শাংতবরা পারি শাংপা মশেন্নি, নমোম পোম্বা
ঙাক্তনি,

অপোকপা নপারিগুম থন্দুনা, অঙাংগী য়াইবী কনবিয়ু।
অম্মুম হায়বগা লোইননা খুদাং পিরেন তৈহনা,
অঙাংনা কপ্পা উবদা নিংথৌ মনাই পুন্নমক
পায়মা পিপূক মুংহুদা মুংশিদবা ঙমলক্তে;

মমিত্তগী মপীনা মালেমলৈদা তাদুনা হিক্লা হিক্লা
কপ্পা হৌরক্লে।

মখোয়না কপ্লিংও মিকুপ অদুগী মতমদা,
হাওবনা কোয়ৌনোংবু য়েংদুনা নুংশিরবা রাঙাংনা ;
পলেম পম্ভৌ অনিবু কৌরদুনা কপলকই।
"হাঃ ইমা অপোকপি, পম্ভৌ ইবুংঙো নুংশিবা!
নচাগী য়াইবী থরায়গা হকচাংগা খাইনরবদা অঙাং-
নরা নচাদি,
পলেম-পম্ভৌ অনিগী লৈফম লমদম খংব্রদে,
লাইরৈপাক্কী লমবেন্দা পলেম পম্ভৌ অনিনা
নচাবু য়াংলৌ লমখাংদা ঙাইবিরম্মু, ইমাও।"
অসি হায়দুনা মীকপ্পবু তাদুনা মিংথৌগী মনাইনা
অমাং নুংশি রাঙাংগা লোইনবা রাইদুনা হংলি—
হে অঙাং শকহেনবা! পারি মংবু কপলগনু রা হংগে
অশেংবা নপাওবু পুক্লিং শেংনা খুম্মুদা
মংবু পোকপা পম্ভৌগী কোলোই মিংলেন তাকউদা
পলেম নমাগী মিংলেন্না করি কৌবনো হাইয়ুদা ;
মপুকশেংনা পাউ তাক্লবদি য়াইবী নথরাই কনগনি।

মতাং অদুদা হাওবনা হিক্লা হিক্লা কপ্পগা লোইননা পাউ-দমজৈ:—মিংথৌগী মনাই ইপনখোয়! তোল্লবা অঙাং ঐদি পলেম পম্ভৌ অনিগী চেংলোশকপু খংজহৌদে। ঐনা পোকপা থাবুম অহুম শুরকপদা পম্ভৌদি মোংগাথি হায়না ইচেমনা

তাকপি। ইমা ইবেম্মাস্নু পন্থোগী হৈম্না মতুং ইন্দুনা নোংশাখি হায়, ঐবুনা পোকমিন্নবী ইচেম অহন্দা শিন্নরম্মী হায়। অত্তুদগী ইচেমনা য়োকপিত্তুনা হিংলকপনি, মরম অত্তুদগী ঐনা ইচিন-ইরোন থোক্লককপদদি য়োকপীরকপি ইচেমদা ইমানি থন্দুনা ইমা-ইমা কৌত্তুনা ঙসি ফাওবদা ইমা কৌজরি। ইচেমনা ঐবু তাকপি, ইচেমগী ইবুঙো মুংশিবা! ইমা নত্তে, ইমা হায়না কৌগন্নু, ইচেম হায়না কৌগদবনি হায়না তাকপিরবদা, হমাদি কনম্বো হংজবদা—"ইত্তুনিংথৌ ইবুংঙো, ঐখোয়বু পোকপী-পোকপা পলেম, শজ্জিক মতুং ইনথরে, থাবাগী মমৈ রাইনা নোংগাথরে। পন্থোগী মিংলেন্দি খুনথৌরেম্বা পলেন ইমানা অহোংবী চন্নু কৌই হায়না ইচেমনা তাকপী"। ইচেমগী মিংলেন্দি রাংস্ন চন্নু, তোল্লবা নচা ঐগী মিংদি হাওবা লমজা কৌজয়ে। অস্নুম হায়না পাউমেনলকলে।

হাওবগী মপাউবু তাবদা নিংথৌগী মনাইশিং অত্তুদি কোরৌ নোংখোংবগুম্না কপলকলে, অত্তুগা অস্নুম্নস্নু হায়রকই—হাঃ মোইরাং লালোই অঙম্বা! কোরৌ মোংদগী য়েংলকউ মপারি নরা অঙাংবু ঐখোয়না থংহৌদবনা নিংথৌগী য়াথংবু, ইন্দুনা য়াইবী লোগে তৌরুবা, ঐখোয়না লানবা পুন্নমক নংনা শাওত্তুনা মুঙোন রারৌগন্নুকো; অস্নুম হায়বগা লোইননা তেংথাত্তুনা মীকপখিয়ে। অসিগী মতুংদা লৈমাইথক্তা লৈরিবা হাওবা কৌবা অঙাংবু কৈরাথক্তা পম্নগা থজাই লেংঙোন চুপ্পুনা মুংশিরবা রাঙাংনা হাওববু পাওমেনখি। "পারি খুয়োন হাওবঙ!

মংবু খংদবনা য়াইবী নথরায় লেরগনি তৌরুবা অদোং পীপুক মনুংদা নুংঙাইতবা থনগনু, ভুজিক্তি নদি মোইরাংদা লৈরগনু ইবুংঙো। কেগেদা লমজা পালহদে, মোইরাংদা শারা লৈহৈদে লৈহদে লমদম অসিদা লৈরনু নথরায় পুন্নুনা চেনথরো, ঐখোয়না মংবু থাদোক্লগে. পরি নহুৎশিন্দুনা তাউবা হুইবু হাংলগা অদোং ননি হায়ন্নুনা মিংথৌগী মখোং খাদা ওইদববু অংইশা, ঐখোয়না পাউদমলুরগে, মংদি য়াইবী পুন্নুনা লমদন তাম্না চেনথরো” অস্নুম হায়না তকপীরে।

মা অসিবু তারগা হাওবনা পাউমেমজরকই, পান্থৌ ইবুংঙো তরামক নচাগী থরায়বু কনবিবা, করিমা লমন শিংগনি য়াইবী থরায় হায়বসিদি লৈগে ফংদে, য়োনবা লৈতে, মমন অস্নুক্না থরায় মমম ওইগনি হায়বা লৈত্রববু নচাগী য়াইবীবু কনবিরে, কনবিবগী মমন্দি অদোং নরা ওইবনা শিংজবদি ঙমদরে ; মিংকী পিরাং তারিবা অসিনা মমন ওইবিয়ু, মাহৈ অসিবু হায়ন্নুনা হাওবনা তেংথাজরকই। তম্বা নিপা তরানম্নু পারি মংগী থরায় কনবগী মমল হায়বদি ইপাখোয়দা পনগনু চেক্লা ওইনা পাইথরো; কাইদোংফম কোইমা থিরুরো। চেক্লা য়াইবী হিংনবা লমদমবু তাকে, য়েংঙদা—নমাই নোংপোক ওন্দুনা লমদম্নু তাম্না য়েংঙদা লাইজনা তরং হৌরিবা পোম্বীনা শায়াম তারিবা লমদমসি-মিংয়েং সাঙ্গৈয়ু—কেগে মোইরাং লোক্তাকনি, লোকতাক লাঙ্গৈজা ইয়াইদা চেক্লা মংবু থাদোকে ; পোম্বীলক্তা তান্নুনা মংগী শাগম চাওনবা কোইমা পাইববু তমনুখো। চেক্লা মংনা শাগন তুকাং

কন্দুনা কে‘ইনা প ইববু ভন্নগা নযুম মোইরাংদ। হ‘কউ, হয়েং নংনা হল্লকুগা পোংস্বী নংবু কংকপা কনানো হায়বহুদি কাউগনু, ন.মা হল্লকত্রি ফাউবদি ঐখোয়না পারি ন.বু ভাইরমং, ঐখোয়গা ম গা উন্নসিকো ইবুঙো। রাহৈ অসি হায়রগা তস্বা মখোয় তরানা নোংলেন খোংবগুম কপু না চিনগোই পাউমেনবিরক্লে। হাওবনস্সু হায়জৈদা-ইপা ইবুংঙো অপোকপা ভসিদগী হৌহুনা পন্থৌ নখোয়গী নচানি হায়না খনবিয়ু. খুম্বৌরস্বগী মপারি হাওবগী মপোক অহুদি ভসি পুন্সি লোইরেদো; ভসিদগী হৌহুনা পন্থৌশিংগী নপ রিবু ওইজরে। ঐনা লমলেম লোক-তাকতা য়াইবী খরায় মাংখ্রবদি খংদরেকো, খরায় মাংদবা খোকতুনা মোইরাং ইরৈপাক অসিদা হল্লকপা মতাং অহদা নপারিনা সেবাবু তৌজরগে অপোকপা। মসি হায়বগা লোইননা খোংশাল্লগে তৌরকলে। নিংখৌগী মনাইশিংহুনা অমুক হন্নবু খাহিখি; পারি খুয়োন হাওবও, ভলাক পুঙ্গোই তপথখো, কোয়ৌ মুংখিল পোবোপ্পা নংনা লোকতাক খোংশাল্লবদি য়ারোইকো, কবিগুস্বা মোইরাংনা উবাখোক্লবদি নংবুস্সু ফাহুনা হাংকনি, ঐখোয়স্সু খরায়বু হিংলরোই। হোয়েন নোংয়াই-চবুক খাইরক্লবা মতমদা পারি নংনা লোকতাক পাংহুনা কনাবুস্সু খংহন্দা নমু-পোংস্সু উহন্দনা চৎলুকো, ইপাখোয়না তাওবা হুইসি হাংতুনা কেগে মোইরাং পাংলগে হায়রম্লগা তমবা তরাহুস্সু কেগে মোইরাংদা চংখে।

হাওবদি অহিংগী মতম ভাইহনা নৈলহৌরে। মতম কৌবী ইমাদি লেপ্পা য়াদে হায়বগুম খজিক-খজিক নতম হৌখি। তস্বা

তরাস্থ অঙাং অহু য়াইবী মথায় মাংলে অস্থুম হায়না পাউদমলে। নিংথৌনস্থ হয়াইহুনা মখোয়দা মতিকচাবা মানা পিবিখে। অসিমা অমুক থমজখয়গে—অহিংগী মতম ওইরকতুনা হাওবদি লোইবী চীংদগী কুমথরক্লুনা লোইরাং খুনয়াই শম্না কেগে ময়াইবু খায়না চেল্লকপদা য়াখল অমা নিংশিংলকই, নিংশিংলিবা য়াখন্দি মমাশক্লা নাওয়োকপী মচেমবু নিংশিংলুবনি। খল্লুবদা কপলকই, ঐদি লোকতাক য়োংথুগনি, ইমাশকপী মহাকতি ঐবু নুংসি য়াখলবু খনবদা মতম শাংনা য়াথুনি অসিবু হায়না খল্লগা মখোং থাংববু থোক্লরে। অহুনদি চংথুগে হায়ববু চংখিরোই. ইচেমদা তাকলুববু তারে, অসি হায়নবু খল্লহুনা নোংয়াই চবুক থাইরবা মতমদা হাওবনা ঙাংখা লৌবাই তম্না চেল্লকহুনা মচেম য়াংস্থ চনুবু অহিংদা হোদোকলকই। য়াহৈদি অস্থুমস্থ কৌরকই—হাঃ পলেম ইমাশকপী! হোগংলু, মহুনিংথৌ হল্লক্লে, ঐগীদমক য়াবিবা য়াইবী থরায়বু হিংজরে শাম পাঙ্গল চাউদ্রি ফাওবা লমদম তাম্না চংহুনা লোংলুখিগে। ঐহাক্তি ঐনা লোকতাক কুমলমদাই অসিদা ঐগীদমক য়ারবী ইমাবু পাউমেমজগে লাকচরি। অহিংগী তাংলো থেংখয়ে নোংয়াই ইচিকস্থ তানখয়ে, থেংলবা মতম অসিদা মহুনিংথৌ ঐহ কপু তয়ালুকলেম-খাকপু লৈরবদি ঐগী থো সাজলমদায় অসিদা খরদদি চাজখিগে. ইমা খোমলেন মিকপথোকপিরো চংলমদাইগী মতমদা ইমানা থোজানবু পীনবিয়ু নিজরি।

অস্থুম হায়না কৌজরুববু মচেননস্থ খুমলক্লে. মবাইনস্থ খুমখিদে। খু লকয়বা অতদা হাওবদি নোংলন থোংবঙুম

কপলক্লে. হাঃ ইমা শক্লবী নহুন্নিংথোবু নপারী নত্তে হায়হুনা মুংশিববু বাংপরা নিংথো দগুবু কিহুনা লোংহুনবু লৈবরা. নহুনিংথো ঐনা কৌজববু ইমাশকপীনা খুমদবদি ঙসিগী নোংজা খুম্বীদনা লৈবিহৌরো. ঐদি লোকতাকতা কুমজথুগে ; মতম-খরদি ইচেমগী চেংলোস্থ উবরোই ঐবু য়োকপিরকপগী লমন্দি নহুনিংথোনা অঙাং নবা ওইবনা শিঙমন্ত্রেকো ইমা ; ঐনা লোকতাকতা লোংলুরগা য়াইবী থবায় হিংবাথোক্লবদি হাওবা ঐনা হল্লকলবা মতমদা ইমাগী লমনবু শিংজগেকো হাক্লা। ঙসিদি খুমদহুনা লোংহৌরো, নোংমগী নোংলেন অগদা মুংশি পুক্লিং চংলক্লবদি হাওববু লমদম অমদা থিক্লগনু কেগে লোক-তাক ময়াইদা খুয়োন ইমিংবু পন্দুনা কৌবিয়ুকো ইমানা। মতম অহুদা নহুনিংথোগা উন্নসিকো ইমা, অসি হায়না কপ্পুনা লম-লেন লোকতাক পাংখরে।

—: * : —

# হাওবনা লোকতাকতা কুম্বগী মতাং

হাওবনা লোকতাক খোংবান্দা নোংয়াই চবুক থায়বদা বাকয়ে হিবু ভোংহুনা তোংলেং পালোইলাক্লা মৌরেম খুত্তা-স্নুনা মমাই নোংপোক পাংহুনা মৌরে খোংকাপ ভৌইনা হোলক্লে। লোকতাক ময়াই থাইহুনা চরাং পোমাই শংহুনা হৈকক শৌজিন-লকতবু হি হোল্লি। থাব উল্লেন ভারকপা লৈচিন্না নোংদোন

কুপলকপা, নোংমদে'নগী লিক্লানা তারকপনা মনম নমথাং চরৈদি য়াওদেদো. খাব উললাংনা মাগী চরৈ-নমথাং ফীবু ওইখরে। কোকুতা লিক্লা তাবগী চেম্বকপা মচুমা হকচাং পুমচোং-চে ংখরে। ইংলবা নামিবা নুংশিংনা লিরি খোংদোই ছুল্লকপদা হকচাং পুবা ঙমদরে, য়াদ্রা খোনফম থোকখিদরে। অসিগুম্বা মতমদা হাওবনা ইমা কোতুনা মাইকৈ মরি য়েংলগা মীকপখিয়ে। নমু কনানদি তাখিদে,চেক্লা পোত্নীমখৈনা মুন্না মুন্না য়েংনখি। অস্থুম তৌনা হাওবনা লাকপসিনা মরম লমলেন থাংগ, কারাং চী খোং স্নোরক্লে। লোইবী অতুগী চীংখোংদা লায়ফ্ম কৌবা ফুম্বী য়েনগাও অমা লৈ।

ফ্ম অসিগী মথক্তা তৌজা, পুল্লে, কমবোং পাংখোক হৌরি। মতুগী মথক্তা হাওবনা কাখংতুনা ফ্মশং থাংপোক অমবু শাতুনা নোংলেন ঙানবা ফাওবদদি থাংনবা শারগে খল্লুনা তৌজাক্না মখোং ওইতুনা য়ুংলগা কমবোং মনানা কুপ্তুনা শাজরে। মন্নুংদা হাওবনা চংতুনা খাব উল্লেন থাংখিয়ে, অস্থুম্না খংলবস্থু ইংবদি কোকপা ঙমখিদে। মরমদি মথক্তা তাখিবা উনগী অয়িংবনা হেনজিন্নকলি, করি তৌসিগে। চরৈ নমথাং অমতংবু লৈরবদি ঐগী থবায় অসি হিংবা য়াংদোবনি, অতস্থু লৈত্রবনিনা কয়িবু তৌসিবা খল্লুনা য়েংলকই। থাবনগী মঙাল ংরদি ঙাল্লি, হাওবনা য়েংথোকখিবদা লোইবি চীংখোংদা নহাব লাইজ ঈশিংনা চাওরিঙদা লাইজথক্তা তাওবা ফ্ম, ঈশিংনা কংখ্রবা মতমদদি অকংবা লৈমায়দা তাতুনা লৈববু, কোয়ৌ

ঙুংশানস্থ য়ৈহুনা পুকুং কংলবা ঙুস্বী খরবু হাৎবনা উরহুনা, ঙুস্বী অকংবা অহুবু মচেৎ মচেৎ ছুহুনা থাংপোক মনুংদা পুশিল্লগা, মচেৎ অমনা খংপোক মনুংদা থাহুনা মাইখবু ওইরে, ফুস্বী মচেৎ অমনা কোমশিন্দুনা মোলাং ওইরে, ফুস্বী মচেৎ অমবা হাৎবা থক্তা চরৈ ফৈজুপ ওইহুনা ইমুংঙানবা ফাউবা লেমখি হায়দা।

—:*:—

# হাওবনা নোংঙাল্লক্লবদা খল্লকপা মতাং

মোংপোকথংবা মাইকৈদা চিংথৈ কৌবী লাইরেম্মানা অঙাংবা চরৈনা নমথাং ওই, অঙোবা চরৈনা কোকথোল ওই, অমুবা চরৈনা থাংচেৎ ওই, চরৈ ফীজোল মচু অহুম্না মাগী নৈতেং ওইহুনা মোংপোক মাইকৈ ঙাল্লক্লে। কবোগী মিংথি তোর্বান্দা ছুইথৌ লাবা চিকেলে, লাইরেন লাবনা য়াওল্লে অঙাংবা য়েনবা, পুক্লময়েম অমুবা য়েনবা, লোইমোম ফৌকৈয়েন, অঙোবা য়েনবা কশায়েন, মপন শংয়াংথক্তা তো হুনা চেক্লাগী শাগন ভুফাং য়ৈনা কেকুক্লে হায়বা খোঙ্গাংনা ইনুং ভাইবং য়াকাইরে। লোইবী-হেনবী অমুবি তলাথক্তা কায়দোংবী উফৈথক্তা য়াইরেকপী কাক্লা লমপাউ চেল্লক্লে। চরোইনা তেতু খোংলক্লে, য়োইময়াই মালেম অঙানবা অঙাংবনা খিং খিং কারক্লে। কোরৌ মৈশা কংবদা হাওবগী অইংবগী অরাবহ্ খরা খরা কোক্তুনা থাংপোকমুংদগী

থোকতুনা মাইকৈথুদিং য়েংলকই। অইংববু কোক্লবস্থ অরান্বগী মৈচাক্তি হেন্না থোইনা চাংকলকই; করিবু চারগা হিংগবা, চাদবনা শিবা তায়। অসি হায়না খন্দুনা হেন্না ব্রাবা ওইখরে শিপুকনুংদা খরুকই। খোয়া চিন্দায় মেরগে, ঙমুগী চোপ্পা থেমদুনা লেমলৈ ঙাবু ফাদুনা থরাই অসিবু হি নবা।

অসি হায়না খন্দুনা মনাদা য়ানবা কৌয়ান নামা লৌথোক্লে। মদুনা খোই শাদুনা, মঙবতা শিবা লিক্লাংগী লংগুং অদুবু লৌদুনা খোইরি ওইনা শেমলে। লোইবী চীংখোংদগী মালেম লৈমাই খোতুনা তিনবী তিনগোং ফাদুনা, মদুনা খোইচাক ওইদুনা লা বন খোইবু চোপতুনা লেমলৈ ঙামি থেমলক্লে। অনিফাই অনি চাই, অছুন ফাই অছুন চাদুনা হাওবগী থরায় হিংলিয়ে। লোইবী চীংদা কাদুনা য়াইরিবু খাংলগা ব্রাকংগা মৈবা চিংদুনা খাম্বী মৈ লৌদুনা ঙা অদুবু লৌদুনা চারিদা, মদুনা থরায়বু হিংলীবা অমস্থং লোকতাকতা হৈকক পাল্লি হায়রে, হাওবদু হৈকক চাদুনা লেনবদি য়াদবরা হায়বদা; মতম অদুদদি ব্রাকচিং থা ওইবনা হৈকক পান্দে মতুংদা হৈকক পাংলকপা মতমদা হৈকক চারগা লেল্লাখিগনি। অম্মুম ভৌনা লেন্দুনা, হাওবনা লেমখিবসি চহি তরুক লেমখিয়ে। চাদবনা য়াংদপক, শিদনবা লেমবনি অদুবু শিদবমিনা পাখং ব্রাই—ব্রাইবু ক্লারকলে। হাওবনা লোকতাকতা কুমখিবা চহি মাপনগী গুরকপা মতাংনি। লোকতাকতা মান্না লোংপা চহি তরুক গুরকপদা পাখং অমগী মতৌ ওইরক্লে, চাইরুংদি মযেং তাই, ময়াংদি কংই, অম্মুন্না

রানা হাওবনা লেনবসিবু থাংজিং কৌবা লাইমা উবিহনা মনাইবু থৌজাবিগে খল্লকলে।

মোংমগী সুমিত্তা থাংজিংনা পন্থোইবীদা তাকপিরক্লে— তারিবরা পান্থোইবী! ইনাই খুয়োম হাওবনা লোকতাকতা লোৎপসি চহি তরুক শুরকলে, রাবনা মথরায় মাংখিবা তারবদি মোইরাং থাংজিং ঐগী খুৎশেমদি মাংবা তারে। মরম অসিনা মংনা খুয়োন হাওববু মোইরাংদা পুখৎতুনা য়োকত্রবদি থাংজিং ঐনা শেমখিবা খুৎশেমদি মাংবা তারে। মংন চৎতুনা হাওববু মোইরাংদা পুখৎনবা লাক্লরো, মংগী থৌরাং নত্তনদি ঙমলরোই হায়রবদা পান্থোইবীনা হঙ্গৎচৈ। "হে ইবুংঙো লাইনিংথৌ! মনাই ঐবু ঙকলেদা হাওবদি মোইরাং নিংথৌগী য়েক্লবা ওইরিবনি। মরম অসি লৈবনা হাওবগী অরাবা ওইগনি নিংঙৈ।" রাকম অসিবু তারগা থাংজিংনা মোমোম কোক্লহনা তাকপিরি, তারিবরা পান্থোইবী! থাংজিং ঐনা মোইরাংদা লৈরিঙৈদা হাওবগী য়াইবি লৌগদৌবদি কেগেদা মক্ল ছন্দ্রিয়ে, ঐনা শান্নবা ঙাক্তনি; মংনা রাকম লৈতেনে খংত্রবদি তাক্কেসে—মোইরাং হুইনিংসুম্বগী মমোমলোই নুরা য়াইথিংকোম্নু কৌবীসে থাংজিং ঐনা শেম্বা, হাওবা কোন্নু লৈপুননি খংলো। কোন্নুবু মংনা লোকতাকতা পুথরো হাওবগী লৈকমদা অমি অসি শক খংনরগা কোন্নুনা হাওববু পুখৎহল্লু; কোন্নু মাগী মরাংয়াইদা লোন্না য়োকহনসি, অস্তুম হায়না থাংজিংনা তাকপীরে।

মতুংদা পম্মোইবীস্থ কোনুগী ময়ুমদা লেংলকতুনা অহিংগী মতম থেংলবদা নুপী অহল অমগী শকতম্ভ লৌহুনা কোনুগী মংলান্দা ফাওররে, রাইহেদি অসিনি :— "কোনু কোনু ইবেম্মা হৌগংলু, ইবেন্না রা হায়গে: মংগীদমক্তা রাবনা ইবেমদি লৈবা য়াম্রহুনা লাকপনি" হায়ররে। কোনুনা মং অহুদা খুমজে, ইবোকনা করিবু ভাকপিগে হায়বনো হংলবদা? অহল অহুনা হংবিরকলি—মংবু নুপী ওইবগী নয়ুমবু মশক থংলবরা, অমম্মুং পুন্সি লেমনবা নরল লৈজরবরা হংলকই? হনুবীগী রা অহু তাবদা কোনুনা খুমজে—"ইবোক মশুগী য়ুমদি পম্মৌনা শারিবা য়ুমজাও অসি ঐগী ওইগনি, নি ভোল ইভোমতা পোকপরিনা ঐগী য়ুম ওইগদৌরিবনি, অমম্মুং পলেন পম্মৌ অনিনা লৈরিবা ম্না-লুপাসি নিংভোল ঐগীনি" অম্মুম হায়না খুমজে। রাকম অহু তারগা হনুবী অহুনা নোক্লহনা হায়—"হা কোনু অপংবী! নপাগী য়ুমজাও অসিদি খাম্বী মৈনা চাকখিবা থোক্লবদি মংগী য়ুম লৈখিগদ্রা? পলেম মমাগী মরল লৈরিবা অসিস্থ হুরানবনা মোংমা হথবদি মংগী মরল ওইগদ্রা? মসিদি মংগী মরল নত্তে, য়ুম অসিম্থ মংগী য়ুম নত্তে, নুপী ওইবি মহাক্কি য়ুম অমম্মুং নরলদি ইবেনমা তাকলমগে থংজো। মোইরাংদা লৈরিবা পাখং ময়াম অসিগী মমুংদা থরায়না তাবা কনানো খল্লগা মসিনা ঐগী অরেপ্পা ওইরনি হায়বা পাখং অহুদা নংগী থরাম হকচাংবু কথোকতুনা প খং মাগী হৈনা মতুং ইল্লহনা পুন্সিগী পনথুং য়োবা ফাওবদা থ'দোক্তমা ইঙ্গবা অহুবু য়ুম মরল কৌবনি থংজোও"।

অস্সুম হায়রবদা কোম্না হংজে—ইবোক ঐসে থরায়মা পামজবা পায়মমা খোইদাবা অমত্তা লৈজদে হায়রবদা পাম্হোইবীনা মতাং অসিদা খুয়োনগী শকতমবু উহল্লগে খন্দুনা হাওবগী শকতমবু উহল্লে। মতুদি পাম্হোইবীনা হাওবগী শকতমহু য়েকতুনা পীবনি। কোম্না হাওবগী শকতমবু হেক উবদা পিপুকনুংদা খোইদাজ, নুংশিবগী ইথক অমবু থোক্লকই। চুংগী নুংশিবদা নত্তবা থরায় হকচাং পুম্নমকপু মংলান অহৌদা কোম্গী খাকচবা থমদনা কখোকখি। মতুংদা কোম্না হায়খি, ইবোক মাহুগী অয়েকপহু ঐগী হৈইজগে নশুদা পীবিরমলো হায়ববু। পাম্হোইবীনা-হে কোম্ অপংবী মচিদি অয়েকপনি কাম্নরোই, নবুংঙোনি থংজহৌরো।

ঙসিগী নোং হেক ঙানবা মতমদা রাকয়ে হিবু তোংহুনা নবুংঙো অহুবু খিজরু, মানা লৈবদি থাঙ্গা করাং চৌংখোং, কুম্বীরেন তাওথক্তা মমশং খাংপোক অমা লৈবনি। খাংপোক অহুগী মনুংদা কোম্ নংবু ঙাইরি। নংনা নবুংঙোবু খিহৌদ্রবদি হাওবা অহু শোইদনা য়াইবী মাঙলনি, নংগী অনি সুদ্রবা লৈপুমনি, হাওবাহুনা শিখ্রবদি নংদি হন্দক্নি মপোক অসিমদি থংসে, লৈরাং ওইনা শাংপদি মপু লৈতবী ওইগনি শিজেন মতোমদা মাঙজরগনি খংজোকো ইবেন্মা। অসিবাবু হায়রকপা হুম্বিহুস্মু মাঙখারে, কোম্সু মীপক থোক্লে।

কোম্ হৌগংতুনা ফমজ মতাং অসিদা কোম্দো ফমফম থংদরে, লৈকমস্মু থংদরে। ঙসাই মঙলান্দা উখিবা অহুদা

মিংতা পকপগুম, থম্মোয়দা কাহংনা শংলবা কোকপা ছমজবা মচুগুম শংখিবনা কোন্নুহ্ নুংবংবা, খোইরাংবা, হকচাং নিকপা, ভু-চুংবা, ছমাংশৌব, কুচু ওনবা অসিনা চিংবাখিবিক্লা মথং-মথং মশাদা থোক্লরে। লৈকম খংজ্রহনা মনাই মুপী পোংনুবু ইফিংফিংনা কৌরকই। অচানবী পোংনু! মংবু হৌগংলো, ঐবু লৈকম খঙদরে। পোংনুস্থু মবেম্মাগী য়াথং তাবদা হৌগত্তুনা চংজরক্লে; কৈদৌবিরবগো ননাইদবু তাকপীয়ু? কোন্নুনা হায়, পোংনু ঐগী খোমলেন মঙলান্দা ওম্মোক্লা নুংশিরবা শকতম অমবু উরম্মী। শকতম অহু উক্রবদগী ঐসে লৈবা ছমদরে, অসি হয়রগা হিক্লা হিক্লা কপলকই, লৈমইথক্তা তুখরে। মবেম্মাগী মতৌ অহুবু উবদা পোনুংনা কোন্নুগী মশাদা ছমাং কাবহ্ কবোদগী তল-লা, শেম্বীদগী কোনা-লাঃ অফিংগীনা কাংহাঙ্গরোই, মুংথিলগীনা ছমায়লোই অচিক অশা থাঙ্গনারোই তঙ্গল কোনা হুমাইবু শমু মথুংবা পাইহনা তপ্পা তপ্পা হুমহনা মবেম্মাগী থৌগনজৈ অম্মুয়া ঙাইহাক লৈরগা কোন্নুনা তপ্পা হৌগংলি। মিংতগী পীরাং তাহনা অচানবী মনাইদা পাউ অহু তমজৈ। তারিবরা অচানবী, ঐদি লৈফম খঙদরে, মুপী ওইবী তোক্লিদ্রা; চেক্লাগী মপোক্তা পোকচবী মুংঙাইহ্রিজিয়া। ঐনা পোম্বী ওইরম্লবদি অহিং অসিদা পাইহনা মুংশি মাগী মনাক্তা য়োংলবরি। উচেকমক্তি মত্তবনা মাগী মনাক্তা পাইজবা ছমরুদে, ঐবু কুরি তৌসিনো মুংশিবা মাগী মনাক্তা কপ্পি ভৌরগা য়োসিবা। পলেম-পম্বো অনিগী মীথাপোয়া লৈবক্সা

মায়দা খোংগুন থিজবা ঙমগনি হায়বস্তু থিংদেদো। ঐনা লোকতাক কুমলুগে হায়জ-থিজবস্তু য়াবিরোই, মুপী ওইবী তোল্লিদা, পলেম-পম্বো অনিগী য়াথংদি—

"ঐনা চংকে হায়বদা মখোয়নস্তু য়াবিরোই
চেক্লা পোম্বী অপীথক তেনরা কৌবি পোম্বীচ্
উথুংদগী পিক্লা, উথুংদগী ফাক্লরে,
চাউনববা য়োকপিরে, চেক্লানা কাংখোং ফাবক্লে,
পাইখোকখিনি মতাগুম, মখোং য়োঙ্গিং থাংলগা
অক্লা থক্লা পুন্দুনা থম্বা মতৌগুম
পাইথোকচবস্তু ঙ·লোইদো,
করি তৌসিগে অচানবী" তনিক তনিক হংলকই।

মবেম্মগী বা তাবদা মনাই পোংমুনা হংগচৈ—ইবেম্মা ঙসিগী ইমুং ঙাল্লগা পম্বোগী য়াথং লৌরসি। পঙোনা য়াবি-য়বদি ইপু-ইনাই অমিনা কেগে লোকতাক কুমচুনা মানজা খোংগুলবু থিক্লসি, অসি হায়চুনা হংগচৈ। অস্নুমা হায়নচুনা লৈরিচৈ, মতম কৌবী ইমাদি লেপ্তুবনিমা মোংপোকথংবা মাই-কৈদা চিংথৈ মঙাল কাউরকলে। ইমুংশোরাস্তু ঙাল্লক্লে, মিংচোল পোকপা পম্বোস্তু য়াহৌঙমা হৌচুনা মাংগোলল্লাংদা কল্লিদো।

মতাং অচুদা কোম্ পোংমু অমিস্তু পম্বোগী য়াথং লৌজগে হায়চুনা লোইরোই কাইদ থোক্লকই। পম্বোগী ম্নমাং মখৌ-বোমদা লোইরোই লোইরোই লাকচরি। ফজেদা কোমুদো

খোঙথাং তপ্না থাংবদি করিগী মনিংথিজনো,
মপাগী স্নুমাং মথৌবোম, থাংলক্লিবা খোঙথাংদো।
তেমন্নানা মাংলেমদা চংপগুম, কাংঙ না খোংচং তম্নগুম,
অয়ুক্কী য়েন্দা মাংহুদা, পাঙ্খোবুস্নু কিবগুম তৌ,
তাংজা লুক্কা লাকইদো।
ছুইখিংস্নুরা পঙ্খোনা, মমোম নাকপা উবদা
মচাবু য়েংহুনা হংলকই।
ইপাগী লাংলেম ইবেম্মা!
ইমোম-মপু ননাইনা করিবু হায়নিংবা লৈহুনা
ইপাগী নাক্কা লাকপনো? অসিবু হায়হুনা হংলকই।

কোনুনা পঙ্খোবু য়েংহুনা মুজা নোল্লক্কা হায়জরি। "পঙ্খোও অপোকপা! ঙসি কেগে লোকত'কতা চন্নু ইতা ময়াম-মক ঙাখিবু থেম্না চংকদোরি। মখোয় ময়াম চংপদা নমোমস্নু ঙামি থেমলুগে"। মাচাগী য়াবু তাবদা, ছুইখিংস্নুম্না হায়রকই, ইপাগী ইমোম ইবেম্মা! ইপানা পুক্লিংদা য়ানিদে। কোরৌ-মৈশা লাংলগা য়াংবন লৈনা মৈয়বদা মাইথোং কালিতবগুম, থাজ মানবা মাইথোংদো লাংশিনগনি চংকনু।

পঙ্খোনা হায়রকপা য়াথবু কিরহুনা কোনুনা মাইথোং লেমাইদা লুকহুনা তপ্না তপ্না খুমজরি। "পঙ্খোও অপোকপা! পঙ্খোনা য়াবিদববু নমোমস্নু চংপা তোকচরগে"। য়াফম অসি খুম খুমহুনা, তাংজন্নুক্কা হন্দোকখি। মমোমনা খিংবা কাইনা হমখিববু উরগা ছুইখিংস্নুম্না হংলকই। ঙাইখোদা কোনু, ইপানা

ৱাবু হংগেদা, কনা কনাগা লোইমহুনা ইমোমনা চংকতৌৱিবনো ? কোন্নু মপাগুবু খুমজরি ইতা ময়ামগা চংচগে। মিংঙৈ'লগী মপাও তারগা, পম্মোনা অমুক হায়রকই,—ইপাগী লাংলেন ইবেম্মা, হাকনা কুইনা চংকন্নু, ইপাগী থরায়দি নহাকনি ; পম্মোগী থরায় ওইবনি। নহাকপু মিংকুপ অমতা উদবদা ইপাদি লৈযম খঙদেদো। ইমোমগী ননিং থুংনবা ৱাংলেন খরদং চংলুরো, কোরৌহনবা নুমিৎনা থোংনাংময়াং পাংত্রিঙৈ ; পম্মোগী মোংবা য়ুমলেন্দা খোংকাপ নৌরৈ য়াংনা হলরাই-রকউকো ইমোন। মসি হায়না পম্মোনা মুংশিবা য়াথং পিরবদা কোন্নুনা পম্মোবু খুরুমজৈ।

মসিগী মতুংদা কোন্নু পোংন্নু অনিমক নাপচিন্না রা তারৈ। হা তয়ুম অচানবী, নংগা ঐগদা চংলবদি পম্মোসি থাজররোই ; লৈকাইগী লৈশাবী ইতাশিং ননা চংতুনা হৌরুরে', মখোয়গা লোইনসি। পোংন্নুস্তু মবেম্মাগী য়াথংবু পুহুনা' লৈকাইগী চন্নু মতাশিং, হৌমিন-কামিন্নবী মকপশিং তরাখক্তং হৌরুরগে হায়না চেন্দুনা তরাখক্তং তাকলুরে। তরাহুমস্তু মখোয় অমমমনা ১০। ১০ হায়রুরে। পাউ অসি তাবমখেস্তু ঐখোয়স্তু চংকনি হায়-হুনা মীয়াম হুপ্পা লাক্লেদো। মখুত্তা পন্না চেপসিং লোং অমস্তুং শংগ ঈ য়াইনমলোং পাইহুনা লৈশাবী পুন্নমকস্তু থুংলরে।

## লৈশাবীশিংগী মমিং :—

কেগেলৈমা অহেনবী, মোইরাংলৈমা অঙনবী, শমমলৈমা-নমোইন্নু, মোংফুলৈমা যীতৈন্নু. শজুংঙম্বী লেঙদাংফাবী, উয়েনলৈমা

থংগোংস্মু, শ্রীনিকোংয়ামবী, খাগারাজ অচানবী, চোইমৌম্না শকহেম্নবী, ক্যাংলিকফাংশিবী, স্নামম্বিকখোম্বী, অয়াংচন্নু পোম-জেম্বী, শকহেন্নু মনিকখোম্বী, লৈরাংমামবী মাতেকপী, অসিনা লুচিংবী লৈশাবী ৭৫০ লোইনমকস্মু থুংলরে।

মখোয়শিং অসিগা লোইমন্নুনা চন্নুশিংনা কোম্নুম্বু য়োমন্নুনা
কোম্নুনা ময়াইদা চংভুনা
মনাই পোম্নু অচানবীনা
মখুংতা পে মচা অমবু পায়ন্নুনা
মবেম্মাবু কোরৌ লৈশাবু খল্লিদো ফজনা কোম্নুদো।
থাংদোকলকপা খোংথাংনা,
তপ্না তপ্না চংপদি করিমনিংথিজনো,
পোম্বী তেনবানা মালেমলদা চংকুম্মী।
খোংথাং খুদিংমক্তা ফজবা,
অয়েংবা মীশিংনা হায়নৈদা
অউবাশিংনস্মু শোম্নৈদা
মাগী মতিক মিংথিববু শীংথান্নুনা লোইরোইদা।

মতাং অসিদা লোকতাক পাংখরে। মীয়াম্না মাবু উবদা তাংনৈয়ে শোম্নয়ে মিংথিদকো ইবেম্মা। নোংদম্বা মাগী খুংশেমদা করম্নবু শেমখিবা। অহলশিংনা উবদদি মশু-মচাবু ওইনিংই। মমান্নবী চন্নুশিংনা পীপুকন্নুংদা কল্লকই। পাখংশিংনা উরগা, হায়নিংবদি হায়ওমদা, থম্মোইন্নুংদা রাখম্না কুমপংনবা ওইনৈদো।

মানা মখোঙ থাংবগী খোংথাং খোংথাং খুদিংদা
ওকশমদগী হাইথরকপা নুরাগী থবাক্তা

তনিক তনিক নিংথিবা, মহুবু উঙবা পাখংশিং
অঙাংবগুমনা চোইরোনবা পাখংহুবু,
মীয়াম্না ঙাওরমান্নে হায়বৈদো।
অস্থুম তৌনা কোন্নুদি লোকতাক পাংনা খোংশানখি.
লোকতাক মপান য়োৗরগা, কোন্নুনা মতাশিবু য়েংহুনা
নুংশি-চিনগোই পাওমেল্লি,—
খোইনৌ ইতা চাংবী! নখোয় মীয়াম তারোদো
ঙসিগী ঙামি-থেম্বদি পোংনুগা ঐখোয় অনিদি,
নোংপোক পাংনা চৎখ্রগে।
খোইনৌ নখোয় মীয়ামদি
তাকমু ইথিংকোন, মাওবী শেন্দ্রা ইরাকোন
খুয়োন ঙৌবা মসোইমাং, লমদম অসিদা লৈরম্মু।
য়াথং অসিবু হায়রম্লগা,
ইনজিং হিদি খোংখাংহি হিরেম থক্তা তোংলগা
মমাই নোংপোক পাংহুনা নৌরেন খুত্তা পায়হুনা
নোংপোক পাংনা হোনখরে।
কোন্নুনা লোকতাকি নিংথিবা মিংনা উরগা
পাইমা পীপুক নুংঙোল্লী, লোকতাক লৈমা ইমাও!
ইমা নংগী ফজবসি উবদা
নিংঙোল ঐগী পুক্নিংসে তপথজববু ঙমদেদা,
ঙসি নচানা লাকচবা পামু খোংগুম থিরকপা
নিংঙোল ইতেংবু পাংবিয়ু, কংহনবিয়ু ইমানা।

চেক্লা শঙ্গু তারশ্মী পোশ্মী অনি অনি পুন্দুনা
নিংশিং য়ারিবু শান্নরি।
মসিখিবিক উবদা কোন্নুনা চেক্লাশিংবু য়েংদুনা হায়জরি,—
চেক্লা ইতা! নখোয়না অনি অনি লোইননা
নুংশি বারি শাগরি, নখোয়না নবুংঙো চেক্লাগা
নুংঙাইনা পুন্সি লেল্লিদো।
নখোয়শুম্না কোন্নুস্থ পামুবা মাবু
নুংশি য়োম্লিংনা চেংনা পুনজরদুনা
নিংঙোল কাদা থমজগে মিংজরি।
খুয়োমদী লৈফম খংবরা? খংলবদি তাকপিয়ু,
অস্থম হায়না পাউদমজৈ।
পোশ্মী মরোল খংদনা নমু মীয়োন খংদবনা
তীংঙক তীংঙক্লা চেক্লাশিংনা য়েংনৈদো।
বানি হায়বগা লোইননা থাজাকায়াং লোইবীগী
অবাংগী চিংমৈদা থুংলরে।
হেস্পেমগী তায়গং লাকতুনা ঙামী খেংগে হোরক্লে
অস্থ-নস্থ নিজরি—
ইবুধৌ থাংজিং, মোইরাং পোকপা স্বরারেন
নশুনা ঙামী খেন্না নংচদে হাওবা মাবু কংজগে
কংগদোবা লৈরবদি, নশুগী ইল মনুংদা
লেমলৈ ঙাবু লকতবস্থ ওইসস্থ।
কংলোইদববু লৈরবদি, লেমলৈ ঙাবু লকনস্থ

অসিমা খুদম খ.জগে।
অসি ৱাবু হায়ৱগা ইল অহু থাদৱেদো.
ইন শোল্লগে থোৱাংৱক্লে
হেক শোল্লকপদদি
ইলগা হঙ্গেনগা ইৱোননুংদা লৈহোৱেদো।

মতাং অসিদা কো'নুদি খংপ্রেক খ.লে। মনাই পোংনুবু য়েংলগা হায়ৱকই,—"হা পোংনু অচানবী। করিগী মতে নো, য়েংসি লাওদা অচানবী। মবেম্নাগী মপাউ তাবদা পোংনু য়াংনা খুনা চেনশিল্লকই। হ গেম তাইগং লী তংপহু উৱগা মবেম্ন'দা হংগচৈ। "তারিবৱা ইবেম্না, তংলিবা হঙ্গেম তাইগং লীনি, মসিবু মুপী ওইবী থোয়না শেম শাবদি ঙম্মরোই। কেগে-পুংদা হল্লগা ইপা ইপমশিং কনাগুম্বদা শেম্নিয়ু হায়বস্তু লম-দমমদি তামখ্রেদো, লোইবী চীংদা ক.ৱগা, মাইকৈ তৱাদা য়েংহুনা ৱিপা কানা লাকপৱো য়েংনুসি। করিগুম্বা নিপা লাকপা উৱবদি মকম অসিদা কৌশিন্দুনা শেমহনসি। মা'সি হায়নৱহুনা মপু মনাই অনিনা লোইবীথক্তা কাখংলক্কুনা মাইকৈ খুদিংবু য়েংলকপদা পুক্লিংদা ইমৌদা নোবা ৱাখল অমবু থোক্লকই। মৱমদি :—

লোকতাককী ম্নিংথিববু উৱগা হায়ৱকই কোম্নুনা
হা পোংনু অচানবী য়েংউনে লমদম অসিবু উবৱা,
লোকতাককী লাইজ অৱংবমা মিংশেমগী পান্দম ওইৱিদো
থাংজিং চীংজাউ মমিনা ইমম মমনা তারিবা

চীংগী মমিনা উকম ওই,
লাইজা তরংনা মিংশেল ওইরেদো
য়েংবদা পুক্লিং ছরেদা।
লোইবী চীংদা খোংজাই পামলৌ মৈচাকলি
মৈখুনা মোংদোন শরংসি
য়েংউনে অচানবী মহাক্না কোনু ঐগী থগ্নোইসে
নুংশি খোংগুল লিরকপা
ঙসি ঐবু শিংঙেল অরেম্বা, নৈরাং অতিঙাবু ওইরগনা
হা থাংজিং কোরেম লাই !
চিঙ্ মথৌজান খোইয়ুম নরনকুনা
পামুবা মাবু উহনবিয়ুকো লাইনিংথৌ।
অসি হায়রগা কোনুনা তেংথারিঙৈ মতম্দা
লোইবী চীংথোং লোমদগী মৈখু অন্নবু কারকই।
কোনুনা নৈনা য়েংখিবদা ক্রমশং অমবু উরেদো,
কোনুনা হায়রকই; হা পোংনু অচানবী
চীংথোং ক্রমশং অমবু য়েংখিবদা উরিয়ে
খাংপোক অসিগী মন্নুংদগী মৈখু কারক্লি।

খাংপোক অসি মী নৈবা তাই মীশু অনি শুরমলোই, খাংপোক অসি মী অনি শুমা নৈনি থাজদে; অমত্তা নৈগনি খল্লি, খাংপোক অসিনা পীকপনিনা হায়বনি। কারিবা মৈখু অসিসু মী নৈবগী খুদমনি। মী অমত্তা নৈবা ওইরবদি নিপা ওইগনি অচানবী। খাংপোকতা নৈরিবা নিপা অসিবু কৌখোকনি,

হংগেন লিচাওবু শমহুমসি হায়রহুনা মপু-মনাই অনিমক রাইয়-হিবু তেংলসি হায়রহুনা লোইবী চীংগী চীংখোংদা মপু-মনাই কুমলক্লে। নেরেম খুত্তা পাইহুনা হিরেমথক্তা তোংহুনা ফুমশং খাংপোক তমলক্লে। অম্মুমবু কৌরকই——“কেগে কমাবো! লোইবী চীংগী চীংখোংদা লাংফে খাংপোক মন্নুংদা লৈরিবা খোইমু নংবু তাবরা মুজা ঐনা কৌজরি। মুজাগী ইপাউবু তারবদি খোইমুগী নপাউ খুমলকত্ত”।

কোন্নুগী চিন্নগোই মপাওবু তাবদা খুয়োন্দি অকি পুক্লিংবু চংহুনা খাম্বী মৈবু মুংলমগা নারোন্দা লোংখরে। মৈখুনা মুংখ্রবা অহুদা কোন্নুম্ব অকি পুক্লিং চংহুনা, হিক্ক তেংমাইদা তরংদা লেপ্পুনা লৈরে। মতৌ অম্নুম তৌনা ঙাইহাক্তং মুং-ত্রংহুনা লৈরুরগা, অমুক হন্না কৌগে খল্লুনা; অমুক হন্না কৌরক্লি। “হা ইবুংঙো কমাবো, নিংঙোনগী চিন্নগোই পাওমেনবা তানা তানা খুমদবা, পাইমা করি লিংজেম্নো? লাইবকথিবী ইপাওখোমবু তারগা, নারোন মুংদা লোংপদি নিংঙোন ওইবী ঐবু হাংপগী পাপ পুবিয়ুকো ইবুংঙো”।

ফজেদা কোন্নুগী খোজেল—কবোগী শিবোং লোকচাউদা পামেনথক্তা তোংলগা তম্না কৌবী চেক্লানা লোকচন মতা-কবদা, তাম-তাম খোংবগুম, কোন্নুগী মপাউ নিংথিবী মেংনা খোংনা লাকপদি নারোন নুংদা লোংলিবা হাওবনা তাবদা খম্মোইবু লোইনা চিংখ্রহুনা ভুমিন্না লৈবা ঙমদরে। নিংথিরবী খোজেল অমম্নুং নুংশিরবী মপাউনা, কল্লবা নীচিং ওইহুনা

হাংহনা তপ্না তপ্না খুমককই। "নুরা নংবু কমাকো? ঙসি নপাউ তাবদা পাখংগী থম্মোই হুররি. নুংশি নপাউদি তারেদো, খোংদোইরকপদি ঙমজদ্রে নুঙেংনবিগনু ইবেম্মা। পাখং ওইবা হৈহাক্তি পনেমমা নাংকোন্দা, পংগৌমা নাওয়োক্তবমা অমম্বুং নিংথৌগী অকি পুক্লিংমা পনবাম লাংবা ঙংজদে। চরৈ ফীনম্বু মোংলিদো নুরাগী চেংলৌশকপু উজবম্বু ঙমজরোই"। অম্বুম্মা হাওবনা পাউ খুমলি।

কোনুনা মাহুবু তারগা নুরা মাগী মমমথাং, পাইখুরাবী নিংথিবী, হৈনংনম্বু চুরবী. লৈনমমম্বু হারবী, মমল য়াম্লবী লমথাংবু থাংগৎলে পুমলংলং, থাদয়ে পুমঙাংঙাং। মালংবনা হুম্বদা লমথাং ফীদোংা পাঙ্গৈবদি যোগীনি নোংথাং কুপকুম্বী; মিংথিরমী লমথাংবু চরৈ লাকয়েন থতুনা মবুংঙোনা লৈবা মাইকৈদ লমথাং ফীহু। ওইনা হুনজিনজে। চরৈ মাগী মতেংবু মালংবনা পাংহুনা হাওবগী মনাক্তা থমলুরে। হাওবনা চরৈ অহুবু উবদা, থম্মোইনুংদা নুংশিবগী পুক্লিংবু ইকৌ নোংনা হোৌরকলে। নুরা মাগী লিচিংনা তপ্না তপ্না খোরক্লে। হাওবনা লাকপগী মাশোম্না য়েনদাও অহুবু লেংখি।

মতাং অসিদা কোনুনা মিংচিনা হুনা য়েংলকপা জিংথিজৈদকো ইবেম্মা।—

ঙামুনা নুংশাধু য়েংবগুম তথক তথক য়েংলকপা
শজি কৌবী য়ায়ৌনা অকিবগা লোইমনা
তঙক তঙক য়েংবগুম. নুংশিববু য়েংজরি।

কোন্নুদনা য়েংবা নহেদো, হাওবনস্থ য়েংলকপা
লাংগোই লাবগী মিংয়েংনি।
ওনিনা য়েংনবা মিংয়েংদি, থরাইকোকপী তেংবীনা
তাওথুম লুদা চংবদা লিংথে কচগে নিংহুনা
তাওথুম লুগী মন্নুংদা অহেংবা কোইমা কোইনা য়েংলকপা
মথন্তা থরোকাংক্রম ওনবগুম অনিনা য়েংনরিদো।
হেক উন্নবা মতমদা নুংশি মৈনা ফংহুনা
নুংবংননা লৈনখি, ওহাক অহুম লৈরগা
খুয়োন হাওবনা হায়রকই—

ইশানৌ লৈরাং নি থিবী, শানৌ মংবু কনানো? শুমাংদা উরোং খিনবীরা, খোংজি লংশুংবু পুনবীরা, লেখোঙদা তিংখং পানবিরা; অশেংবা নপাওবু হায়বিয়ু। পাখং ঐগী থম্মোইসি নুরা নংবু উবদা হায়নিংবা রানা ফযুমশা, লেমলৈ ঙামরু পনবগুম হায়জবদি ঙমজদে। পলেম কনাগী মমোমনো, পন্থৌ কনাগী লৈরাংনো, অশেংববু হায়বিয়ু।

হাওবগী চিংগোইবু তাবদা নুরাং মানা থুমজবদি হায়নিংবনা হেনখিবা, নুংশিবনা লুতে নকা, থম্মোই পাইমান্নুংদদি ঙনিক তনিক নিকতুমা, তপ্না তপ্না খুমলকপা করিগী মনিংথিজনো। "ইছাবী ইবুংঙো নুংশিবা! নিংঙেংল ওইবীগী মংলান্দা থংলেমগী চেংলৌ উরম্বী। মলান্দা উবা মতমদা নিংঙোলগী য়াইবী মঙামক মমন য়াউদনা কংচখি। ফম কৈদবু লৈবনো, নুরা পাংগন শোনবীনা মার খোংগুন থিজরকপনি। ঐবু পোকপা

পাঙ্খৈদি নোংবান ছুইনিংগুম্বনি, অপোকপী ইমানা তোনুবায়েন চুম্নীনি, নুজাগী শিংদি য়াইথিং কোন্নু কৌজদা। পামুবগী মিলেন্দি করি মিংলেন কৌবনো, অপোকপণী মিংলেনসু নুজা ঐনা খংজগে।

হাওবনা খুমলকই— লৈরাং নংবু তাবিয়ু, পলেম পঙ্খৌ লৈজদ্রে, শজিক মতুং ইনখরে, থাবা মমৈ রাইখরে। পঙ্খৌগী মিংলেনদি খুনথৌরেম্বা, অপোকপী ইমাদি শকহেননু, পাখং লাইবক থিবদি হাওবা লমজা লাইরবা। নিংথৌগী য়েরুববু ওইবনা, কেগে লোকতাক ইরেবু, চেক্লা-পোম্নীলকসিদা য়াইবি থরায় হিনবা লংকৈ খা পোক যুমদোমপেক অসিদা পাখং থরায় হিনবা শাথুপ চ।

অসি হয়বা তারগা কোন্নুনা অমুকসু হায়জরি,-"থরায় হকচং অমিমক নখোং খাদ কংচরি ; লৌশিনবিয়ু পামুবা। কেগে পুংদা লেংলসি. পলেন-পঙ্খৌ তাহন্দনা মামজ নবু লোংতুনা নিংঙোল কাদা থমজবা পিনবিয়ু নুংশিবা"।

রাদ্ধবু তারগা হাওবনা অমুক হায়জরি—ইনেম মচা নুংশিবী ! নুরা রাখন তৌবিখো। হৈনা মতুং ইন্দুনা, নুংশি নকা য়ৌরগা নচেম কনাগী চিনগাইখোনবু, নুরা নংনা তাঙমদা, নুজা ননা থাংঙমদা, পাখং ওইবা ঐহাকপু খোংবান লান্নবা হিরেনবু পনথুং য়ৌবা মতমদা, হিরেনবু তুংদা কাওথোক্লম্বগুম হাওবা লাইবক থিববু নুরা নংনা কাওথোকলক, মতম অহুদা পাখংদি

পলেম ময়ি লৈজদে, হাওবগী য়ুমথুং লৈরোইদো হৈনা মতুং ইমবদি ঙমজরোই।

হাওবগী য়াবু তাবদা মোংসু য়াইথিং কোম্নুনা নুরাগী ছোরি খুৎসু থাং, হৈজাং মশিমবু লেম্না থাং, খেউনা মখোক পানবা থাং. থাংলেন য়াদা চিকতুনা অরেপ্পা বাশক পিরক্লে। "ঙসি মথৈ ঐহাকসি থরায় হকচাং অনিমক মখোংথাদা কচ্চরে; থাদোকপীগন্নু নুজাবু, পুন্সি পমথুং য়োৎস্রি ফাউ"। কোন্নুগী অরেপ্পা বাশক তাবদা খুয়োম হাওবসু কোন্নুগী মতুং ইল্লগে পাইমান্নুংদা থল্লকলে। নুরা ইনেম মচা, পুক্লিং নাথৈনা নুংশিবী, নুজা নম্রাথংবু মালেম লৈদা তাহল্লোই, কেগেপুং য়োরসি। অসি হায়না য়াহুনা, বাকয়ৈ হিদা তোংলক্লে। কোম্বনা মবুংঙো হাওববু হিরেনথুংদা হাপ্তুনা মোইরাং তম্না পুরক্লে। লোকতাক খোংবান য়োবদা নুমিৎনদি থেংবনা মত্তা মীয়ামসু লৈরমদ্রে, কোরোহনবসু মারণ চনথ্রে। মমমুক তোবদা কেগেপুংদা থুংলরে। পলেম পঙ্হৌবু তাহন্দনা নিংঙোল মাগী মগাইকা, পীথ্রাইবীগী য়াকোনকা, খোংত্রাইবিগী য়াইরেক কাদা মবুংঙোবু থুপচানবা থমখিয়ে।

—:*:—

## কোন্নুবু থাজবা মতাঙ

মোংমগী কোরৌ অমদা নোংবান হুইনিংগুম্বনা পাইমান্নুংদা থল্লকই। ঐগী ইমোম ইবেম্মাসি চাউবা লেপফারে, শাংবসু

ভমদমলে ; থাজবা মতম চারে. কন'দবু থ জগন্নি। ইচাগী শক্তমবু য়েংবদি নিংথৌ অমগী লৈমা ওইবদা মতিক চাগদবোই নিংই। ইচাগী ল'ইবকথিবনা, নিংথৌগী লৈমদি ওইররোই। মতিকচাবা কান্না লৈবগে পাইমান্নু'দা থল্লকই।

কোন্নু থাজবাসি ফুংনাক ৱারিগা
শৈশক্কা অমি থেন্নবা মতাঙ।

কোন্নুবু পন্থো ছুইনিংশুম্বনা য়ারে' শাতানবা চংপদা খুমনগী লমদা মৈ থাক্লবদা. কাউবনা শাওহুনা য়'ইবী লৌগে তৌবদা মচা অমত্তা পোকপীবু ছুইনিংশুম্বদা ঐগী থব য় বনবিয়ু। ইমোম য়াইথিং কোন্নুবু ননাই ওইবিয়ু হায়হুনা মচা‚। মথল্লায়গা শিন্নে হায়রনা শৈশকনৈ। মসিগী ৱাহৈ অসিগা পুরাগুম্বা ফুংনাক ৱারিগদি থেন্নরে।

# ফুংনাক ৱারি অরিবগী মতাঙ

ফুংনাক বারিদদি কোন্নুসি পন্থো ছুইনিংশুম্বনা মচাগী মতিক মশক অমিবু নিংথৌগী লৈমবু ওইহননিংই. নিংথৌ কন'নম্নু লৈমা ওইয়ু হায়রিদে। নীতৈ, লুয়াং. মোইরাং হায়রিবা অঙ্গম অসিনা মাঙোম্বা লোইপোং কারিবা। খুমন কাওবদা ইচাবু থাজরবদি চহি অহন ওইহুনম্নু, ইচাগী মতিক্কা চানরে থল্লুনা, খুমন্দা থাজগে লেপথরে।

মাসিগী মতাং অসিদা শৈশক লোমদদি, মৈ থাহুনা খুমন্না শাউবদগী হাংকে তৌবদা মচাবু থাজবনি হায়রি। ফুংনাক

ৱারিগদি খুমন কাওবদি য়ুমলেপ চারা তমদে, নুপীগী চেলৌ খংদে হায়রি। মপুন্সিস্তু মী ৱাল অহুম পুন্সি হায়রি। খুমননাদি অরেপ্পা ৱাংশক চেংলি, হায়খিবা ৱাফম ওংকই ; হায়রিবনিনা শৈশকলোন্দগীদি খেন্না। মরমদি কোনুনা খুমন্দা লুহোংবা মতমদা, কোনুদি খোইজিখাদা তাউজিং মরু তমখে, হায়না শৈশকলোন্না হায়রি। অদু ওইবা তারবদি খুমন কাওবদি খংলমলোইদ্রা ? খংলবদা খুমননা কোনুবু থমগদ্রা ? শৈশক-লোনদা হায়রিবা অসিদি ঈশৈ অসিগী শকতম্তু ইকাইনি ওাইনি। অদিদা নত্তনা কোনুগী মচা অনিসিবু খুয়োনগী ঈনি হায়রি। নিপা ওইবা অমনা ৱাফম থোকত্রবা ৱাফম ওইনা থোকই। মরম অসি লৈবনা ওসি ঐনা ইজরিবা অসিদি শৈশক লোন্দা ইজদরে, ফুংনাক ৱারিগী মতুং ইন্না ইজরি। মসি এনা হায়-নিংবদস্তু নত্তে, ওঝা অনিনা ৱারমদে। ওঝা অমদি থারাইবন-লেব সি হনি, ওঝা অমনা মাইত্রম ওঝা চাউবনি। ওঝা অনিমস্তু শক্লিংবা শৈশক লোন অসি ৱাখিদে।

—: * :—

# কোনুবু হুইনিংশুম্বনা খুমন্দা থাজবা মতাও

নোংমগী নুমিত্তা নোংবান হুইনিংশুম্বনা খুমন্দা মচাবু থাজগে হায়বা ৱাথন্দা লেপ্তুনা, কেগে লোকতাকপু লাম্থোকতুনা খুমন কুংদা চংখরে। মোংয়াই খুমন কাওবগী মফমদা নোংকপগা

লোইননা হায়জরুই। "হে ইবুংঙো অথোবা। তাবিয়ু, ঐগী ইমোম অমা লৈ.জ; মখিংনা য়াইথিং কোন্নু কৌই। ইচাসি চাউবা লেপফারে, থাজবা মত। ওইরে। ঐনা ইমোমসি পোকপা মুখিংতা ইমোম মাম্না পুন্সিরবদি খুমন কাঙবদা থাজগে হায়না রাশকচৈ। অমম্ অঙানদা সাথি থমজখি। মতাং চারক্লে খন্দুনা ইমোম্নু থাজগে হ য়ুভনিংতুনা লাকবচনি হংগংচৈ"।

ছুইনিংশুম্বগী রাবু তাবদা, খু.ন কাঙবা তু-চুংই। ওহাক তুমিন লৈক্লরগা কাঙবনা খুমলকই।—"তারিবরা অঙম্বা! নংনা হায়রিবা রাকমতু য়ানিংদে অমুকহন্না পনগন্নু ঐদি অহলগী মতমস্নু ওইরক্লেদো, হনুগী মালৈ কারেদো য়ুমলেপ চার তমদেদো। নচাতুস্থ অঙাংনি, মমান্নবা হৌখিম ক মিন্নবদা মচা অতু থাজক্লগ"।

অসি রাবু তাবদা. নোংবান ছুইনিংশুম্বনা অমুক হন্না হায়জরি। তাবিযুদা অথোবা! খুমন নংগী নকমদা থাজগে হায়না রাশকপা, থুগাইবিগন্নু অঙম্বা। ঐদি রাশক ঙাকনি, ইমোম্নু কনাদস্নু থাজরোই। মুরা নৌনা হৌজবী লৈরাং ওইবি মহাক্তি, ঐনা কন দা থাজরোই। লৈরাং পুশি মাঙহনবা, খুমননা মাংহনবগী ল.নবু চাঙনা পুবিরো। ঐগী রাশকখিবগী ঙাকপিদবগী লমন্বস্নু খুমন নংনা পুবিরো। অসি হায়না হায়রক্লবদা, খুমন কাওবতু অরাবা অমা ওইখে। অতুবু শিঙইদা খুমনদো, করম ভৌরগা মাগী রাশকপু ঙাকশিবনো, থল্লুরগা হায়রকই। তারিবরা ছুইনিংশুম্বা—ন.মা হায়বস্নু ঐ য়ারগে, ঐমা হায়বস্নু নংস্নু য়ারো। মা অতু তারবদা ছুইনিংশুম্বনা

অমুক হায়রজ ঐগী ইচাবু লৌশিনবিরবদি ইবুংঙোনা হায়বিরং-মখৈ ইনগনি হ য়রবদা। খু-ম্না অমুক হায়রকই—ফরে, অদুদি ঐনা নংগী বাশক ঙাক্লগে। ঐগীস্থ অরেপ্পা অমা লৈজ, মসিস্থ নংনা ঙাকউ। নংগী নমোমদু পুরক্ত্রনা কংলরো. ঐগী যু-দা থম্বদি খুমন ঐগী ইমোম্মকি হায়না থন্দুনা থম্বসি নংনা য়ারো। ছুইনিংশুম্বস্থ য়াজবে হায়রে। অদুদি নংনা কংনিংবা নুমিত্তা কংলরো। মসি হায়রদুনা ছুইনিংশুম্বস্থ মোংবা মযুমদা হল্লক্লে।

মহাক্লা মাগী তালোই তুনুবায়েনচুম্বিদা পাউ অসি তমখি। তাবরা নিংঙোল পোকপী! নমো অসি খুমন কাওবদা থাজরংলে ইবেম্মা। বাফম অসি হেক তাবদা, তুনুবায়েনচুম্বিনা মবুংঙো য়েংদুনা হায়জরকই,—করিব নো অঙম্বা, ইমোমদি ঙরাংদা শাংচবা লৈরাংনি। খুমন কাংবদি হন্নুগী মালৈ কারবনি। ইমোম্মা বাগনি নিংদে। করিগুম্বা ইংোমনা বাদনুংথোক্ত্রনা য়াইবী মাংগে, শিরগে হায়দুনা লাংলক্লবদি, নোংদ-থিবী ঐদি ইচাগী হৈনা মতুং ইনখিবা তাই, হায়রক্লবদা। ছুইনিংশুম্বনা হায়রকই,—তারিবরা ইবেম্মা, ইমোমদি মপাগী বাথং ঙাক্লনি নিংই। মাগী থম্মোইন্নুংগী বাখনবু করি লৈবনো হায়বসিদি মহাক্লা হংবা তাই, হায়ক্লবদা তোনুবায়েনচুম্বিনা মমোমনা লৈবা বকমদা লাক্ত্রনা মচাদা পাউ হংখি।

ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা, ইমানা বাবু হংগেদা, ইমাদা থুপচানগনু। নংবু লেপ কারে, শাংবস্থ ঙমদমলে; নিংঙোল পুক্লিংনা খোইদাবা কনাগুম্ববু লৈবনো ইমাদা হায়যু হংলকই।

মমাগী মাবু তাবদা কোনুনা চিনগোই পাউমেনজে, — করি-মানো পলেমও! নিংঙোল ইতোম পোকপনি, পলেম পগী অমিগী মাথং পায় তাদনা কনদা থরায় কচরোই। অমিগী মাথং ঙাইজরি অসুম হায়না খুমজরি। মমোমগী চিনগোইবু তারগা মমা মায়েমচুম্বিনা নোকমী নোকমী তৌহুনা ফরেদা হায়রম্লগা, লেংখরে। মবুংঙো হুইনিংশুম্বদা পাউদনবৈ—তাবিয়ুম্বা অঙম্বা, মমোমগী পুক্লিং থংজরে; কনাগুম্বা অমদা নিংঙোলগী পুক্লিং অরেম্বাবু লৈজদে হায়রি। অসামদনা মমানা পাউদমলি, কোমুদি পলেম-পম্হৌনা হায়নরিবা মাফমবু থোংনাওদা নপুম্বা তারমই। অমিনা ঙাংনরিবা মাদি খুমন্দা লুহোংবা শোইররোই হায়নরি।

কোনুম্বা মাফমসি হেক তাবদা মফম ইথং থংহৌদনা কোরৌ নোংমদোম্দগী কোরৌ অমিবু নিংথাইরক্লমা কোনুগী কোকথক্তা নবরগুন মালেম থক্তা ওম্না-থোইনা কপলকই। কপ্পা মথৈ কপ্লগা, সতুংদদি লৈকোন্দা চংহুমা তে'মত' শিক্লরসিরা থল্লকই। অহুগীম্বু মথক্তা মবুংঙো হওবনা তখবদি ঐদি মংলেদো, ঐ শিবা নত্তনা তৌকম করি অমত্তা লৈত্রেদা খল্লিদৈঙদা। মমা ইবেম্মা মায়েনচুম্বিমা মচাবু থিরকই। কৈকোন্দা লৈরগলে, মমানা মচাদা হায়রি—ইম গী ইমোম ইবেম্মা! করিগীবু কপ্লি-বনো, ইমানা হায়বা মাসি তাউ। নুপী হায়রিবি মপাম্বদা শিউ নোংদমদে, নিংঙোল ওইবা হায়বসিদি লুহোংবা হায়বসি মোংমদি শোইক্লবনি। নংনা লুহোংগদৌরে কপ্লিবহ্ কপকমু;

ইম খোইস্নু নৈশাবী ওইরকই। লুহোংঙদাইদা ঋপ্লিদো. অদুবু লুহোংখরগা অদুম লেংকই। নুপী ওইবী মংগী নথোৌনি হায়রদুনা, মমানা মচাগী পুক্লিং ফংগে হায়রদুনা মমোমগী অবাবু কননবগী দমক্তা মমানা থেমজিল্লি।

রা অসিবু তাররগা কোম্নুনা খুমইজে ইমা পমেল ইবেম্মা. মমোম্নু হায়জবদি ওমদদুনা লৈরেদ। ঐদি লুহোংবা য়াগদোবা মুজা ওইদ্রে। মরমদি মহান মোংমা লোকতাক ওামি থেম্বদা থাংগ করাং চীংয়াদা, চেক্লা মছাতাবা. মাগী কনা অমত্তা লৈজদ্রবা অমবু থেংনাক্লদুনা, নযোমনা মুংশিক্লবনা চেক্লা মাবু ফাদুনা পুন্সি লৈপুন ওইজগে নিংদুনা: চেক্লা ফাদুনা পুরক্লগা নিংঙোন কাদা য়োকচক্লই। মরম অদুনা নমোমদি লুহোংবদি য়াররোইনে, মৌগীশিংদা চনখরেদা ইমা। মমোমগী মপাউ-তারগা, মমানা শাউদুনা য়াক্লবা ময়াথংবু হায়দুনা চৈরকই। ইনাগী ইমোম লমহেনবী নিংঙোন নত্তোম পোক্লগা করিগী লমবু হেনবগে। নংনা ফাবক্লবা চেক্লা অদু করম্না পোম্বী চেক্লানো? অশেংবা নপাউবু হায়যুদা হংলক্লবদ, কোম্নুনা মমাদা তাকথোক্লদুনা খংহজে। খুয়োন শাংগে তুমখদবু খুখৌরেম্বগী মপাগী হাওবা কৌবা মহাক্তি লোয়া থুপনা লোকতাকতা মত্তোমতা লোৎভুনা লৈবনি। অসি রাবু হায়দুনা মথক্কী হাওবনা রানা লৈরকপা মরমবু মমাগী মফমদা কোম্নুনা লোইনা তমলক্লে। মমোমগী মপাউবু তাবদা রায়েনচুম্বি মনাদো পাইমা পিপুকন্নুংদা মনাইগী রাফনবু নিংশিংলকতুনা রা অমত্তা ওাংলমদদা

দুইনিংগুম্বগী মনাক্তা লাকই। মবুংঙোদা পাউ পুম্নমক তমলরে।

মচাগী ওইরিবা মওংবু তারগা ছুইনিংগুম্বনা শাউদুনা, ভসিদি ইচাম্ব হাংলগে, মীচাম্ব হংলগে হ য়দুনা থাংলেন পাইদুনা চোংথোক্কই। অদু উরগা কোম্ পোকপী মমানা মবুংঙোবু খুজেং পাইদুনা থামজিজয়ে। ইবুংঙো শাউবিগনু, ইমোমনা মনিংতম্বা মত্তে। ইমোমনা য়োক্লিবা চেক্লা অসিদি পম্ভো মপাগী য়াথংবু নৈথা তাখিনি খঙদুনা চেক্লা মাগী মখোংথিরুবনি। ইচাগী মরান্দি নৈরোই হায়না নিংজৈদা। মমাংথক্তা হৌখ্রবা ইমোমনা পোকপা নুংশিত্তা, মরুপ চান্নবা অংগী মকমদা ইমোমবু মথৌ ওইয়ু হায়দুনা রাশকখিবগা লোইনবা হায়বিখিবা রাকমবু নিংশিংবিয়ু অগুম্বা হায়রকই। ছুইনিংগুম্বনা হংলবই—ইবেম্মা। নংনা হায়রিবা রাসিবু কনাদা ইমোমবু থাজখিবা নৈতেনা হায়রবদা; রায়েনচুম্বিনা হায়রকই—তাবিয়ু অগুম্বা, চাকলুক অমদা কমমিন্নদুনা চানিন্নবা, কমকম অমদা কমমিন্নবা, তোংজে অমদা চুপমিন্নবা মরুপ খুম্ভোরেম্বা কাউখ্রবরা? ইমোম পোকপা নুমিত্তা খুম্ভোরেম্বগী মকমদা পাথৌ নংগী মপারি হাওবা কোবা অঙাংদা ঐনা পীরবনি। হয়েং চাউবা লেপ কারকপা মতমদা মথৌ ওইয়ু হায়দুনা রাশকখিববু কাউবিরব্রা? ইমোমনা য়োকচরিবা চেক্লা অসিদি খুম্ভোরেম্বা মপারি খুয়োম হংবনি তাকথোক্লে।

ৱা অসি তাবদা ছুইনিংশুম্বনা হংলকই—তাৱিবৱা ইনেমমচা, মরুপ খুম্নোন শাগেদি নিংথৌগী মথুত্তা শাগে তুমমা শিথরে, হাওবা মাদি করম্না হিংহন্নবা চংহৌবনো ? হংলবদা, তালোই মরুপ্সীনা মথংশিংনা পাউদমজে। খঙ্হৌরেম্মা শিরমদাইদা মপারি হাওবদি পোকপা মতম কুইদ্রিদো, চহি ফাদ্রিবা হাওবু মচেম ৱাংসু চপ্পুদা লোইশিনহনা থনমই। খুম্নোম শাগেনা তুমখিবদা হাওবা মাদি য়াউ হৌদে। মচেমনা মচা শাত্থা য়োকপনি। হাওবগী চহি ১০ শুরকপা মতমদা ঙাংথলোৱাইদা অঙাং অমা লৈরে, নিংথৌ মফম শিনবা তারে ঙাংমখিহনা. নিংথৌনা অঙাং অহুবু হাংলু হায়খি। মতম অহুদা নিংথৌগী মনাইনা অঙাং হাংকনি হায়হনা মথোং মখুং পুন্দুনা লে ইবী চীংদা পুথৎবদা, লোইবী চীংথক য়োৱবদা. নিংথৌগী মনাইশিংনা অঙাং নং কনানো, কনাগী মচানো হংলক্লবদা, হাওবনা অশেংবা মমিং শাগে পলেন পন্থোবু হায়দোক্লবদা— পারি নংদি শিবা য়াবা অঙাং নত্তে চেনখ্রো, য়াইবী থৱায় হিংনবা লোকতাক ইরোমনুংদা লোংলুরো, হায়না থাদোকখিহনা চেনখে। অঙাংগী মহুত্তা তাউবা ছুই অমবু হাংতুনা কোন্নুংদা উংখি। হাওবদি লোকতাকত্তা লোংলি। নমোমনা লোকতাক ঙামি থেম্বা চংপদি, ঙামি থেম্বা নত্তে পন্থোগী ময়াথং ঙাকচগে, হাওবগী খোংগুন থিরুহনা কনাগুম্বা অমবু থংহন্দনা য়োকচবনি হায়হনা পুম্নমক শিং শিংনা পাউদমলবদা, ছুইনিংগুমদি নোংলেন খোংবগুম কপলকই।

মরূপ খুদৌরেম্বা! পাখৌ মংনা ঐবু লাইরিপাক্তা শাও-রম্নগনি ভাইবং পুক্লিং ওইবমা কাউক্লরেদো। ঐহাক্তা লালবদু ভাকপীয়ু, পারি খুম্নোম লাইরবা, পারি মংবু ইপামা অকাউ পরৈ ওইক্লবনা ইপামা লাল্লবনি মংনা শাওগন্নু। হুজিক্তি ইপামা খুমন্দা থাজক্লবগী মরমদি—ঐনা তৌজবা থবক্তি অমম্লুং ইরান্দি ঐনা চুমথোকপা হায়বসি শোইদবনি। ঐহাক খুমন্দা চংহুমা খুমন্দা ইরানবু ভাকপিয়ু হায়জক্লরগে হায়রবদা; কোম্নুনা হায়জৈ "পম্বৌও! লেংবিগন্নু, খুমনগী মখুত্তা পম্বৌগী মাইবী মাংগনি। নমোমনা নোংথোন হনুববু নেকতুনা খুমন্দা চংহনসি" হায়দুনা কোম্নু পোকপী মমাগা মচাগা অনিমা চংহুনা নোংথোন হনুবগী মকমদা লাকচহুমা হায়জরে।

হে ইন্নুংঙৌ অশিংবা ইপু নোংথোন হনুবও ভাবিয়ু। পম্বৌনা ঐহাকপু খুমম কাওবদা থাজবিরে। মশুদি মৌপী শিংদা চনথরে, লুহোংবন্নু মারমোই হায়রবদা। নোংথোন হনুবনা হংলকই—ইবেম্মা! কোম্নু মংনা মৌপীসিংদা চনবদি কেপে কনাবু ওইবনো? নংগী থবায়গী মপুবু ওইরিবা, কেপে কনাগী পারিনো, মোইরাং কনাগী শাগেনো; অশেংবা মখিংবু ভাকউন্দা হংলক্লবদা। মাইখিং কোম্নুনা খুমলকই, ভাবিয়ুদা ইপুও, খুম্নোম শাগেদা পোকপনি, খুদৌরেম্বগী মপারি খুম্নোম হাঙবা লাইরবা। পোকভাক মুখিবী মথক্তা মতোমতা পোংহুমা নৈরম্বু মশুমা মেংবা ইরাং মাইদা পুথলক্তুনা মোকলুরে। মাইবী থবায়মু কন্তুনা মিংঙোল কান্না মোকচরি।

রাক্ষম অসিবু তারগা মো থোন অহন্দি নোংলেন খোং-বগুম কপ্লকই। "তারিবরা ইবেম্মা! নংনা ম্নোক্লিবা চেক্লা অঙ্গদি লেম্না মাংগদোবা নহ্রেকো, হিংনববা ম্নোকউ। ম্নোক-চমন্দি মাংলোইদা, থাংজিং লাইগী খুংশেম্নি। মতম খরগী মতুংদদি কংলাউবা মথক্তা স্নাগী অক্লাথক্তা তোংদুনা, লৈপাক্কী রায়েন থোদা ওইদুনা অথোইবা চেক্লা অমবু ওইরগ্নম। শোইরোইকো"। অসি রাবু হায়রদুনা নো থোন্না খদাং পীফম্মু তৈদুনা কপ্না কপ্না শিন্নরি।

মসিগী মতুংদদি নোংথোন হন্নুবম্মু খুংনগী মর নয়াই তমদুনা, লোকতাকতা হিরেনবু তোংদুনা খুমনয়োগে খোংশানখি। খুমনপুংদা য়োদুনা নোংথোন মাগী মরোশিংনা হৈজবা মখে হায়দুনা লুহোংদনবা পাউদমজে। মরমদি—অয়াংলৈমা কবোক পোকপগী রাক্ষম্না মরম ওইদুনা হায়রকই। "তাবিয়ু অথোবা! ননাইনা লাকচবদি কোন্নুবু লুহোংবা হায়বসি য়াদবা তারে, ইবুংঙোদা হংগচ্চগে হায়দুনা লাকচবনি।" কাওবনা হলকই, করিগী মরম্না লুহোংববু য়াদবনো? হংলক্লবদা, নোংথোননা খুমজখি। অথোবা! মোইরাং থাংজিংগী তালোই অতোম্বী অয়াংলৈমাগী হরাওববু হৌখিবগী মরম্না লুহোংবা য়াদবনি। অয়াংলৈমা হরাওবগী লোইদাম থাজ অমা, মচেন ইবেম্মা অহলগী হরাওবগী লোইদাম থাজ অহুম অমা, পুনশিল্লগা লোইদাম-থাজ মরিসি লুহোংবা য়াদ্রে হায়দুনা পাউদমজে।

রা অসিবু তাবদা কাওবদা অমুকস্থ হায়রকই—করে অহৃদি, লাইরেম্মা হরাওবগী লোইদাম থাজ ঃরি অহু লুহোংবা তোক্লসি ; ৽থংগী থাজ অহুদা হোংলো, হায়রবদা। মোংথোম্না অমুক খুমজৈ, অথোবা ঃথংগী থা অহুস্থ কোনুগী মপোক থানি। ৽হোংবা য়ারোইদোরি শুপ্পা লোইদাম থাজ মঙাসিদি লুহোংবা য়াদ্রে। লোইদাম থাজ তক্লকশুবা মতাং অহুদা অমুক নৌমা খন্নসি হায়রম্নগা মোংথোনস্থ মোইরাং তয়া মবান এন্দেরক্লে। অসোম মোইরাংদদি কোন্নুগা মমাগদা মোংথোম্না খুমন চংলুবগী পাউবু তানিংহনা ঙাইরমলি। কমাগী মতৌগুম্না ঃ—

কুমগী মতম হইবমা, ইঙাগী নোংদি হৌরক্লে,
ইঙেনগী লুমথাইনোংবু নোলেন মারাং হৌরক্লে,
অরাং কৌক্র চীংদোম্দা মোংলেম মোংথোং কুংমা চুরক্লে
মেম্দোং মেম্দাং মোংস্থ হৌরে থৌবী নুংগাই মোংস্থচুরক্লে
লোইবী কৌক্র চীংদোম্দা নোংেং কুংনা চুখিবমা
লোইবী লোক্লেম পুম্নক লাইজা ইহৌরক্লবদা
ইম্ফাল তুরেলস্থ চাওরেদো, নম্বুল তুরেলস্থ হৌরেদো
ইরিল তুরেলস্থ হৌরক্লে থৌবাল তুরেলস্থ ইচাওরে
লাইজ ইহৌরকপমা মথাপাংমা চেলক্লে।
কেপে লোকতাক ইমাইচোন খুগা লাইজ ইহৌহুমা
৽াইজমা তরুং হৌরমবু চীংস্নুংচাদি মোংকৌবী
লাইজ ইথোলাংগে থম্নুমা তুরেলগী লাইজ থকপবু

চেক্লা মাগী মোননা খোইদাদে উচেক মাগী খোইজংত্রে
লোকতাক লাইজ থকপন্থ্, লাইজ থকইদি হায়ববু
চেক্লা মাথা পামজ্রত্রে চেক্লা মাগী পামজবা
নোংঙাবলমদাই লিক্লানি বাসা করাদা তোংচ্না
মমাই চিংথৈবু পাংন ওন লাইজ লিক্লা তারকপা
ঙাইরিবী চেক্লাগুম্না কোহ্ মমা মচানা নোংখোন
মাবু ঙাইরমলি হায়দা॥

ইপু নোংখোন! ইপুবু নঙুমা ঙাইজররিবনি, অফবা পাউবু পুবরিকপরা, তাজিংইদা অঙম্বা। নোংখোমনা হায়—"ইবেম্মা! ইপুনা চৎলুবসি পাউদি কৈ হায়ববু, খাংদে ওইনা কৈয়ে। খুমন্দা চৎলুবসি লুহোংবা থা মংাদি হায়দোক্লে; তরুকগুবা থাজদা লুহোংবা তারে। মতুংদদি ইপুদি চৎপা-ঙমল্লরোই" হায়রবদা, কোহ্না হায়জে—"ইপু মুংঙাইজরে, মুংশি মাগীমমক্তা নোংমতা ওইরবস্থ, মুংশি থুংনরবদি ওকলে হায়বৈ। ইপুনা লেংবিহ্না লোইদাম থাজ মঙাবু, মুংশিগী সেবাবু ফংজরিবা, ইপুগী লমমবু অঙুমা তোজরবনি". হায়রম্লগা কে'মুগা মমাগা ময়োংবা মরান ওম্নেবরক্লে। মতুংদদি মবুংগো হাওববু পমেম-পম্ছো মরান য়াইবা থা মঙাসি লেবা তোহ্না লেনজৈ।

অসিগী মতুংদা নোংখম খোমদি কমথিবদা হাওবগী মুংশি লিক্লাই মকনা খোইজিগী মিহুল তমহ্না কোহ্গী মরাবা মমবু হাপচিন্নরমখি। কোহ্না মবুমতোনা হংনজৈ—তাবিয়ুদা মুংশিবা! নোংমথিবী ঐহাক্তি মুংশিবা মগী লিক্লাই মরুমা

খোইতি মিছুল তমথে, ঐনা নিংজবদি খুমন্দা মুহোংবা চংত্রিগৈদা থংলেন নংগী নমাংদা য়াইবী থৱায় মাংজগে খঞ্জরম্বনি, য়ারোই-দোরে। নংগী লিক্লাই মক্লুদি, ঐনা ইমু ফিরাক থাইহুনা য়াইবী মাংবা থোক্লবদি খোইজিন্নুংগী লৈরাংদি মাংবা তারেদো পামুবা। অস্মু হায়জরবদা হাওবনা কোন্নুদা তাকখিয়ে—"নুরা নংবু রাগন্নু, খুমনপুংদা চংতুনা নুরা নংনা য়াংগোইরুখো; লৈরাং চারাস্ন মাংবা য়াদে। খুমন কাওবা হায়বাহুদি য়ুংলেপ চারা তমদবা নিপানি। নংনা খুমনগী মরৈপুংদা চহি তারা লৈরুরগা, মোইরাংদা নুজা নংনা হল্লকতুনা হাংবা ঐগী সেবা তৌরবদা, ঐনা নংবু চিংনদনা লৌশিনগনি। মরম অসিনা নহাক খুমন্দা লেংউখো। হাওবা লাইবকখিবদি নুরা নংনা খুমন্দা চংত্রিগৈদা লোকতাক থাংপোকনুংদা থম্বিরমউ। খুমন্দা নহাক্না লৈরবা মতংদা ঐগী লৈরাং চারগী মার খোংগুন থিহুনা মুরানাক্লা লাকচগে। খুমন মাগী মখুত্তগী হাওবা ঐবু কোন্নু নংনা, খুমন মাগী থাংলেন মন্নাদগী কনবিয়ুকো ইমেম মচা হায়হুনা পাউমেনলি।

কোন্নুনা অমুক মবুংগোদা হায়রি—ইছাবি ইবুংগো মুংশিবা! মুংশি নপাউ নয়াথং ঙাকচরুগে। খুমন্দা পাখং ওইবা নহাক্তি নুজা ঐবু কাউখিহুনা লেংবিরক্লে হায়বহু লেংবিরক্তবা থোক্লবদি কোন্নুদি য়াইবী হিংত্রে থংবিবা তাই. হায়হুনা মবুংগোদা খংহল্লে। হাওবন্নু শরিনামু শোন্দুনা অরেপ্পা রাবু হায়খরে, নুরা নংবু মুংশিবী; পাখং ঐনা কাউজরোই, নুরা নংনস্নু কাউবিগন্নু। হাওবা ঐনা নুজাগী মার খোঙ্গুল থিরকপদা

খুমমগী মৈশানা ফংলবা মতমদা পাখংগী য়াইবীবু কনবিয়ুকো নহাক্না। অস্নুম হায়নহুনা লৈরকপনা নোংমা নোংমা হৌখিহুনা লুহোংবগী মতম ওইরক্লে, কোন্নুগী পিপুকনুংদা খল্লকই—

## কোন্নুগী খাইনা মৈচাক

অহিংগী মতমদি থেংলবা, নোংয়াই চপুক খাইরক্লে
মতম'সিদা কোন্নু নোংদমখিবীনা মবুংঙোবু য়েংহুনা হঙ্গৈচে
ইছাবি ইবুংঙো নুংশিবা অহিংগী মতম হৌখরে।
লাইবকখিবী কোন্নু ঐনা লমলেন লোকতাক খাংপোক্তা
থমজরগে পামুবা। নুংশিবা নংগী নুংশি লৈরাং মকুদি,
শিংঙেল মোমনু খোইজিখাদা তাওজিং মমি তমলিবা
অসিনা

খুমন পুংদা য়োখংগা লৈরাং তাইবং মালং কাউরগা
নুজানা করম তৌহুনা খুনলক্ত লৈপনি,
ঙাইরমগেকো মহাকপু

পারি ওইমি খংত্রিদো, ইমোম ওইমি খংত্রিদো
অঙাংনা তাইবং কাউরবদা পামুবা নশকপু উহনবিয়ু।
নিংঙোন ঐবু কাউহুনা উহন্দবা থোক্লবদি নিংঙোম
য়াইবী হিংলোইদো

মসি হায়বগা লোইননা মবুংঙোবু পুহুনা লমলেন
লোকতাক কুমক্লে।

ৱাকলৈ হিবু তোংত্থনা লোকতাক ময়াই খাইদুনা
থাংগ করাংগী চীংখোংদা তোজানা শাবা খাংপোক্তা
মবুংঙো হাওববু থিল্লক্লি ক্লমশং খাংপোক মনুংদা
অনিগী ময়িং অনিমক্তা মিংবি পীরাং তাদুনা হিক্লা-
হিক্লা কপ্লরি।

অহিং কৌবী লাইৱেন্থৌনা অহিংগী মতম্ সোইদুনা ইমুং-
শোয়া চাল্লক্লে, হাওবস্থ ক্লমশংদা লৈহৌৱে; কোনুনা মোইরাং
পাংখরে। কোনু পোকপা পম্মৌনা লৈপাক মীয়ামগা লোইননা
অহং অউন পুদুনা খুমন লৈপাক্তা মোইরাং মীয়াম থুংলরে।
খুমনগীস্থ মীয়াম তিন্দুনা মুহোং কুম্ম য়েংগনি হায়দুনা লৈপাক
অনিগী মীয়াম তিনখি। মতাং অসিদা কোনুস্থ, নুজা মাগী
মখুংতা লৈরাং পরেং পাইদুনা খুমন্দা লৈরাং পরেং ছক্কে তৌবদা
খুমন কাওবনা হায়রকই—তারিবরা কোনু! নংগী লৈরাং পরেং
অদুদি এৈনা লৌবা য়াদেকো, খুমন পোকপদা কংচরো হায়দুনা
খুমন পোকপদা কংহনখি। মতম অদুদা কোনুগী চিংনবা রাখল
খরদি কোকখিয়ে। অদুমদি ওইরবস্থ কোনুগী অকিবা অমদি
অদুখক মরৈরিয়ে। করি মরমগী অদুক কীবনো হায়রবদি
পানবা কৈগী মথুমদা য়ারৌ শজিনা তাংদুনা লৈববু কৈনা
চাগে তৌত্রবস্থ, শজিনদি কৈবু উরগা মতোমদা কিদুনা চোংজ-
বগুম, কোনুগী অকিবা অমদি অদুয়া মরৈজে। মতৌ অস্থম
তৌনা লেল্লকপা অসি থাবুম অমি শুরক্লবদা খুমন কাওবনা
খল্লকই। কোনুসি মিংতগী মপি তাবা তোকতবস্থ উরি। মাগী

মওংসিদা ঐনা নিংবগী ৱাকম অমা লৈ। মবুংগো অমগী মৈচাক পুবগুম, ঐনা উরি, অসিস্তু নোংমদি শোইদনা খংলকখিগনি, অসি খন্দুনা খুমন কাওবস্তু লৈরি।

## কোনুগী মমোম পোকপা

কোনু কৌবী নুজাদো থম্মোইনুংগী লৈরাং মমিডস্বদো, মোংয়া কৌবা সুমিত্তা তাইবং মালং ফাউরক্লে। মতাং অসিদা খুমন কাওবনা ৱাখল তৌরক্লে। কোনু অসিবু মাবু পোকপা পম্মোম্রা খুমন ঐডোন্দা কংপা মতমদা হায়নখিবা মরমদি—নংন্না ঐবু নমাক ওইগে খঞ্জবদো ননিং থুংইনগনি হায়খরে। মরম্ অহুগীদমক্তদি ডাকপিবা তারে, অহুনদি ঐগী ইমোমনি হায়বিরগে খন্দুনা, খুমনগী মীয়াম তানবা ইমোম অমা কংলে হায়না লাউথোকপিখে। কোনুগীস্তু ইকাইবা ওইগদবনু খুমন পুক্চেল্ চাউবনা কোনুগীদমক্তা সুংশিবিহুনা, মচানি হায়না ফোংদোকপিখি॥

## কোনুনা ভেংথাবা

ইমাগী ইমোম ইবেম্মা, ইমাবু করি ওইশিবনোদা। মমান্না লাইরককবী ওইরম্লবদি, ইমোম নংস্তু লাইবককবী ওইগদোবনি। ইমান্না পম্মো মপাগী মাক্তা লৈবী ওইদখনিনা পম্মো হায়বা

মিংগী অহুবু খুমন কাওবদা পম্বৌ হাম্না কৌরগনিদো। ইমানা নপাবুং খুয়োম লাইরবগী মনাক্তা লৈতবনিনা পম্বৌ নহুনা পম্বৌ শাহুনা অঙাংগী পুন্সিদি লেনগদৌরি খল্লূবদা, ইমাদি য়াইবী থৌরায় চাংখিবনবু ফরগনি খল্লেদা। হা নোংদম্বা কৌবা লাই, অমস্তুং কেগে থাংজিং লাইনিংথৌও! নোংদমথিনা পোকহনবদি চীংঙ্ মংগী খুশিল্লা হায়রহুনা কপচরি। শিরসিন্না খনবদা অচিংগী তাংলৌ থেংবদা ফুমশংনুংদা হাওবনা নুরা নংগী মনাক্তা নোংমদি শোইদনা লান্নিবু হায়রহৌবা, মাহুবু কোনুনা কাউজদনা থম্মোইনুংদা থাজহুনা. নোংমদি শোইদনা লাকখিনি হায়নবু খন্দুনা কোনুগী য়াইবীবু হিংলিবনি। অসিবু অহুক খল্লূরগা, মচাবু চিংনা য়েংলগা; ইমাগী লাংলেন নুংশিবী পম্বৌগী শক্তুতম্বু মাল্লিবী, নপাবু লাকপা ঙাইখিসি। করিগুম্বা নপানা লাকপিদবা থোক্লবদি, ইমা ইচা অনিদি পুন্না য়াইবী মাংসিকো। ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা, অসিবু হায়না কপ্তুনা নোংম নোংমা লেল্লিদো। অঙাং মাদি পোকপা থাবুম চখাই ফাখরেদো॥

## হাওবনা থুমন্দা লাকপা

নোংমগী নোংলেন নোংজাদা থাংগাকারাং চীংয়াদা পামেন থক্তা তোংহুনা, চেক্লা পোম্বী অবিথক তান্না কৌবী চেক্লানা; লোইবী চীংয়া মতাংফবদা পামেনথক্তা তোংহুনা তাম তাম হায়বা খোজেল খোম্মোক্লা চেক্লা অসিনা থোংলকই। হাওবনা তান্নাগী খোজেল তারুবদা; মতম কুইনা লৈমিন্নরম্বী কোম্বু তামনখিবা

অমসুং লমদম তামনা লৈখিবী কোনুবু তু চুংবগা লোইননা খংনিং নিংশিংলকই। হায়বদি কোনুবু কাউরুদুনা ঙসিদা নিংশিংবদি নত্তে, মতম পুম্নমক্তা কোনুবু কাউদ্রবসু খুমনপুংদা লৈখিবনা হাওবগী পাঙ্গন থোক্লা পাংথোকপবু ঙমদদুনা লৈবনি। অদুবু, ঙসি তামনাগী খোঙ্জেল তাকুবদা হাওবগী থম্মোইগী অরাবদু হান্নদগী হেন্না চাকপা অমা ওইবক্লে। চেক্লা মাগী তাম-তাম হায়বা খোনফম অদু তাবদা কোনুনা খুনন্দা লৈবদা, হাওবা উদবগী মৈচাক্লা য়াইবী থরায় থ রদুনা নুজা মাগী থরায়না চেক্লা ওইদুনা পাইবক্লগা ঐগী নাক্তবু খোংলরবরা হায়না খন্দুনা, খোঙ্জেল রা‌েনা কপ্তুনা হাওবনা চেক্লাবু য়েংদুনা পাওমেনলকই। "হা চেক্লা নুংশিবী, নহাকপু কোনুগী য়াইবী থরায়না চেক্লা ওইদুনা হাওবগী নাক্লা খোংলরিবরা, নঙগা চেক্লা নংসু নথংলেনবু কাইনরদুনা, খাইনা মৈশানা খাংঙম-দদুনা খোংবরা। নংগী খোঙ্জেলবু তাবদা থর য়গীখৈনা নুংশিবী, কোনু মাগী খোনফমবু মাল্লিদা; খোংগনুদা চেক্লাও। নংন খোংবা তারগা হাওবগী থর'য় থাগদোরে ইনেম্মচা"। মসি হায়দুনা কপলুরগা থরায় থারগে খঙক্লে. নুয়ানা লৈবা লমদম খুমন মপুংয়াইদা চত্তুনা ঐগী থরায় অশিবু থ দোকলুরগে। মাগী নুংশিলমন্দি থরায় থাজবনা শিংলুরগে খনখরে।

## হাওবগী খুমনপুং

নোংমগী নুমিৎ অমদা থাংগ কারাং চীংদগী লোকতাক লাইজা তুংওইননা লাকপদা হাওবনা মাইকৈ খুংদি য়েংখিবদা, –

ছুপনৌনদি ইশং-শং, লাইজনদি ইরং-লং, উথুমনা ছুম ছুম খোংবদি পুক্নিং ছবগী মতৌনি। খুমন লম্বী লমন্নুংশি ছুপনানা লেং লেং হৌরিবা, মালংবনা ছুমলকপদা মালং মমাং খাংঙমদা, খংগোন মমাং লেপঙমদা, ছুপনানা ইপোম নাইবগুম মোম মোম খাংজবা, য়েংবদা পুক্নিং ছৱিদো। উরোক পরেংন্থু চাক-তারি, অশংবা ছুপনালকতুদা অঙৌবা উরোক তাবদি, শংলবা ফীরাংজি মথক্তা কুন্দো পরেংনা চোইনা খিক্লা তাবগুম নিংথিরি। মাহুবু উবদা হাংবনা, লোইবী হাওফী শেংতুনা ফাওশম নমদা পুথুনা খুমন পাংনা লাকইদো। য়েংলু য়েংলুবা মকমদা ইনৌতা নৌনা উরিদো। খল্লুবদা খোইজেং মুংজেংখি হায়রবগীবু লম্বী লমদম অহুবু হাওচেং শাবন য়াংবী কৌখি হায়রদা।

# মুমিদাংৱাই খুমনপুং

কাইসোপ মুনি মপান্নি য়োইমরাই ভাওদনবা কোরৌ মাগী মৈশা মেমলে। অঙানবা মাগী মঙাম্না চীংখোং চীংয়া পুন্নমক কোরৌ মশেক মঙাম্না ভাংঙাখা মচুনা চীংমাইগী লৈতেংবু শুইরক্লে। খুমন কাওবগী মশাইকোন, খোইয়ুম লাইজন্থু চিংনবা, চংঙমদবা নমুপোংনা চংঙমদা, শওম কৈমা ফিমবা কোন, য়াহি মোপু ককচেং, মীনা লাইমা শোঙৌখা অসিগুম্বা মকমনি।

লোইবী হাও পাখং অমা খুমনগী হোজং মতা কখদা লেপলরে হায়রদা। লেপ্লীখা হাও পাখং অহুমা মিংশেং শাক্লে-রকপদা উরেদো মখিংনা। হাও পাখংহু খংহৌদনা ভু-ভুংঙনা

অরাং পাংনা চেনখিহুনা খোংপান মরা চামলৌ লা পাংখোক মোংশোংগী মনুংদা লোৎখরে হায়দা।

হাও পাখং অহুনা লোংলিবসি নুমিংশিংবুম ছুমনি শুরক্লে। চাদবগী অরাবা, তুমদবগী অরাবনা মহৌস্তু মথক্তা মীনা খাংঙমত্রবা মৈচাক অমস্তু য়াংরি। মৈচাক অহুগী মমিংদি "নুংশিগী মৈচাকনি"। নুংশি মৈগী মতিকতি শিংথাহুনা লোইবা ঙমলোইদা, মৈচাকসিগী মুৎনবা মিংথৈ লৈতে, লাইজনস্তু মুৎপা ঙমদে। মালেম কোইনা চৎতুনা নুংশি মৈচাকীদমক্তা ফরনবা কোইনা চৎতুনা হিদাক থিরুবা, নুংশি লাইথুং ফবদি হায়রুনু হেন্না হেন্না চাকপহুম হেল্লকই। খুৎলিশুবা মাইবনা মরি মতাং শুরবস্তু মৈচাক অসি নেমথহনবা ঙমলোইদে।। ঈরাং চাবান থাহুনস্তু মৈচাক ফববু ঙমদেদো। মাগী ফনবদি নুংশিবগী পকুংদো হেক থেংনরবদি মৈচাক অসি কোকপা ঙম্বনি।

নুংশি মৈচাক ফংলিবা হাও পাখং অসিগীদমক্তা থাংজিং লাইনা উবিরক্কুনা মনাইবু কমবিরগে খনবিহুনা। খোংশানবিরক্লে। খুমনগী মোংবা শক্সাই মনুংদা লেংশিনখিহুনা কোনুগী মঙলান্দা ফাউবিররে। খোংবাননুংদা তাহুনা লৈবা হাও পাখংবু শারহুনা কোনুদা মঙ-ফাওবিরে। রাহৈদি অস্তুম্না হায়রি—"তারিবরা কোনু, মংদি নুংঙাইনা তুমহুনা লৈরিদো, হাওবা ঐদি য়াইবিবু মাংলেদো ইবেম্মা। নুরা মংগী মৈচাক্লা খমনুং সরাম তানখ্রগে, নুরা নংগা ঐগদি মাংমিন্নসি, হায়হুনা শিমিন্নসি হায়হুনা শরিনামুং শোম্নেদো। মোংদমখিবা হাওবদি থরাম হকচাং

থাইরুমা. নুরা নংগী নফমদা তাকলমগে লাকপনি লৈহৌরোকো সুংশিবী"।

অসি বাবু হায়রগা মিস্তগী পিরাংবু তারুনা মঙলান্দা পাওমেনলরেদো, মসি হায়রুনা মঙফাউনরবা কোনুদি খংপ্রেক হেক খ রুনা ফুক হেক হোৌগংলি। মঙলা তাইবংলা খন্দুনা ইঙক ঙকলরুমা, কোইনা কোইনা য়েংজখিবদা কনাস্থ লৈরমদে। কোনুমা খনখি, শোইদনা য়াইবী মাংলম্নগনি থাজে। ঐবু মিকুপ অমা উদবদা থবায় লৈফম খংদে হায়নবু তাকপিবনি। ঐনদি খুমন্দা লৈখ বনিনা মানজা ম'গী থবায়রুবু শোইদনা শিরস্বা ভারে খন্দুনা, মতুংদা কোনুমা খল্লক্লি। ঐস্থ য়াইবীরুম মাংলগা মানজা হৈনা ভুংবু ইলহৌরগে খল্লরুনা, নুরাগী শোরি মখুংশুবু শমুখুংনবু পাইখংলে—হৈজাংগী মশিন খোক্লা থাং, চম্প্রাগী মখোই লেমনা থাং, কাগী স্থংদাই তানা থাং, খেউনা থাংখোক পামবা থাং কামান্দি শংলাকপনা শাবা থাংবু, থাংখুমদগী শংভুনা য়াইবী মাংগে থোৌরাংলে। অস্থুম্না থোৌরাংলিবসিবু. থাংজিংনা শেম্বা খুংশেমমিনা কোনুগী পুক্লিংবু ফাখিবমা শিরমদাইদা কোনুনা খনখি। ঐনদি য়াইবীসিবু মাংলগনিদো, থংলেম মাদি শিরমদববু থোক্লবদি খোইয়ুম লাইগী লৈপাক অরুদা কমাগী মমাইবু ওইক্লগনি ঐনা। ঙসিগী মঙ অসি শেংনা পাউবু লৌরগা শিরম্নগস্থ ঐস্থ শিপেদা, শিরমদবা থোক্লবদি মাগী মাক্ত নোংমতস্থ য়ৌগমি। মঙ হায়বা অসিদি অঙকপমি হায়বৈ অহলশিংনা।

মমাংঙৈগী অরিবা ৱাথম্বু যুংনাক ৱারি হায়রুনা ঙাংঙখিংস্মু ঐনা তাহৌই। মতুদিঃ—থাইনা মমাংঙৈদা নুপী অমখক্তা সা অসি য়াম্না পামলমই। মাদি মপুরোইববু নিংদবী. লাইবুস্নু নিংদবী অত্তুম্নী অমা ওইরম্মি। লাইনা মাগী মমঙ অতুদা লংমগে খন্দুনা সা অসি য়াম্না পুরক্তুনা মঙকশমদা শিথিরম্মি। নুপী অতুস্মু মঙ অতুদা য়াম্না হয়াওখি। ঙাইহাক লৈরগা মমিংশিংতুনা নুপীহু মিকপ থোক্লকপদদি লাইনা মঙদা মঙক্তা শিবিরম্বা অতুবু মমিং পাংথোক্লকপদা মখুংনা মঙক্তা মারুবদা লিক্লাং সা পরেংদি লৈরমদে. মাগী কাংথনগী মরি শেগাইবমা মঙক্তা য়েংতুনা লৈরমলে হায়দা। মরম অতুনা ঐস্নু মঙদা হায়রম্বা ৱানি, তাইবং অসিদা অশেংবা পাউ অমবু লৌখিগে; শিফম থোক্লে অশেংবমু খংলগা শিবমা কবা তাই হায়না খন্দুনা কোমুমা অমুক করি ৱাখল তৌরকই। ইথোম অসিমা পোকপা মতমদা শোইদনা লাকমি হায়হৌবা অতু লেংখিকতুনা খুমনগী চৈথেং কিতুনা চংবা ঙমদতুনা লৈরথরা থন্দুনা নাশোমবু তাক্লগে হায়নবু থল্লকই। অহিং মতম অসিদা ইনা কময়া থোক্লগা তাসিবা। খুমনগী থোংলেন অচৌবসিম্সু হাংবদা কাওবনা তারক্লবদি কোম্নু নংদি কদাইদা চংকগে হংলবদা, ঐনবু করিবু খুমশিবা, ৱাখল অসিবু খল্লুবদা অকিবা অমা ওইমি। অতুম্না ওইতুনস্নু মাগী অকিবনা ঙমতুনা তোক্লবদি কুংশিথগী মরু ওইদে খল্লুরগা কোম্নুনা খনখি। কাঙথমা হংলবস্নু, তাওবগী চাক থারমত্রে খুম্লগে, অসি খন্দুনা লুক লেমথাক থরবু য়োংক্তুনা

খাম্বী মৈরাবু পাইরদুনা খোংথাংদি তপ্না তপ্না থাংদুনা থোং হাংলে। কিবদি নত্তে কোন্নুদু, মশাদি ভনিক ভনিক, তুচুংবগা লোইননা থোরক্লি। মতংদি কৈগী ময়ুংদা য়ুমদাংবী শজিনা কৈবু কিদুনা মত্তোমতা মিকপশুম, খুমন কৈশুম্ববু কোন্নু শজি অমোমদু নিক্লা মিক্লা কিমা কিমা থোরক্লে। মনিংথোংগী বৈথোপ্না লেপ্লরে, মখুত্তা মৈয়াবু পাইদুনা মমাইদি অরাং ওল্লগা মৈরাদু রাংমা থাংগৎলদুনা পামু মাগী মাশোল তাবরা হায়দুনা চিক্লবা অহিং অসিদা, কোন্নুনা লেপ্তুনা লৈরিংঙৈ মতাং অসিদা খুমনগী তাওবা হুইজাও অনিনা কোন্নুগী মমাংদা লেপ্লরে। কোন্নুনা হুইবু উরগা মাগী মখুৎনা পাইরিবা লুকলেমথাক অদুবু মালেমলৈদা থারদুনা হুইদা চাও চাও নখোয় অনিমক; অসি হায়দুনা থারে। হুইস্তু থারিবা চাক অদুবু চাদুনা লৈরি।

মতাং অসিদা কোন্নুগী মৈরা খাম্বী মৈঙান অদুনা খোংবানমুংদা মালেমথক্তা তাদুনা, মুংশি মৈচাক থাংবদা অশিনগুম লৈরিবা হাওবগী মমাঙদা মৈঙান অদুনা মৈরুরে। হাওবস্তু মৈঙান ফংবদা, মৈঙান্না লাকপা মাইকৈদা লৈনা লৈমা য়েংলকই। উরেদো মমিংমো; কোন্নুনা লেপ্তুনা লৈবা অদুবু উরবদা, ইফিং-ফিংনা চৌগৎতুনা খোংবান্দগী চেনখৎকিদুনা চাংদোন্দা লেপ্লুরে। য়েংলকপদা উরেদো, কোন্নু মাগী মনাক্তা তাওবা হুই অনিমা লৈবা অদুবু উবদা হাওবদি মথোং থারবা ভমদনা লৈখরে। রাখল্দি করিবো, ঐনা কোন্নুগী মনাক্তা লেপলুবদা, হুই অনিমা ঐবু উবদা শোইদনা থোংগনি। হুইথোন অদু তায়গা খুমন

কাওবনা থাংলে খুত্তা পাইদুম্না থোরকপদা হাওবা ঐবু উবদা, খুমন মামা শাউদুনা অহিংগী মতম্থু চাদনা করিগী চংলকপনো হায়দুনা মাগী থাংলেন্না ঙকশম তোংদমবু ককতুম্না য়াইবী থব্রায় মাংবা তাই খল্লবদা কিদুনা খোংবাম মনুংদা চেনশিনখি। লেপ্লনম্থু য়েংলক্লি, কোন্নুবুদি উরেদো, মনাক চংসি চংঙমদা মিংনদি উজবা খল্লবদা হাওবনা হিংলুদ্নবু কান্নদ্রে; নুংঙাইতবা রাখন্না মতোমদা শিবনদুম ফরেদা। অম্মুম হায়না খন্দুনা থম্মোইদা খুদুম্না শুদুনা মালেমথক্তা তাখরে।

মতাং অসি ওইবদা থাংজিং লাইনা উদুনা হাওববু কনগে খনবিদুনা কোন্নুগী থম্মোইদা লেংশিনখরে। কোন্নুনা খল্লকই, ঐনা ঙসি নুংশি লাকপরা য়েংলিবা মতম অসি কুইরেদা; খুমন তারক্লগনি, ঐম্থু হজিনখ্রগে রাখল তৌদুনা মখোং থাংগে তৌবদা—থাংজিং লাইনা কোন্নু নংদি ইমুংদা চংখ্রগনি, নবুং-ঙোদি হিংলরোই। নংগী খোঞ্জেল শিংথিবী অদু অমুক্তংদি তাহল্ল হায়না থৌজিনবগুম্না; কোন্নুনা পিপুকনুংদা খল্লক্লি। থব্রায়গীম্থু ইবুংঙো লমদম তাম্না লৈরম্নবম্থু ঐনা মাগী নাশোনবু তাজমিংদুম্না থোকলক্লম্মি খংসন্নু রাখল। অসিবু খন্দুনা তাওবা হুইবু য়েংদুনা খোঞ্জেলরাংনা কৌরক্লি—তাওবা হোই হোই হায়দুনা কৌরম্মি। কোন্নুদি ইমুংদা চংখ্র, মাগী নুংশিরবা খোঞ্জেল্দি লমদম তাম্না লৈহোরে। নুংশি হায়দা খোঞ্জেলদো—কেগে তোর্বুং লমদমদা, চেক্লাকাইগী লমদমদা, উচানথেনজা মথক্তা তম্না কৌবী চেক্লানা তাম-তাম খোংবগুম নুংশি খোঞ্জেলদি

নৈহৌরে। নৈহৌরিবা খোনফমজু হাওবগী মাকোংদা চংলরে। খোঞ্জেল অসি হেক তাবদা তুহুনা নৈরিবা হাওবহ্ কোনুবু লাক্লবেই মিংহুনা ফুকহেক হৌগংলি। মাইকৈ খুদিং কোইনা স্নংবদা, কোনুনা চসাই লেপলম্বা মক্ষম অহুদা নৈবা উদরে। হাওবনা খল্লকই, ঐ অসি পাংদেদা কোনু কৌবী নুজানা খুমনগী কল্লবা য়োংকি থৌরিবু খদংতুনা করম্নবু থোরকপা। ঐনা মশক উরবা মতমদা কোনুগী মমাংদা লেপচববু চমদ্রবা, ঐগী পুন্সিসি কাম্নদে হিংহুনা কাম্নররোই। চন্সিগী ইনুং চানবদা খুমনগী শুমাং মথোবোমদা লেপ্পুরগে, খুমন মানা উবদা ঐগী য়াইবী লৌরসনু খল্লক্লে। ঐনা কোনুগী নুংশি লমনদি পুন্সিগী শিংবা চম্নরোই। খুমনগী মখুত্তা শিজবনা কোনুগী লমনশিংবা ওইরগে, মাসি হায়না খন্নুনা নোংচানবা চাইরক্লে। মতম কৌবী লাইরেম্মা ইমা মাদি লেপতেদো, খর খর হৌখিবনা নোংপোক চৌংগী চৌংদোম্দা চিংখৈগী মচান লাক্লেদো। কবোগী মিংথি তোর্বান্দা হুইথোলাবা চিফেংলে, লাইরেল লাবা য়াওল্লে, লোইবীহেনবী অমুবী তলাথক্তা কাইদোংবী পামেনথক্তা য়াইরেকপী কাক্লা লমপাউ চেল্লক্লে। য়োইমায়াই মালেম অচানবা অচাননা খিং-খিং কারক্লে।

মতাং অসিদা হাওবনা হাওশম মমদা পোহুনা খুমনগী শুমাংদা চংলক্লে। খুমনস্থু অয়ুক য়েন্দা অচমবদা মাঙ্গোল লাংদা ফম্নিদো। খুমন কাওবনা হাওববু উরগা মাগী লোকখু তৌরক্লে, মমিংবগা চাংবমে অকিবগী মশকনি। মামা চলহুনা

হংলকই,—হায়, হায়! করি লমগী হাওনো হায়; লাওরদুনা হংলকই। মাগী খেল্লাও তাবদদি হাওবদি মিচুন পাইরেদা, অকি পূক্লিং চংদুনা মমাই ওন্দুনা চেল্লেদো। খুমন কাওবনা শাউদুনা খল্লকই। হাও অসিদি মরাল লৈবা হাওনি, মানা চেল্লিবসি মরাল লৈদুনা চেল্লিবনি; য়াইবী মথরায় লোবা তারে হায়দুনা খুমননা থাংলে মখুৎস্থু পাইরদুনা অয়াং মখৈ ফংনা তান্নরক্লে। লৈরম্মুদো হাও নংগী য়াইবী লোরগে হায়না তাল্লক্লবদা খুয়োন হাওবদি কিবনা চেনবাবু চমদ্রদুনা মতোমদা মালেমদা তুখরেদো। য়ারৌ শক্তিনা লমজেন শান্না চেন্নবস্থু, কৈনাবু খেক্লা খাংলবদি মতোমদা খংদুনা তুবাগুম্না, মালেমদা তুখবা মতমদা কাওবনা চোংশিন্দুনা হাওবগী শমলাং পায়দুনা চিংথদুনা লোংনা তারবা মতমদা, খুমনগী মখোং অনি অদুনা নেত্তুনা থল্লবদা হাওবনা মালেমদা য়াংদৌ তিম্প্রোক চোংবগুম্না চোংদুনা খাংলিদো। খুমনগী থাংলেন মখুৎস্থুনা কোরৌ থক্তা হাইরদুনা হাংলগে হাইনা খেক্লা খেক্লা লাউখি। মীয়াম্না তারবস্থু অমতস্থু চংলক্তে কিবনা নিকনখি।

মতাং অসিদা কোন্নুদি চাকশংদা মমোম পিক্লবীবু মতম্পাক্তা পমদুনা চেংলোশকপু য়েংদুনা কপ্লি। ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা! ইমাবু কয়ম্বু তৌশিবনো, নপন পন্থৌনা লাকপিগনি হায়হৌবস্থু লাকপিদরেদো; ইমাদি হিংদুনা কয়দ্রেদা য়াইবী থরাংসি মাংলগে নিংলেদা। ইনানা য়াইবীবু মাংখ্রবদি নংদি কনাদা পলেমবু কোংদবনোন? চেসি হয়েং অসিদা পন্থৌ নপাবু

লেংবিরক্লবদি ফরেদো. লেংবিরক্তবা থোক্লবদি ইমাদি য়াইবীবু মাংখ্রগেকো ইবেম্বা।

অসি হায়দুনা কপ্লিদুনা কাওবগী খোঞ্জেল তারকই। হাও হাংলগে হায়বা খোমকম অদুবু হেক তাবদা কোম্নুদি মিহুম পাইখ্রেদা। পিক্লবা মচাবু মালেমলৈদা থমম্লগা, কোম্নুমা অচেন মখৈ য়াংনা মপাললোনদা চেম্বোক্লকপদা লাপ্পা য়েংবদা উরে। উরিবদু হাওবাম থংদুনা য়াংনমকপু চেনশিল্লক্লে। অম্মুমম্মু লাউরকই, "হা খুমন অথোবা! বাংলেন মিকুপ অমতংনা চাইয়ুদা, চসিগী হাও অদু হাংপা য়াবা নত্তে। চহাক্তদি চাইবিয়ু" অসি হায়নবু লাউজরি। কোম্নুগী খোঞ্জেল নুংশিবীবু তাবদা, খুমন অথোবাদু নুংশিরবা মপাউ অদু হেক্তা তাবদা য়ুমলেপ চারা তমত্রবম্মু খোম্মোক নুংশিবা অদুবু তাবদা য়াপ্পী থাংলেন অদুবু খুমন মতোমতা থাগ্গলেন অদু মথুংমক্তা থামখি। অকনববু চবদি নুংশিবমা চশিদো। খুমনমা চহাকতংবু চাই-রিবৈদা, কোম্নুমা চেনশিনখিদুনা খুমনগী থাংলেন মুল্লদুনা মালেমথক্তা থাদরে। কাওবগী থবাক নুংগুম্বা, কোম্নুগী নৌরবা মথুংনা তুংলোমদা ইনবদা, কাওবদি মতুংদা খোংকম অদুম্মু হল্লোকখি। কোম্নুব্রা চেনশিল্লক্লগা লৈমাইথক্তা তারিবা হাওববু খুদাং পাইদুনা চিংখংচে. চিমম্মু হায়রজে—ইবুং হাওবা বাগদু কোম্নুগী থরায়না লৈরিবৈদা হাওবগী মোংফম্মু লৈয়োইদা হায়দুনা মালেমদগী চিংখংলি।

মতাং অসিদা হাওবা কোন্নু অনিমক্তি মোংলেন খোংগুম কপনখি। অনিনা কপ্লিবান্থু উরগা খুমনস্নু অঙকপা অমা ওইরকই। চিংনবগা লোইননা কোন্নুবু য়েংথুনা হংলকই। "হায় কোন্নু শকক্লেমবী মশাক খংদবা হাও অথুগা নংগা য়েংনথুনা কপ্লিবা. করি মরি লৈবনো"? কাওবগী য়াহং তারগা কোন্নুনা খুমজখি। "তাবিয়ু অথৌবা! মোমন্নু ইবী ঐহাক্কী নুংশিজরবা হাওনিদা। মাবু পোকপা পন্থোগা ঐবু পোকপা পন্থোগা মক্কপ ওইনা ইতাও হায়না কৌনেদো। হাওবা মহ কস্নু মতোমদা মপোকই, ঐস্নু পন্থোনা ইতোমতা মপোকইদো। মচেম মচন লৈত্রবা হাওবগা, ইবুং ইপা লৈত্রবী ঐহাক্না পোকমিন্নবগুম লৈজবা হাওবনি। মহাক্কি মরান করি লৈত্থনাবু অৱাবা পিবনো? মরানবু য়াম্না লৈরবদি মাবু কনবিয়ু ঐনা মচ্ছংশিনজগে।" কোন্নুগী পাউখুম তাবদা খুমন অথৌবত্থ শিংইদকো। মসিগী হাও অসি হাও নত্তে, কোন্নুগী মবুংঙোনি হায়বসিবু লাইনা খংখরে। অঙাং অসিগী মপামি, শোইররোই হায়বসিস্নু খংখে।

মতুংদদি অথৌবনা কোন্নুগী মবুংঙোনি খংলবদা হায়রকই। কোন্নু মংসিদি, ঐঙোন্দা মিনস্মিদা, নহানবা ঐবু খংহনলম্লবদি করিগী ঐনা লাকুরমলোইদবনি। হৌজিক্তি ঐনা নখোয় অনিবু মুন্না নশক খংলেদা। "তাৱিবরা ইবাই হাওবা! করি অমত্তা চিংনগনু, ঐদি নচন কোন্নুসিগী মখুত্তাগী লাইজা লিক্লা অমা কাওববু লোদেদা, মাগী মংগী মরমদা নপুক শেংদোকচৌ, শেংদোক্লবদি অহিং নুংথিল অনিদা নখোয়গী ননিং তম্নবু

লৈজোকো, চানিংবতা চাদুনা লৌনিংবতা লৌজখো; ঐনা ইশানা য়ারবনি।" থাজনবা রাশক্কে হায়দুনা খুমন মাগী মথুংগু ওইবা থাংলেন য়াদ চিকখরে, শরি-নামুং শোনখরে। হাওবদি খুমনগী রাশক তাবদা মথরায় হিংলনি খংজরেদো। মতুংদা খুমন অথোবনা কোনু য়েংদুনা তাকলকই—তরিবরা কোনু, নংনা তরা চাকপু থোংদুনা ইবাই হাওবসি পিজরো। ঐদি খুমনগী কংলা কাবা মতম ওইরক্লে চংখ্রগে হায়রদুনা কাওবনা কংলাদা চংখি। মতুংদা কোনুনা মবুঙোগী তারা হেৌদুনা পীজরে। হাওবসু চাক তোকতুনা ফমক্ষম লাংদা ক্ষমলবদা:—

## কোনুগী মচা

ইছাবী থংলেনসু পামুবা, থরায়গী নুংশিবা তাবিসিদা
নিংঙোল ওইবী ঐহাক্কী পুক্লিংনা খৈনা নুংশিবা।
নহাননোং কেগে মোইরাংদা, নিংঙোন কাদ লৈরিঙৈগী
লৈরাং মরু তাখিবা অদুবু, খুমনপুংদা শিঙেল লৈরাং চারাবু
পুরক্কুনা থাজবদি পামুবা, খুমনগী লৈকোল মনুংদা
লোম্না থুপ্না

থাজববু মতম্না ওইদুনা শাংলেদো, শিংঙেল চরোং চুম্নবা
ওইনা শাংপবু

লৈরাং মমিংদি খংজদবনা মমিং করিনো, খংজদে পামুবনা
লাক্লিঙৈদা।

শিংঙেম করি মমিংনো, শিংঙেল লৈশক য়েংদুনা

লৈরাংগী মমিংবু থোনবিয়ু।
অসি ৱাবু হায়ৱগা চরৈ ফীৱা য়োমহৃনা,
খুয়োন হাওবগী মক্ষমদা শিংঙেল চরোংবু কংলয়ে।
হাওবনা ৱাখল তৌরকই, হাওবনা পুক্লিংদা খল্লকই।
কোন্নুনা পুরক্লিবা করি লৈবু ওইবনো, কাব্রংফীনবু য়োম
লিবা অসিবু।
য়েংগে হায়না খন্দুনা হাওবনা, চরৈনা য়োমলিবা লৈরাংহৃবু,
চরৈ ফীহৃবু হাংদোক্লুনবু য়েংবদা, লৈরাং চরোংদি
ওইরমগ্রহৃনা
পিকলিবী মমোম ইবেম্মাহৃম ওইরম্মে।
মহৃ হেক উবদা খুয়োন হাওবনা কোয়ৌ মোংবু খোংবগুম
কপ্লকই,

ইপাগী ইমোম ইবেম্মা নৱা নংবু,
ইপানা উরেদো, পম্মৌ নপা ঐহাক্লা,
কেগেদা লমজা ওইহৃনা পম্মৌনবু
লাংগোমলক্লবগুম্না অঙাংম্সু,
পম্মৌগী লাইবকপু লৌহৃনা
পম্মৌগী ফৈরা থক্লা কমহৃনা
অঙাং নংগী শান্নবা ইপাগী মিংনবু
উরয়োই নপন ঐগী লাইবকপু লৌহৃনা
পম্মৌ কৌগে ফংলয়োই।
পম্মৌ নপা ঐহাকস্সু পম্মৌ কৌববু ফংলক্লে

ইপাগী লাইবকপু লৌরবোই।
অম্মুম্না কপ্পুনা মালেম লৈমাই মথক্তা,
অসি হায়বগা লোইননা মমোম কোন্দুৱা কপখিয়ে।

## কোন্নুদা পাউমেনবা

থবায়গী মবেম্মা কোন্নুও!
ইমোমগী কোলোই মিংলেম্দি
থোইনা নুংশিবী নংগী নমোম অসিদি
ঐগী য়াইবী থবায়দগী হেনবি-ও,
নংগী নুংশি নমিংবু লৌরগে
ইমোম "থোইনু" হায়না থোল্লগে।
অসি হায়না কপলিঙৈ, কোন্নুনা
অমুকস্তু পমহুনা, ইমাগী লাংলেন
শকহেনবী, ইমাগী পুক্লিং পেঙ্গরে।
নংবু পোকপা পল্লৌবা মংগী নমিংবু
থোনবিরে, ইমাগী পুক্লিং পেঙ্গরে।
মচাবু ফৈরাদা পমহুনা খজাই লেংওন চুপচরি।

—: * :—

# খুমন কাওবা কাল্লকপা

মতাং অসিদা খুমন অথৌবস্তু কংলা কারুবহু, খুমন মোংবা সংগাইদা কুমলক্লে। খুমন লাকপগী মাশোন তাবদা, হাওবা

কোন্নু অনিস্নু কপ্পবত্থু তোকতুনা তুমিন তুমিন ফমদুনা লৈরে। খুমন অথোবনা য়েংলকপদা, পুক্কিংনা মুন্না থংই। মতুংদদি খুমনগী পোংথাফমদা ফমদুনা লৈখরে। অমুকস্মু খুমননা রাখল অমবু তৌরকই। কোন্নু অসি মাবু পোকপা পস্থোনা ঐবু মমাকনি খন্দুনা থাজবনি, অদুগী চমন্দি ঐনা শিংবিদ্রি। অদুগী লমন্দু কোকথোকপীগে খল্লদুনা কাওবনা কোন্নুদা তাকপিরকই।—"হায় হায় কোন্নু! নং অসি নংবু পোকপা পস্থোনা ঐঙোন্দা তালোই ওইয়ু হায়না থাজরকপনি, অদুবু ঐনাদি নংবু ইচানি খন্দুনা থম্বনিদো। নংবু পোকপা পস্থোগী ময়াথংবু ঙাকপা শক্লা ঙসিদি নবুংসি য়াওনা, খুমন ঐনা নংবু পোকপা পস্থোদা হায়খিবা অদুগী কোকুবা নখুংনা তারা হৌরো। ঐদি পোকপদগী মুপীগী মখুং চাদেদো অদুবু লমনশিংবগীদমক্তা নখুংনা থোংবা অদু চাবিরগে, অদুনা লমনশিংবা ওইজরো হায়বিরে।"

খুমনগী রাফম তাবদা কোন্নুনা হরাওবগা লোইমনা তরামথেল লাংজরে। তরা থোংবা লোইরদুনা লুকফম অনি থেনদোক্লে। "তারিবরা অথোবা! লুকফম থেনদোকচবা লোইজরে, হাবিবা য়ারগনি হায়জে"। মদুবু তারগা কাওবনা, ইবাই হাওবা মচন্না তরা থেনদোকলে, চারুরসি হায়দুনা কাওবা, হাওবা অনিমক য়েংকা ওইগা ফমদুনা তরাচাবা লোইখরে। মতুংদা খুমনস্নু হাওবস্নু মাগী মাগী পোংথাফমদা পোংথানখ্রে। ইমুং ঙাম্নবা মঙমদা হাওবনা খুমন্দা ইশেল অথোবা ঐদি চংখ্রগে হায়রবদা,

কাওবনা খুম্মি ইবাই হাওবা লৈনিংবন মখ লৈজে। চংনিংবা মতমদা চংখো হায়না তাকপিরে। মতাং অদুদা হাওবনা হায়— তাউদা ইসেল অথোবা! ঐদি লাইরবা হাংনি, নংগীদা লৈবদি মুংঙাইনি খংই। অদুবু অঙাং ময়'ম য়োকই মখোয় অঙাংশিংদি শোইদনা চাদদুনা শিরনি, ঐদি চংখেগে হায়রবদা। কাওবনা ফরে অদুদি, কোমু নংনা ইবাই হাওবগীদমক্তা চাক্লা-থক্লবা মাতিক-চানা য়োম্বিখো হায়বিদুনা; কোমুনা হ ওবগীদমক্তবু অচা অথকপু য়োমদুনা পীরে। মতুংদা খুমন অথোবনা ঐনা থিনগনি হায়দুনা লমখাংদা থিনখি। মতিক চাউরবা খুমননা হাওবদু থিনবদি মতিক চাদে, অদুবু খুমননা খল্লি, অচিকপা নফমদা হাও অসিনা মপুকশেংনা হায়দোকপরা য়েংগে খন্দুনা থিন্দোকপনি। খুয়োম্দি কিবনা মশা থক থক নিকলে। মাদুবু উবদা খুমনসু, মাসি য়াম্না কিরেসে হায়দোকপা ঙমলরোই। অসি খংদুনা ইবাই হাওবা নংদি চংলো, ঐহাক লৈহৌরগেকো। ঙসিদি ইবাই হাওবগী পুক্লিংদু য়াম্না তথকলে, মতুংদসু লাকউ, চিংনবা থাদোকউকো হায়বিদুনা, খুমন অথোবদি লৈহৌরে। হাওবদি থাংগা কারাং চীংখোংগী ফুমশংদা য়োৌখে।

মতুংসিদা হাওবসু মতম খরদি খুমন্দা চংত্রে। চহি কুম ওল্লক্লে, নোংমদি হাওবনা খুমন্দা মমোম্বু কয়া চাউররিগবা য়েংলুপে নিংদুনা; নোংমদি খুমনপুংদা চংখিবদা খুমন কাওবা লৈরম্মি। মতাং অদুদা হাওববু উরগা, খুমননা হংলম্মি। ইবাই হাওবা করি তৌদুনা লাকতবনো, হংলবদা হাওবনা খুমই—

ইসে অথৌবা! খুমন নংগী মতিক্কা লোইবী চৗংগুম হকইদো. ঐদি লোইবী চৗংমীনিদো, খুমন নংবু কিহ্নুনা ঐনা লাকচদবনি. খুম্মি। খুমন অথৌবনা হায়রকই, ইবাই হাওবা করিগী কিগনি, ঐনা নহাকপু নশক লোইনা মুন্না খংই চিংনগনু; নমিং তম্মা লৈরো। নংনা তৌবা থবক্তা ঐনা কৈ, ফত্তে হায়ররোই হায়না রাশকখিবহ্নু কাওরবরা, কাংগনু ঐনা নখোয়বু ফত্তনবদি তৌররোই হায়না রাশকখ্রবনি হায়বিরে। মাসিগী মতুংদদি চিংনবহ্নু কোকলো হায়হ্নুনা অমুক হন্না রাশক্লে।

রা অহ্নু তাবদগী মতুংদদি হাওবস্থু মরক মরক্তা খুমনপুংদা খর তোইনা লাক্লে। মতুং অসিদা হান্নাপোকপী মমোমহ্নু চহি ৪ শুরক্লে, মতাং অসিদদি খুমনগী লৈকোন ওইবী নুজাগী শিংঙেল লৈকোননুংদা লৈরাং নুংশিগী মরুবু তাখিহ্নুনা কোন্নু অহ্নু লৈরাংগী ভাংজিং মমী তমখিবনা থাবুম ১০ শুরক্তুনা কোন্নুগী পারি অমস্থু ফংজরে, মসিগী মরুদি হাওবগী মরুনি। মতাং অসিদা হাওবনা নোংমগী নুমিত্তা হাওবনা কোন্নুদা পাউমেল্লকই, তারিবরা কোন্নু, ঐনা মংবু নুংশিবগী থৌরিনা পুন্দুনা ঐগী ইবুংঙো থাংজিং লাইবু কাওহ্নুনা মতমসি লেন্দুনা লৈরেদো. ঐবু নংনা নুংশি থৌরি ওইরিবা নুংশিগী য়োংহ্লিং অসিবু থাদোকপীরো। নংগী ঐগী কানগদোবা থাংজিং লাই মোইরাংগী থাংজিং লাইবু নিংহ্নুনা লৈখ্রগে। নংস্থু খুমনপুংদা থাংজিংবু নিংহ্নুনা পারি ইমোমবু কোন্দুনা য়োক্লো, ঐস্থু কেগে থাংগা কারাং চৗংখোংদা চিংঙু মাবু নিংহ্নুনা লৈরুরগে। পুরা

নংনা হাওবা ঐবু মুংশিবহ্নু পারি ইমোম অমিগী মাইথোং থাবু য়েংহনা লৈহোরো। করিগুম্বা ঐবু থাংজিং লাইনা থৌজানবিরকপা থৌরুবদি মুরা নংগী মার খোঙ্গুলবু থিরকে, থৌজান লৈতবাবু থোরুবদি লোকতাক ইরেংমপুংদা য়াইবী থরায়বু মাংখরগে, অসি হায়রহনা অরেপ্পা বাবু হায়রম্লগা লোকতাক খোংশানখরে।

—ঃ * ঃ—

# হাওবনা থাংজিং

## নিংশিংজব' মতাং

"হোয়িচা হৈয়াহে, হে খোইয়ুম লাইনিংথৌ! কেগে খোইরা লৈশেম্বা, য়াহিপ পোকলেন অরুবা খোইয়ুম নখোংদা খুরুমজে। ননাইবু থৌজানবিয়ু লাইনিংথৌ। মতম কুইনা রাজরকপসি অরাবাখিবিক কোকপিয়ু, তোল্লবা ননাইগী ইকোকথক্তা নখোং থম্লা থাংগংপিহ্নবা খুয়াখাদা চিংশিনবিয়ু লাইনিংথৌ। মপা লৈতবগী মপা ওইবা, মমা লৈবতগী মমা ওইবিবা; শোল্লবগী পাজল ওইবা, তোল্লবগী মবুংগো, ননাইবু চিংজু নখোংখাদা চিংশিনবিয়ু লাইনিংথৌ। য়াহৈ অসি হায়হ্নবা নোংমা নোংমা জঙনা খুরুমজহ্নবা কংমবদি লৈজদে, সনা লুপা লৈজদে, মনিমুক্তা লৈজদে, মমাইনা লৈজবা হায়ববু নিংকী পিরাং কচ্চরি। মসি হায়বা খুরুমজহ্নবা অহিং মুংথিল নাইদনা চাবা থকপা থন্দনা নিংজরিয়ে, ননাইবু থৌজানবিয়ু লাইনিংথৌ॥

# থাংজিংগী থৌজান

নোংমগী লাইরেন নোংজাদা কেগে থাংজিং লাইনিংথৌনা মোইরাং নিংথৌ স্নালখ্বাগী মঙলান্দা থাংজিং লাইনা লেংবিরক্লুনা থাংজিং ময়াথংনা তাকলরে হায়দা।

হায় মোইরাং নিংথৌ স্নালখ্বা! নংনা ঐগী খুয়োন তেবীতেস রা য়াম্বস্সু য়াদবা, মুংপস্সু য়াদবা তয়ান সোংববু মরী কংবস্সু য়াদবা, য়াম্না শোংবস্সু য়াদবনি খংদবরা। ঐগী খুয়োন মোরিলেম্বগী চাকোক শলাই থিদুনা তেসারাখোং শেংহল্লু, নত্রবদি মোইরাং অসি তুম্বা তারে। কেগে তিনখিয়ু থাংগা ফমদোংঙউ, করাং থেঙ্গারো নত্রবদি মোইরাং তুম্বা তারে হায়না মঙ ফাওরবদ। : মঙলান্দুদা নিংথৌনা হঙ্গৈ—"ইবুধৌ ইবুংঙো! তাবিয়ু, নশুনা খুয়োনগী শাগৈদি লোইনা হাংতোকলুরে, তুমখ্রবা শাগৈনি। নশুনা লমদমকৈদগী খুয়োন শাগৈ থিববু ফংলরোই" হঙ্গংলবদা। চিংঙ্গু থাংজিংনা মোমোননা নোক্লদুনা তাকপিরকই। "হে অপংবা নিংথৌও! নংনাবু মীবু হাংপা নত্তে, নবুধৌ ঐনা শান্নবা ঙাক্তনি, তাকপিরমগে তাজোও। মক্ল ওইবা খুয়োন হাওবদি থাংজিং ঐগী চরৈক্কীনা য়োমদুনা থম্লিবনি খংজোও। লমলেন লোকতাক ইরেমবুংদা লৈবনি খংজো, হাওবা হায়না কৌবনি, মাবু থিদুনা মতিকচানা শেমদুনা পজেং-ফিরান পিদুনা তেসারাখোংবু শেংহল্লুকো" হায়বিরম্লগা থাংজিং লাইদি লেংখ্রে।

# নিংথৌ স্নালখ্বা

নিংথৌনা নোংহেক ভানবগা কেগে পুংজাও য়েন্নহূনা মীয়াম্বু কৌখৎতুনা তাকখিয়ে। তারিবরা মোইরাংগী অঙস্বাশিং! নখোয় পুম্নমক লোইনা তাউ, ঐগী খোমলেন মঙ-লান্দা ইবুধৌ থাংজিংনা তাকপিরম্মি। মরমদি—কেগে খুয়োন শাগৈবু তুমখ্রবদা অমবু লৈরি হায়দুনা তাকপিরম্মি। ঐনাদি অঙকপা অমা ওইনা থোক্লে, নখোয় মীয়াম্না খংবা তাবা লৈরবদি নিংথৌ ঐবু খংহল্লু, মানা চাউনা পীগনি হায়দুনা তাকপিরবদা. কনাগুম্বা অঙম্বা অমত্তনা খংই হায়দ্রে। মীয়ামসি খংবস্নু য়াউরম্বা মাই, খংই হায়নিংদে। মরমদি—মমাংথক্কী য়াবু নিংশিলুরগা খংলবস্নু খংই হায়দরে, নিংথৌ মানা খুয়োন শাগৈবু ওংনৈখিবদুবু কাওনদ্রি। মরম অসি লৈবনা খংলবস্নু খংদ্রে, খংদ্রবস্নু. খিরুসি হায়নখিদ্রে। লৈপাক মীয়াম্না খুমজয়ে, ইমিংথৌ নমাই ঐখোয়দি খংজক্লে হায়মা খুমজখি।

## মতাং অসিদা নিংথৌগী তেংথা

হা খুয়োন লাইবকখিবা নংবু কদাইদা লৈবনো,
নংবু নিংথৌ ঐনা নঙোন্দা কয়ামরুম লানখিবা,
খংদহুনা লানবনি, ঐগী মাংদা লেপলরো।
মফম কৈদা লৈখ্রবা নিংথৌ ঐবু নুংশিদ্রবস্নু
কেগে মোইরাংদি কল্লুদা।

হা তয়ুম হাওবা নুংবু থোরকলোদা,
নিংথৌ ঐনা ফত্তবা নংবু মাংনবা তৌবদে,
খংদহুনা তৌরনি নুংঙোন রারৌগম্মদা।
থাংজিংগী মনাই অচানবা চোংথোকরক্লে।
অঙাং নরা ওইরিঙৈদা নংবু মাংনবা শিনখিবা
শাওখ্রমাল্লে, অচানবা নংগা ঐগা চংহুনা
মোইরাং লৈপাকপু কনসি লাংনে অচানবা।
ফত্রবা নিংথৌ ঐহাক্তি নংবু উবা যংদ্রবদি
চাদবনা য়াইবী মাংলগে নংনা থরায়বু কল্লুদা।
নিংথৌগী ইরানবু ঙাকলরোনে অচানবা,
অকাবদা দোলাইতোং, অকুপ্পদা লংগোই তোং
নিনিংতম্না লৈরো ল'ও থোরকলোনে নহাকপু।
করি লৈত্রবা সোইক্ষমগী খুয়োন তুম্না মাংখিবা,
নিংথৌ ঐসি ফত্তেদা ঐগী ইরান লৈবনা
অচানবা ইনাই ফংদ্রেকো মাংঙেদা ঐহাকসু
হিংখুহুনা কান্নরোই ইরাননা মতিক চারবা
নিংথৌ ঐনিদো, ঙসিদগী হৌহুনা
তারা চাকপু চাররোই, চাদবনবু শিরগে
খুয়োন লৈরে তারগা তারা চাক চাগনি।
লৈরে হায়বা খংদ্রিবা, চাদবনা শিংকো।
অমম-অঙাম্না সাক্ষী মকপু ওইসন্নুকো,
অরেপ্পা রাশক শক্তুনা নিংথৌ চারা হেনথে।

# নোংথোন হন্নুবা কাম্নকপা

[ কেগেপুম্বা মিল্লক্লে, মোইরাং লোইনা তাম্নরে, খুন্নক্তা লৈবা-লৈবী, অহল নাহা খাক্তনা মিকপ মিরাও চললেদো; মিংথৌনা চাদবসিবু নুমিৎ হুমনি শুখরে। মীয়াম্না কপনবা তাবদা খুন্নক্তা লৈবা অহলনি। মমিংনা নোংথোন কৌবা, লৌশিং মৈরাদি চানজবা অহল অমা ওইবনি। অহলসি নহাবনোং কোনুগী লুহোংবাবু খুমন্দা চংতুনা লুহোংবাবু য়েংথোকলুবা অহনি।]

মহাক অসিনা তারক্তুনা থাংজিংবু খুরুমজতুনা নিজখি। "হে থাংজিং লাইনিংথৌ! ইবুংঙোগী নতুং ইঙ্গপে, নমাই ঐদি তাইবংনি, তাইবং ইথৌ হাপ্লিয়ু। ঙসি নিংথৌ সনা মাংদা খুয়োন পাখোং ফোংজগে, চিংঙু নথৌজান খোইয়ুম নরনকুনা তোল্লববু চানবিয়ু নিজরি নমাইনা। ইবুংঙোবু খুরুমজরি তোল্লবা নোংথোমনা"। অসি বাবু হায়তুনা কোনুং পাংনা খোংশানখ্রে। মপুগী সনা মাংদা হুইদ্রি লীগুম পুম্বুমনা, নান্দলীগুম লোই-খোইনা, কৈথা নোন্নবা হুইজাউগুম্না নোল্লুক্লা হঙ্গৎচখিয়ে। "ঐবু লোইবা ইনিংথৌ, মমাইবু লোইবও! কেগে মিকপ-মিরাও চনববু বাবিগনুদা। নমাই খুয়োম হাওবদি থাংজিংগী দি অচানবা মমাইনি। থাংজিংনা মোইরাংদা লৈরিবা মথৈদি খুয়োন শাগৈ মাংলোইয়ে।"

রাকম অসিবু তাবদা নিংথৌনা হংলক্লি—ইপু নংনা খংবরুক্‌ হায়য়ুদা। খুয়োম্দি মাংবা য়ারোই ইনিংথৌ। নিংথৌনা

হায়রকই, হাওবা লৈরি হায়বা সাক্ষী অমদি পিয়ু হায়রক্লবদা। "কাউবিগনু লৈমাবা! নহানবোং কোনুবু লুক্লোবা মঙানিদা ঙাইরবদা নুমিৎশিংবুম কয়া, থাবুম মঙাবু য়েংখোকখিবহুনা হাওবা লৈরি হায়বগী শাক্ষীনি লৈমাবা!" ইপু ঙাইখোদা, ঐমা খুয়োন শাগে তুম্না হাংঙদা হাওবদি করম্না লিংতুনা লৈহৌবগে হংলবদা। ইনিংথৌ ননাই হাওবদি পোকপা থা অহুমদা মঙাইরি, মপা খুম্ভৌরেম্বনা শিরমদাইদা মচেম ব্রাংস্থ চনুদা শিন্নরম্মি। পিক্না মচেম্না য়োকলক্কই। ইনিংথৌনা নহানবোং ঙাংখা লৌরাইদা অঙাং অমা লৈরে, নিংথৌ মফম শিল্লগনি হায়হুনা মপুগী সনা নাকোংনা তাহনা, অঙাংবু হাংলুরো হায়না তাকতুনা তম্বা নিপা তরানা মখোং মখুৎ পুন্দুনা পুথিবা অঙাংদো ননাই খুয়োন হাওবনি হায়না তমজে। নিংথৌনা হংই, ইপু মাহুগী অঙাং অহুদি হাংলুহুনা কংলাদা পুরক্লগা য়েংনখিবহুনি হায়। নোংথোন্না খুমজে, ইনিংথৌ, মহুগী অঙাং অহু শিরম-দাইদা মপা খুম্ভৌরেম্বা কৌহুনা কপচৈ। তম্বা নিপা তরানা অঙাং নংবু খুম্ভৌরেম্বগী মচা ওইরবদি নমিং করি কৌবগে হংলবদা; খুয়োন হাওবা কৌজে হায়না তমজে। নিপা তরানা অঙাং নংদি শিবা য়াদে চেনখ্রো হায়না থাদোক্লুবা লোক-তাকতা চেনখিবনি। নিপা তরানা পুরক্লিবা অহুদি তাওবা হুইনি। চেন্দুনা লোংখিব্রা হাওবনা চহি ১৬ শুরবা মতমদা কোনুনা লোকতাক ঙামি থেম্বা চৎপদা থেংনহুনা হাওববু মুংশি পুক্লিং চংহনা পুরক্লগা কোনুগী মকাদা য়োকপনি। অহুবু

কোনুগী পম্থৌনা খংদহুনা খুমন্দা মচাবু থাজকরুবদা কোনু শিরগে তৌরবদা খংনরক্তুনা, ননাই ঐনা খুমনগী লুহোংদৌবা নুমিৎ মঙানিদা ঙাইরবদা খুমন্দা চৎতুনা থাবুম মঙা ননাই ঐনা য়ৈথোকলুবনি। মতুংদা কোনুবু লুহোংবা তারবা মতমদা হাওববু লোকতাকতা থিনথরম্মি হায়না ভাজ ইনিংথৌ। হাওবদি লোকতাকতা থিরবদি ফংগনিয়ে ইনিংথৌ।

অসিবু হায়বা তাবদা নিংথৌনা থাজরহুনা মনাই শঙাইহুবু থাহুনা নখোয় তরামঙা চৎলু, লোকতাক ইসামাপন্দা হাওবা লৈবরা থিক্লরো থাখে। শঙাইহু দোলাইপাবাশিংগা নুমিৎ তরেংনি থিরক্লবদা, হাওবগী লৈফম অসিবু নোংমদি থেংনরে। থাংগা কারাং চীংখোং লাইকুমথক্তা হাওবগী থাংপোকপু থেংনরে, মশামক্তি লোংখিহুনা থেংনদে। হাওবগী লৈফম ওইবা তাই থন্দুনা মপুগী ম্না কোনুংদা পাউদমলরে। ঐগী লেংদ্রবা ইনিংথৌ! মমাই ঐখোয়না হাওববু খিজরুবদি মনাইসি মশামক্তি ফংদ্রে, মাগী মফমদি থেংনজরক্লে। থাংগা কারাং চীংখোংদা লাইকুমগী মথক্তা লাংফৈ থাংপোক য়ুমদোনপোক অমাবু লৈরম্মি, মসিমক্তি হাওবগী লৈফম ওইগবরা নিংজে।

মনাইশিংগী মপাওবু তাবদা নিংথৌনা হায়রকই। শোইররোই, হাওবাগী মফম শোররোই। নখোয় তম্না নিপানা থিরবদি হাওবা ফংলরোই, লৌশিং তৌনা ফারসি। ঐগী মোইরাংগী লৈশাবীশিং লৈরিবা চাতরেং স্নাখেগী মনুংদগী চেংলৌ নিংথিবী লৈশাবী ফুনদং থল্লু। ঐগী হিয়াং অনিসি লোকতাকতা

চিংথৌ, হিরেন অমদা লৈশাবীশিং অদুবু তোংহন্দগা হিরেন অমদনা চাম্বর-থক্লুবা, কেনবা-শেংবা, নৌনবা পুম্নমক অদু হাপ্প্লুনা লৈশাবীশিং অদুবু তোংহল্লু। অদুগা লোকতাকতা হিরেন অনি পাবোং থাদোকউ, চন্নুরা শকহেন্নবীশিং মখোয় অদুনা নুংশিগী লাংবু থাকহল্লু। মরমদি—নোংমগী নুমিৎ অমদা লৈরাংশিংগী লাংদা থুরমন্নু. মতাং অদুদা ফাসি তাকপিরে।

সনাম্নাথংবু তাবদা নোংথোন হন্নুবনা হঙ্গংচৈ। "ইমিংথৌ লৈশাবীশিংগী লাংদদি হাওববু ফাবা ঙমলোই, মীয়াম্না থিরগা হেন্না লোংখিগনি। হাওববু ফাবিগে নিংখিরবদি নুপী অমত্তুনা চংলগা ফাবা শোইদনা ঙমগদৌবা অমদি লৈয়ে ইপু।" নিংথৌনা নুপী অদু কোন্নুরা? নোংথোন্না মত্তে, ইনিংথৌ সনা নোংদমবিয়ু। মমাংথক্তা থোকখিববু কাউবিখিদুনা তৌবনি। হাওববু থিগ-দৌবদি মাগী মচেন রাংস্নু চন্নু মত্তুনা কনানস্নু থিবা ফংলোই, মচেমবু থিহনবিয়ু। নিংথৌনা হংলকই— মাগী মচেমদি কদাইদা লৈবগে হায়য়ু. হংলক্লুবদা নোংথোননা খুমজয়ে, "ইনিংথৌ! মহাক্ননোং ননাই হাওবনবু অঙাং ওইরিঙদা মপুনা অঙাংবু অরাবা পিঙেদা, অঙাং অদুবু য়োক্লুম্বা নুপী রাংস্নু চন্নু কৌবী মবুঙোনা নৌরেন হুনবা কৌবা অমবু হাংবা য়োক্লুবগীদমক উচুং লরাইদা লোই থাদুন্না থমখিবী অদুবু কৌবিরগা, মত্থ-নিংথৌ হাওববু থিহল্লবদি শোইদনা থেংনগনি। অসি হায়দুনা স্নায়াংদা তমজে।

মিংথৌনা য়াহুবু ভাবদা খুদাংপিকম্মু তৈনা মিকপথিয়ে। হ নিংথৌ ঐসিদি, ফত্তবা হায়বদো ঐহাক্না ওইরমলেদা। ঐগী ফগদৌবা মীবুদি মাংনবা শিন্দুনা লাকনৈ, খল্লুবদা নিংথৌ ঐতনা লালম্মিদা। অসিবু হায়রুরগা, নিংথৌনা মতোমতা নুঙাইতববু পোক্লে। ম্না য়াথং তাকপিরকই—হে তয়ুমথোয় ! অথৌলিজাহেনবা, থয়াং কোন্দাই লোনবাশিংও ! নিংথৌ ঐগী ইনাইশিং নথোয়না চত্তুনা নৌরেন হনবা বাংস্থ চন্নুবু কৌরুরোদা। তয়ুম নথোয়না নিংথৌগী সনা য়াথংবু পুদুনা উচুং লরাইদা লৈথবী নুজা বাংস্থ চন্নু অমস্থং নৌরেন হনবা অনিবু মতম কুইনা য়ারবী বাংস্থ চন্নুবু কৌথংতুনা সনা মাংদবু খুংলরবদা, মপু মনাই অনিমক্না সনা খুয়াথাদা খুরুমজেয়ে। মনাইবু লোইবা ইনিংথৌও তোল্লবী তোহ্নবা নমাই ঐথোয়বু কৌবিবা লাকচরে, তাকপিবা য়াবথেবু তাকপিরোদা লৈমাবা।

মনাইগী নুংশিবা মপাউবু তারগা, মিংথৌনা অমুক তাকপিরি। “তারিবরা অচানবা অচানবী, নথোয়দা ঐনা লাল্লবনি, খংদুনা লাক্লবা নত্তে, খংদনুনা লানথনি শাষ্টিগনুকো। নথোয়না য়োকচবা নহুনিংথৌ হাংবহু শিখে, হায়নাথিবা অহু শিরমদরে ইবেম্মা, থাংজিংমা কন্দুনা লোকতাকতা লৈরে হায়নবু তারে। নহুনিংথৌহু লোকতাকভগী কৌথংলুরো, মপাগী পারেপ কংনবা, দোলাইবু কৈনা তোংহনগে, পক্সং-কিয়ান কংহনগে ; নংনা চংতুনা নহুনিংথৌবু কৌথংলুরো।” নিংথৌ ঐবু চিংনগন্নু

থাংজিংবা সাক্নীনি, ব্রাশকখ্রবদা ব্রাংস্ব চন্নহ্ কপলব্লেদো। কেগে লোকতাক ওল্লহুনা হাওববু কৌরহুনা কপখিয়ে।

## ব্রাংসুচন্নু তেংথোবা

হা খুয়োন লাইবকথিবা ইচেমগী ইবুংঙো!
নহাকপু হিংলি তাবা থাজববু ওমদেদা,
অঙাংগী নরা ওইরিডে, অঙাং নংবু ফাখিবা;
য়াইবী মাংখ্র হায়নবা লৈরমপত্রনে ইবুংঙো।
পলেম পম্হৌ অনিনা নোঙ্গারমদাই অহুদা
পিক্লবা অঙাং নহাক্কি পোকপা থা অহুগনি
শুবদা ঙাইরিবা নহাকপু শিননৈদো ইচেমদা।
নুমিৎ অহুনগী ইচেম্না নহাকপু নমদা পোঙনা
মোংবা চাউনবা য়োকই।
অরাববু লেল্লক্লবা মতমদা নিংথৌগী দজ্ঞিবু ফংহুনা
মাংখিবা ঙসি ইচেম্না নুমিৎশিংবুম পাবদা,
চহি কুনবু শুরেদো, ঙসি হিংহুনা লৈরি হায়বা
তাবদা ইচেমনা অঙকপবু ওইরেকো ইবুংঙো।
কেগে লোকতাকতা লৈরম্মু চেংলৌ শক উনসিদা।
অসি হায়না কপ্পুনা নিংথৌগী য়াথং ফিবনা
লোকতাক মাইকৈ পাংহুনা, ব্রাকয় হিরেন তোংহুনা
লৈশাবীশিংগা লোইনহুনা নোরেম থাংতপ পাইহুনা,

মমাই নোংপোক পাংনা মমিংলা মপি তাহুনা,
খুয়োনগী মায় খোংগুনবু মরম থিরিয়ে।

লোকতাক ইরেমপুং অচি খুদিং থিরকলি, থাংগা কায়াং লোইবী চীংবু য়েঁাখরেদো। ফুম্দী য়েনদেং মথক্তা লাংকৈ খাংপোক মনুংদা হাওবদি তারা চংকপু থোংহুনা লুকোই অহুবু থেন্দোকতুনা তারা চারগে হায়হুন লোংনবি। মতাং অসিনক্তদা মীগী মিখোনবু তায়কই। হাওবনা খনখি, ঙসিগী মীখোম অসিবু করিগী মীখোনবু ওইরিগবা, য়েংথোকলকপদা উরে। মাগী ফুমশংতগী য়াঁয়ে অহুবু হোল্লকপবু উরবদা হাওবনা খল্লকই। নিংথৌগী মনাইশিং ওইবা তারে, ঐনা লোৎতুনা লৈবা মফম খংহুনা ঐবু ফাগদোবগী লাকপা ওইবা তারে খনখি। অহু-নদি ঐসি লোংহোয়রগে খল্লহুনা লোইবী কায়াংগী চীংদোন্দা লোৎতুনা লৈখে হায়দা। মাগী খংপোক অহুদ মচেমস্থু থুংলরে, হাওবা লৈবোই নিংহুনা হয়াও হয়াও চংলুবদা হাওবদি লৈরমদরে। মাদা চাজগে তৌরম্বা তারা চাক অহুদি মমিন ফং-ফং কাহুনবু লৈরম্বা অহু উরুরগা মচেম য়াংস্থ চন্নদি ফুম্দীথক্তা তাহুনা নোংলেন খোংবগুন কপ্রুনা য়াংগা তিনবী তিনথোক্লা মালেম লৈদা ওনবগুম ওন্না থোইনবু কপ্লক্লে।

হা খুয়োন হাওবাও! ইচেন লাকই থোরকউ। করিগী-দমক্তা লোংলিবানো, ইচেমনা নংবু উগেদ: ইচেমনা নংবু কৌবদা খুমলোইই নিংবদি করিগীনো? মহাকতি, ইমা কৌবগী লমদ তোংলি হায়বা কাউরবরা। অহাংগা নত্না ওইরিঙৈদা পন্থোনা

ইচেমদা শিন্নবা মতম অদুদা, ইচেম্না নংবু চাওনবা য়োকখিবা অয়োল থোরকপা মতমদা নংমা ইমামি খন্দুনা ইমা হায়না কৌরম্বা অদু কাউরদুনা খমদ্রিবরা? মমা কৌরম্বগী লমন্দি শিংউ। ইচেমনা নংবু থিংকপসি মাংহনগে হায়দুনা থিরকপবু নত্তেদা মমানা মচাগী মাংনবা কৈদৌঙৈদা ওইরোইকো, নমাগী লমন তোঙ্গী হায়বা কাউগন্নুকো, ঙসি নোংচ লেংতুনা লৈরগন্নু ইবুংঙো। অসি রাবু হায়রগা মচেম রাংস্নু চন্নুদি ফুম্বী য়াংদো মথক্তা ওম্না থোইনা বপ্লক্লে।

মতম অসিদা লোইবী চীংদা লোংলিবা হাওবদো মচেমগী মপাও তানদা খংহৌদনা তু চংখি। ঙসি ঐবু কৌরিবা নুপী খোঞ্জেল অস্সিবু ইচেম রাংস্নু চন্নুরা ইমাগী খোঞ্জেলবু মাহিদা. ঐনা অস্নুক কুইনা লোংপদা নোংমগী কৌরো অনত্তবু হাওবগী মিংবু পন্দুনা কৌখিবা বনা য়াংখিদ্রি। ঙসিদি ঐবু কৌরিবা অসি ইচেম ওইবা তারে. খুমদ্রবস্নু ঐবুদি ইমাগী লমন তোল্লদ্রি। থিরক্লিবা অসিনদি ফননবগী ওইরমলোই, মোইরাং নিংথৌগী য়েক্লবা ওইবা হাওবনি। অফবগীদি ওইরোই, হাওবনা শিবাবু কিদুনা লোংকদৌবদি চুমদ্রবনি। ইমাগী লমন্দি শিংলমগে খন্দুনা, ইমাগী লমননি হায়দুনা সনা খুপানা শিংবদি চুমদ্রবমিনা য়াইবী মাংবনা লমনশিংবা ওইরগে। অসি হায়না খল্লদুনা, লোইবী চীংদোন্দা লেপ্পুনবু হাওবনা খুমলকই। হাঃ ইমা ইমা! ইমা নংবু কনানো; ঙসি ঐবু কৌরিবা। ইমা রাংস্নু চন্নুবু ওইরবরা, পক্নেম ইমা নহুমিংথৌ লৈজরি। ইমা লাকপা

ঙাইজরি, ইমাগী কমন্দি শিংজগনি, ইমা ঙাইবিরম্মু ইমানা, নত্রনিংথৌ লাকচরে হায়দুন লোইবী চীংথক্তগীবু হাওবাহু চেল্লক্লি।

মত্তা অসিদা হাওবগা মচেংগা লোইবী চীংথোং অহুদা চে'লো শকপু উম্নরে। হাওবা উরগা ব্রাংসু চনুমা হায়রকই—ইচেমগী ইবুংঙো, ইচেমনা নংবু ইতম্পাকতা পম্মদবনু কুইরেদা, ইতম্পাক্তা পমগে লাও। মাসি হ য়বা তবগা হাওবনা খুমাজ। মচেমদা ইমা শকপী ইচেমহল. হাওবা কৌবা নৌপানা পিক্লি ভ্রদা ইচেমনা পম্ববু ঙম্বনি, চাওবা লেপ ফারবদা ইমানা পম্ববু ঙম্ররে'ই হায়জববু। মচেমনা হাওবদা তাকপিরি, মমানা মচা পম্বদা মমানা ব্রাবদি লৈরোইদ। মসি হায়দুনা কপম্মিন্ত্রে। মহুদ মচেমদা হংজখি হাণবনা। ইমানা থিব্রক্লিববু ইমাগী লমনশিংউ হায়বগীবু লাকপিবরা হংবদা। মচেমনা,—ইচেমন্না লাকপদি মপু ইবুংঙো, মোইরাং নিংথৌগী মঙলান্দা ক্লেগ পোকপা শোরারেন থাংজিংনা ময়াথংবু তাকপিদুনা খুয়োন ব্রাখোং শে হুত্র নত্রবদি মোইরাংসি তুমনা শিরগনি তাকপিদুনা, খুয়োনগী শাইগ থিকুরো অসি হায়রা তাকপিদুনা খুয়ে'ন নংবু থিবদা কংত্রদুনা থাংজিংগী মখোংথাদা খোইয়ুম লাইগী মপাওবু তাজগে হায়দুনা মাইবিনা লৈহুনত্তুবদা, চীঙুগী মপাংখোমবু তাকপিদুনা, নংবু অস্মিদা লৈরে হায়বদগী খোইয়ুম মম্বাথংনা থংদুনা ইচেমনা থিরকপনি। হুজিক্তি চংলসি, কেগেদা পারেপ ফংলসি, পাঙু-খেম্বু হাণবনা য়াজদে। ইমানা ঐবু থিরকপদি হাওবা ঐবু ইচেমনা মুংশিবা খুদম লৈখিদবনা থাজাদে চংচরোই খুম্ববদা

মচেমনা হৌলকইদা কল্লিব নো ইদুংঙো, নংনু ইচেমনা নুংশিদবগী খুদমদি করিনো? হাওবনা খুমজে—মহাননোং নহুনি থৌবু নিথৌ মনাই অঙম্বশিংনা য়ু ইবী লৌগ পুন্নবদা লোইবী চীংদা য়ৌরগা কনাগী পারিনো হৌবিখি। হাওবগী পল্লৌগী মিলেন্না থবায়গী মনবু ওইহুনা ঐ য়াদবী কনবিহুনা পারি নংদি শিবা য়াদো, লম্‌ল লোকতাকতবু লৌংখ্রা হায়হুনা থাদোকপীরে। নহুনিংথৌনা অহিংগী তংলৌ অথেংবদা ইচেমগী নযুমদা চংহুনা তারা চাকপু লামহুন, তাবা চাগে হোদোকচ। মতাং অহুদা ইচেমদি নিংথৌগী চৈবাক কিবনা তাম্না তান্না খুম্বিহৌদে। মাহুবু নুংশিবা হায়বহু কৈবরনে ইমা? অহুগীম্নু মথক্তা বারিঙৈগী মতমদদি নোংতবু ওইববম্নু নহুনিংথৌবু থিবিরক্লগা পারেপ ফংলনি তাবদগী ইনানা ঐবু থিবিরক্লিবা, ঐদি মোইরাংদা কাররোই ওইনজখি। হাওবগী বাবু তাবদ, মচেমনা অমুকম্নু শেংদোকপিরক্লে,—তাবিবরা, হাৱো নংদি শিথবনি ঙাংনখি। ইচেমবুম্নু ফাহুনা নবাই ইবু ঙোগা লোইনবা খুদক অহুদা লোই থাখি। ননা অহিংদা লাকচুনা ইচেমবু হৌদোক্লম্বা মতাং অহুদা ইচেমদি মোংবা য়ুম্বা লৈত্রবা মতমদা ওইগনি। শাউগনু চংসি ইবুংঙো, হায়না পাউথেম্লক্লবদা হাওবম্নু মমাগী নমনশিংগে থগ্লকহুন মচেমগা লোইননা মোইরাং তম্না পুথংলক্লে হায়দা।

কেগে লোকতাককি মোংচুপ থোংবাম্না থুংলরে। মতাং অসিদা মী থরনা চেন্দুনা হাওবাবু লাকহৌরে হায়বগী পাউ

অসি নিংথৌদা তমগনি হায়না চেন্নরকতুনা মা খুয়াখাদা তমখে। মতু' অসিদা নিংথৌনা তাকপিরকই— "তারিবরা কেগেগী অঙম্বাশিং, এগী নুংশিবরা হাবেবু কেক্সি. অসিবু তাক্লহুনা, নিংথৌগী থৌগনশিংগসু লেইনহুনা. নিংথৌনা শামুথক্তা তোংহুনা মীয়ামা থৌগন্দুনা খোংশানলক্লে। অসামদনা হাওবেদি মচেমনা পুহুনা লাকলি। মপু মনাই অনিমক্তি তায়া উনরক্লে। নিংথৌনা লেংলকপা উবদা হাওবেদি. লৈমাইথক্তা তুখিহুনা কোংয়াং রা চৈশুনা মালেমথক্তা ত'বাগুম্না লৈখে। মতাং অসি নিংথৌনা উরবদা, সনা পুক্রিং পেনখিবনা মনাই অচানববু তামনা কৌরকই। হাঃ খুয়োন হাওবা অচানবা! নিংথৌ ঐবু চিংনগনু, এদি নংবু খংদহুনা লাক্লরে। নংদি ঐবু শাউররিনি, শাউগনুকো তয়ুম। ওসিদি নিংথৌ ঐনা লাক্লখিবহু নঙোন্দা শেংদোক্তে হায়হুনা লাক্লিবনি। নংবু অরাববু পীগে লাকপদি নত্তে চিংমগনু। চংশিল্লকউ, পনগনু লোজরো পান্না খুদপ ফংজরো। নিংথৌ ফীবু, নপাগী প'রেপপু ফংজৌদা, অকাববু দোলাই তোংজরো, অকুম্বদা লাংগোই তো জেদা। পজেং ফীরান পুম্নমক লৌজরোনে অচানবা, শেংনরো নিংথৌ ফী মসি হায়হুনা নিংথৌনা চানবিরবদা। হাওবনা মপুগী মামাংদা কৈখাম্বোনবা ছুইরাগুম্না হংগংচে।—"ঐবু লোইবা ইনিংথৌ, মনাইবু লোইরা লৈরাবও! মনাইদি পম্বোনা নাংয়োক্তবনি অরানববু তাকাপয়ু। হায়জনিংবা মথৌদি পুক্রিংদদি খঙুব., চিমরান থোদদি হৈজদে।

ইমানা য়োক্তবনি, লৈশি লৈথোন খংজদে অরানবখিবিক্তা তাকপিয়ু অসি হ'য়না খুরু'জ।

নিংথৌনা মনাইদা তাকপিরকই—হাওবা নংদি লান্দদা নংতোন্দা লানবদি নিংথৌ ঐন। লানবনি, কোক্লবসিনে অচানবা। করিবু পাম্বগে নিগুদা অনিবতু পিগনি তাকপিবক্লবদা। হাওবনা খুমজরকই—মপু সনামাংদা নিজনিংবদি ইনিংথেম্বা লোইনা পীবিবমা অহানবামক্তদা লোইনা পীবিখিবদা য়াংখ'র। খামেনচৎপা, লমথাংখুলক. সনাখুজিন্থু নঙ্গদে .দালাই তোংবন্থু নঙ্গদে ননাইনা পামজবা অপাম্ববু পিবিখরে। নিজনিংববু পিবিখবদা, নিজনিংবা খরগা লৈজরি নিজরগে। নিংথৌনা অমুক হংলক্লি, অচানবা নংতোন্দা ঐনা পিখিবদা নংনা খাইদগী হেন্না পাম্বা য়াওখরে হায়বসি করি পোংনো হায়য়ু ? নিংথৌ ঐনা খংনিংই তাক-পিরক্লবদা। হাওবনা খুমজে, ইনিংথৌ ননাইনা পামজবদি পোৎ নঙ্গদে, সনা য়াথংনি। মপুনা ননাইবু হেক উবিবদা শয়াংথক্তগী তাকপিখিবা "হাঃ খুয়োম লাইরবা চংশিল্লকউ" কৌবিবা বাফম অহুবু, খোমকম য়াংহু মমল য়ামখ্রবা য়াথংনি, মহুনা ননাইগী অপাম্বনি। পুন্সি থম্মোই লৈরি মথৈদি ননাইগী ইরমনি, ননাইগী অথোইবা পামজবনি, মাহুদগী হেন্না পামজবদি লৈজদ্রি, মতুংদা অপাম্বা লৈজরক্লগা নিজগে হায়না খুমজখি। মাসিগী মখাদদি অমুক নিংথৌনা হায়বিখি অচানবা, নংদি নংনা অপাম্বা লৈতে হায়রি, অমতংদি হায়য়ুদা মাহুবু নিত্রবদি নিংথৌ ঐনা পেল্লরোই হায়রক্লবদা ; হাওবনা, মপুনা মিজৌ

ত কপিবগী মতুং ইনজহনা নিজরগে। তম্না নিপা তন্নাদংদি পিনবিয়ু নিজরক্রে। মনাইগী ব্রাবু তারগা মোমোন মোক্তুনা হায়ফিরকই। খুয়োন অচানবা নংগী অপাম্বা অহুদি য়ামনদে, খরা য়াম্নবু নিয়ু। মী চামডা নিন্নবদি, নিপা চামডাবু নংগী ওইবনদি য়াম্বনিনা কান্নগনি হায়বিন্নবদা। হাওবনা খুমজে— ইনিংথৌ, মী চামডানা ইমাগী মমল ফংবা ঙমলোই, চামডা অমনা পঙ্গৌগী মমনদি ফংগনি নিংঙদে। মীওইবগী পলেম পম্বী হ য়বসি মশীং লখা হেনগদ্রা নিংজৈ। মনাইনা নিজরিবা তরাসিদি মঙা অমনা ইমানি, মঙা অমনা পঙ্গৌনি হায়জরক্লবদা নিংথৌনা করিব্রানো অচানব। নংবু পোকপনা খুম্বৌরেম্বনি, নংগী মনিং লেম্বীনি। নংগী তরা অসিদি করম্বা তরানা মমা মপা ওইবনো হংলকলেদো।

ইনিংথৌ ঐবু তাইবংপানবদা পুথোকপিরম্বা খুম্বৌরেম্বা, ইমা লেম্বীদি মনাইগী মমাংদা নিংথৌগী মাংনবনি হায়না খনবিহুনা, মন্না পিক্লবা হাওববু অকনবা চৈরাকপু পিবিহুনা লোইবীথক্তা পুবিবা নুমিৎতুদা খুম্বৌরেম্বগী মচা হাওবগী অরোইবা পুন্সি ওইখ্রে। ঙসি মনাই লোকতাকতা লৈজরম্লিবা হাওবদি শিরবদা অমুক পোকপিরক্লবনি। তরা অহুনা পোকপিরমক্রবদি ঙসি সনা থৌগনবু ফংজরম্লোই। ঙসি সনা থৌগনবু ফংজরিবা হাওবদি তরা অহুনা পোকপিহুনা ফংজবনি। মাহুবু তাবদা নিংথৌনা পেনবিহুনা মমাইবু চেংনা কোনবিরগা তাকপিখিয়ে। জচামবা মংনা হায়রিবা তমবা তরা অসি

উদবা মতম কুইখ্‌দা, অহুবু নিংথৌ এমা হংবিগে হ য়রগা মীয়ামদা লাউথে.করকই—"তারিবরা লৈপাক মীয়াম পুম্নমক, মমাংগৈদা ইদাইরেম হাওববু নিংথৌ এমা খ.দহুনা য়াইবী লোরু হায়মা থৌশিন্দুনা থাবশিং অহু মীয়াংগী মরক অসিদবু য়াওরিবরা ? করিগুম্বা মাশা য়াওরবদি থুনা য়াংনমক চ.লকউ। :রমদি হাওবনা তরা মখোয়বু পিয়ু হায়হুনা নিংথৌ এঙোন্দা হায়জরি। মরম অহুনা মখোয়না মফম অসিদা লৈরবদি মচ.গা মপাগা উম্নজৌও হায়নবু লাউথোকপিহুনা মীয়াংদা তাহনখরে:"

মতাং অসিদা হায়রিবা তরা অহুস্নু য়াওরশি। হেক তাবদা ঙমবা তরা অহুনা অপনবা লৈতনা চংশিল্লকই। মখোয় অহু চৈশুদি অমমম পাইরি, মঙৈদি থক থক নিকলি. খোংথাংদি কয়া থাংবদি ঙমজদে, চিন্দদি হাওবা হাওবা কৌহুনা ইপাখোয় লাক্লে ঙাইরমখো। ইপাখোয়দি পাঙ্গল শাল্লে কৈদৌরিবগে চংলকউ হায়না মচিন্দা হায়জরবস্নু, মখোং থাংবদি য়ারহুনা তুরোই ঙামলোই চেল্লকইবহু উরুরগা হাওবনা নিংথৌদা হংগৎচৈয়ে—এবু লোইবা লৈমাবা, মমাইবু লোইবা লৈকোই মপু। ঙসি মীয়াম অসিগী মীরক্তাগী চৈশুবু খুত্তা পাইহুনা চেল্লক্লিবা তরা অসি হাওবগী পম্বোবু ওইরমাল্লে, থাদোকপিয়ু হাওববু। লমজা হাওবমা পম্বোবু উম্নজগে. হৈরাং লৈরাং খুদোম্দি পুজরক্তে; কপ্তুমা মখোংদা কোল্লগা কপচহুনা মমাইবু পোকপীরকপগী লমম অহু শিংজরুগে. মপু মমা য়াথং পিমবিয়ু নিজবকলে। মমাইগী মাবু তারগা মপু মোইরাং মিংথৌনা

হায়রিখি। অচানবা মিংথৌগী মমাংদা মী অমদা মী অমনা খুরুম্নদি থৌনলেংমগী ব্রাংমনি। অদুবু তযুম নংদি নম্রি তমজো হায়বিদুনা য়াবিরে।

মতাং অসিদা হাওবনা মপুগী সমা মাদগী তুংহন তুংহন থোকচখি। থোংফম তরেংশুবদগী মমাং অমুক ওন্দুনা লাক্লি। অহল তরাগী মমাংদা হিক্লা হিক্লা কপ্পুনা চেনশিনখি। হা পম্ফৌ অপোকপা নপারি হাওবা লাকচরে, ভাইবিরমখো অসি হায়বগা লোইননা অহল তরাগী মমাংদা কোংয়াং চৈশুনা মালেন-খক্লা তাবগুম কপ্লদুনা পুনেমজৈ। অম্মুম্মু হংগংচৈ—পম্ফৌ অপোকপা নপারি হাওবা লায়বকখিবনা পম্ফৌগী হৈরাং নিংখিবা খুদোল কংনবা অনতবু য়াওজদে। নপারি ঐগী লৈজবা হায়জববু মিংকী পিরাং ভাবনা পম্ফৌগী খুদোল ওইজরি। কংতি কংনিংবা, লৈজদবনা খুদোলবু কংতে ব্রারৌবিগনু হায়দুনা তেংথাজরি। হাওবগী মতৌবু উরগা পেনবি হৈরবা তরাম্না মপারি খুয়োনগী মনমদা হুইগুমশিং য়েনগুম্না মানবিরদুনা হায়বিরকই।—পারি ইবুংঙো হাওবা ভাইখাদা, ইপাখোয়মা বাহংগে অশেংবা বাবুদুম খুম্মুদা। মংনা লোকতাক ঈয়াইদা কনাগী মতেংনা হিংদুনা লেনবগে, ইপাখোইদা তম্মু তাগে। মোংলেম্না তারক্লগা কনাগী পোৎবদা মোংলেম থাংজবগে। তারাবু লাম্নবা মতমদা কনাগী ময়ুমদা চংদুনা হিংবগেমে হাওবা, অশেংবা মপাওবু তাক্লিংই। মপাখোয়মা হংবিরকলিবা অসিদা হাওবনা খুমজ—পম্ফৌন, নচাদি লোইদাম থাজখরদি লেমলে

...চাহুনা লেনজ। লেইদাম খরমা হৈকক, থাংজিং চাহুনা লৈনজ। মরক্তদি অরাবা কয়াবু থাংচুনা লোঙ্গ হায়না খুমলন্নবদা। তরা অহুম অমকস্থু ত কপিরকই—ইবুংঙো হাওবা. মহাকপু ইপাখোয়গী রাখন্দা শিরম্ন নি খ.দো, নোংলেন চুরকলে কনাগীদা লৈরিবমো হায়রদুনা কপ্পিদো। চারমদাই ...ইরবস্থু ইপ খোয়না নংবু নিংশিংলা কপ্পিদো। হাওবা নংদি উরিরোইদো। হাওবনা হায়জ—পম্থৌনা নচাগীদমক্তা থাংজিং লাইবু নিংবিবগী থোজান্না নপারিগী থরায় অসি হিংজরক্লে। হৌজিক্তি রাবিরম্নু. নপারি লাকলে রাবিগন্নু হংগৎচৈ। মতৌ অস্থুম তেনা তরাগা হাওবগা তৌনরিবা নুংশিনা কপ্পববু উরগা নিংথিরবা মপাউবু নিংথৌনা য়েংলগা তাকপিরকই। তারিবরা অহল তরা নখোয়না নুংশিবিহুনা ইনাই হাওববু কনবিবদগী, নিংথৌ ঐনা তাংলবা ইনাই হাওববু ফংহল্লে। মাসিগীদমক নিংথৌনা নখোয়গী লমন্দি শিংলগে। মসিনস্থু নখোয়না তৌবিবনা হেনবনি। নিংথৌ ঐনা পিবনা রাংলিদো। ঙসিগী হৌদুনা নপারি হাওবনা দোলাইথক্তা তোংদুনা খুয়োন রাখোং শেংবদা নখোয়স্থু দোলাই অমমম তোংদুনা নুংশিরবা নচাগী ভুং ইমজো। পজেং ফীরানস্থু ফ জরো হায়রনা পিবিখে হায়দা।

মতুংদা নিংথৌনা মনাই হাওবদা তাকপিরকই।—তারিবরা অচানবা। নংদি কোনুংদা চংলসি, নিংথৌ ঐনা য়োক্লগে, পারিনি হায়নবু নাওকোরগে। নিংথৌ ঐনা হম্বেং নোংগারমদাইদা ঐগী কেনুংসি নংঙৈ ন্দবু শিন্নরমগে হায়না তাকপিরবদা, হাওবনা

খুনাইে—ত কপিরিবা স্না য়াথংদি কোরৌদা কাফদে। অতুম্নদি ঐরবস্মু ননাইদি তোল্লবনি, থৌগললোন থংজত্রিবনি, স্না নাক্তা নকন্নুরগা ননাইগী ইর ম লৈগনি; তোপ্পা লৈজবা পামজৈ হায়জরবদা। ফরে অতুদি অচানবা, ঙসিদগী নংগী মোংবা যুমগী যাত্রা উরেপ খিজ্জরো, খুম্নোন নংগী নয়ুমফংদা পম্নৌ নপাগী প রেপ ফংজরো, হায়না পাওতাক পিবিতুনা খুয়োমগী খুয়োন লৈকাই ময়ুংফংদা মনাইগী যাত্রা হুন্দুনা হৌখরে। মাসগী মতুংদা হাওবস্মু মপুনা শেম্বিতুনা নুংঙাই মরাংকাইনা তেসারাখোং পেংতুনা লৈরক্লে। মতুংদা মোংমদি নিংথৌনা রাখল অমবু তৌরকই। মতুদি—মনাই হাওবগীদমক্তা খনবনি। ইনাই হাওবসি নিংথৌ ঐনা শেম্বিবাসিবু মাগী করিবু রাং-লিবগে খনবিরকপদা, অমদি রাংলিনা। মাগী সনা লুপা মনি লেবনস্মু মাগী পেখ্রাফম ওইত্রি। মরমদি মগী য়ুমলেপ চারা তমদবনা তন্নুমগী পেংখাফম খংলমলোই। অত্নদি মাগী-দমক্তবু মপাশকলবা নিংথৌ ঐনা তৌবিফমবু থোক্লে। কেগে ইরৈপাক অসিদা লৈরিবা চনুনিংঙোলশিং অসিগী মরক্তা চংতুনা অপাম্নবু খলহনবা তারে খনবিতুনা, নোংমগী নুমিং অমদা নিংথৌনা মনাইদা তাকপিরকই। অচানবা নংগীদমক্তা নিংথৌ ঐনা পেম্প্রিবা অমদি লৈরে। মতুদি—কেগে ঐগী ইরৈকাই অসিদা চংতুনা অপাম্না তলোইবু খজৌ। নংনা পান্নাতু নিংথৌ ঐঙোন্দবু মমিং খংহল্লু, ঐনা নংগীদমক্তবু শেম্বিগে হায়রবদা, হাওবনা খুমজৈ—সনা য়াথংদ্রি মালেমথক্তবু তাহনজরোই খুমজনি।

নিংথৌনা তাকপিখিবা নুমিৎ অহুদগী নুমিৎশিংবুম মঙাম্মি তরানিবু হেল্লক্লে। নিংথৌনা খল্লি, খুন্নোনবু নৈ তালোই য়েংজৌ হায়খিবা অহুবু খল্লি খন্দে হায়বসিবু নিংথৌ নৈঙেন্দা মানা ইকাইজহুনা তমঞ্রমালে। অহুনদি মশামক্লা খোংদারিবা মকম্মু কদায়দনো হায়বসি য়েংসিনববু তারি। মনাই নৈকাই পাউদাবা সায়খং পোল্লিবশিংবু কৌহুনা তাকপিরক্লি। তারিবরা তয়ুমখোই, নখোয়না অহিং খুদিংদা কেগে মোইরাং অসিদা লৈরিবী চেংলৌ শকফম হেমবীশিংগী খোংগান্দা লুমহুনা য়েংশিল্লু। মরমদি—খুয়োম হাওবনা করম্বা মফম অদা খোংদারি খংনবা থিরুরো হায়না পাউতাক পিরবদা, নুমিৎ অহুদগী হেরহুনা মখোয় য়েন্নাখা পাউদ বাশিং পুম্নমক্লা হাওবগী খেংদাফম্বু য়েংশিনখরে হায়দা।

মতুংদা থাবুম কাখিহুনা পাউদাবাশিংহুনা মনা কোনদা পাউদমজে। ইনিংথৌ মনাই পাউদবশিং নৈখোয়না লাওবগী খোংদাফম থিরুবতা নোংমতবু খেংমজদরে হায়হুনা তাখিল্লে। নিংথৌনা মতুংদা অমুক মেনা রাখনবু তৌরকলি। মাহুদি করিনো হায়বদা, ঐগী হাওবসি মানা ঐঙোন্দা হায়দোকপম্মু ইকাইরে, কোইকম থিবম্মু কংজ্রবনিনা লৈশাবীশিং অসি পুন্না খোমহুনা কৈথেন্দা তিলহল্লগা মীয়ামলম্ভগী মমিংতম্নবু খলহন্দুনা শেম্বিরগে খন্দুনা। নোংমাগী নুমিৎ অমদা নিংথৌনা মনাই শংঙাইহু খেংলোইশিংদা তাকখি। তয়ুমখোই, ঐগী কেগে মোইরাংগী লৈশাবীশিং ৭৫০ অসি লোইনা পাওজেল্লু হায়রবদা।

মনাইশিং শংডাইদুনা লাংগোই শগোলবু তোংলদুনা কেগে লৈমরোন তরেৎ. মোইরাং লৈকাই নিপালমকপু পাউচেল্লে। তারে'দা মোইরাং নিংডোল লৈশাবীশিং, মপু সনা য়াথংনা খোইয়োন তালোয় খনগনি : হয়েংগী ইনুং ঙানবদা কেগে খোইরি কৈথেল অচৌবদা নখোয় লোইনা তিন্দুনা লৈয়ু। খুয়োনগী তালোই অপাম্বু খনগনি হায়রি। মপু সনা য়াথং থৌশাদ্রবদি অরাবা চৈরাক পিগনি হায়রিয়ে। অম্মুম হায়না লাউথোক্লে। মোইরাং লোইনা তাখরেদো। মাসিগী মতুংদা নিংডোল পোকপা পলেম পং'ৌনা মচাশিংদস্থু তাকপিখি। ইমোন ইবেম্মাখোই, নখোয়স্থু লাইবক চাংবু য়েংজো। মপুনা চানবা মনাইগীবু মনাই ওইবা ফংলবদি লাইবক ফবনি খল্লুকো হায়না তাকপিরে।

মথংদা নোংঙাল্লবদা মোইরাং লৈশাবী পুন্নমকস্থ চেংহি শম্বান লাং, উতিনা শমখোং ভেংনদুনা, শেৎপা চাবা লোই-নখরে। মাগী কেজবা হৌনবা মখৈদি কেনরদুনা মোইরাংগী কৈথেন্দা তিনখরে। অংসামদনা হাওবস্থু দোলাইফৈনা তোংদুনা মপুগী সনা কোন্নুংদা কাখি। মপুগী সনামাংদবু চংজরক্লুনা মকম নিপান শোক্লবু থুরুমজৈ। নিংথৌনা মনাই অচানবদা তাক-পিরকই,—তারিবরা অচানবা, মংনা ঙসিদি কেগে মোইরাং কৈথেন্দা চংলুকো। মরমদি মোইরাং খোইরি কৈথেন্দা নিংথৌ ঐগী লৈকোল অমবু শেমলে, তয়ুম মংস্থ মিংয়েং শাঙ্গেক্ল। লৈগী জাংতি গুরবা লৈরাং মশীংনি। নংনা চংলগা য়েংজক্ল চংলু, অপাম্বা লৈবু য়াওরম্নবস্থু তয়ুমগী নাচোম্বু ওইনা থেংচো।

মপুগী সনায়াথংবু তাজরগা খুয়োননা, মপুগী সনা য়াথংবু কোরৌ নোংদম্নু কাকদে, মালেম লৈদম্নু তাজহল্লোই খুনজখিয়ে।

মতাং অসিদা নিংথৌনা চনবিবনা হেন্দুনা মনাই শামু-হঞ্জবদা য়াথং নিংথিববু তাকপিরকই। তারিবরা অচনবা, খুয়োঙ্গা ভুসি চংপদি ঐগী য়াংগোই শামু য়ংইসবু তোংহল্লু হায়বিহুনা, শামু হঞ্জবনা শামুবু পুথোক্লক্না খুয়োনবু তোংনবা লাংজখি। শামু হঞ্জববু য়েংহুনা হাওবনা হায়জে,—মপুগী মনাই হঞ্জবা। শামু তোংবদি নশুদি ভমজরোই হায়দুনা য়াদরে। শামু হঞ্জবনা হায়রকই,—হাওবা অভম্বা, শামুসি মপুগী সনায়াথংনা তোসন্ন হায়রক্লবনি। হাওবনা খুমজ্জ, মীওইবনা মতিকচাদবা থবক তৌবদগী লৈখা তাবনি হায়নবু তাজে। ঐদি লমজা হাওবনি, শামুদি ইনিংথৌগীনি। লমজানা শামুবু তোংলুরগা মতিক চাবমু ওইরোই, মনাইদি ভমজরোই হায়না য়াত্রবদা, শামু হঞ্জবনা নিংথৌগী সনা মখোংথাদা হংগংচৈ। ইনিংথৌ! মনাই হাওবদি য়াংগোই তোংবদা মতিক চাদবনি ভমজরোই হায়রে হায়না তমজরবদা নিংথৌমক সনা খোংলেঙলক্লে। হাওববু য়েংহুনা মপুনা তাকপিরকই,—তাও তাও অচানবা! মংনা শামুবু তোংঙোই হায়রিবদি করিবু চিংনবনো হায়যুদা হায়না হংলবদা হাওবনা খুমজে,—তাবিয়ু ইনিংথৌ! মপুগী খুনেংশানি মনাইনা ছারা মচানি। লমজানা খুনেংশদা তোং-লুরবদি হাওবদি অকববু ওইগনি নিংজদে, খুমজে। নিংথৌনা, অচানবা মপা লৈত্রবগী মপাদি নিংথৌনি, মমাম্নু নিংথৌনি।

নংগী পম্বোনু লৈত্রবরিবা মিংথৌ ঐমা হাওবগী মপাওবু ওইরবনি। মপাগী অঁরবা মথৈদি মীগী নত্তে, মচাগীনি। মপাগী শামুনি, ইচানি তোংজো হায়না তাকপিরবদা, হাওবমা মিংথৌগী সনা-মাথংবু ওাক্তবা য়াত্রহুনা তোংখে, হায়দা।

ওঃ হাঃ! মোইরাং খুয়ে ন হাওবদো
মপুমা চাবনা মনাইমে।
মিংথৌনা য়ারবা হাওবনি,
শামুবু তোংবমক্তি লেমইদনা।
মপুমগী চাখেদো,
মগমমন্তু চ উরেদো,
য়েংবদা পেমবা নাইদেদা।
নাজরকপা অঙা নি,
চাউবা নাংলি চাউখেদা।
ফজেদা ইবুংঙো!
নংগুম্বু লৈরোইদা,
কুচুনা লৈহাও লৈরেমনি,
শাবাননা মোংশাগী শাবামনি,
মিংয়েংদা লাংগোই লাবনি;
চংলিয়ে মিপাসে,
য়েংবদা পেমবা মাইদেদা।

অম্তুঙা হাওবনু থাগংবহুনা লৈহোই। হাওবদি ফৈখেদা থুংনা-য়েদো। মীয়াম তিনবা মখমদা হাওবহু চংকলাই, লৈশাবী

পুন্নমক্লস্নু হাওবা লাকপা মাইকৈরোমদা মমাই লোইনা ওনশিল্লক্লে। হাওবনস্নু য়েংলি, ফজবস্নু ময়াওই, ফজবদু পামজদে। নিংথিবিস্নু ময়াওই, নিংথিবিস্নু য়েংনিদে। হাওবগী থম্মোইন্নুংদা চুন্নবা, শওদুনা লৈখ্রবা শুদোকতুনা কোকত্রবা মচুনি। পুক্লিংনা থৈনা নুংশিবী নুরা য়াইথিংকোন্নু মানবীবু য়াওবরা হায়না য়েংলকই। কোন্নু মানবীদি অমত্তস্নু লৈরমদ্রে। হাওবদু পাইমা পিপুকন্নুংদা থঞ্জখি। ওসিগী নুমিৎ অসিদা মোংবা য়ুমদা হল্লগে হায়না থল্লক্লে। চৎলগে নিংদুনা ইপু শামু হঞ্জবা, নওদি কোকপান থোংবু চিকলেদা মোংবা য়ুমদা হল্লসি, শামু মমাই লৈবিরো হায়রদুনা, শামু হঞ্জবনা শামুগী মমাই হেক লৈথোক্লকপদা মাংওইনা থ্বাইদগী মাংজিনমক্তদা নুজা অমবু উরক্লে। নুজা অদুগী মাইথোংদি কোন্নুবু হাইফেৎনা মাল্লি। মাদুবু হেক উবদা হাওবস্নু য়েংনিংবা অমবু পোকখিদুনা ওহাক লেপ্তুনা য়েংখি। পুক্লিংদস্নু থনখি, কোন্নুবু ওইরবোই থল্লদুনা মাই-য়োক্তা য়েংলম্বদগী, মোমন্নুগী ভুংদা য়েংবদা নুপীদুগী মতুংগী শমলাংদি লুখমদগী খুদোল মরিরোমদা শাংলদুনা, ওান্নুগী মমৈগুন্না লৈরমলে। মাদুবু উবদা হাওবনা অমুক পনবা লৈতনা সনা কোন্নুং পাংখ্রে। চন্নু নিংওোল মথৈস্নু ময়ুমদা লোইনা হনথরে। হাওবস্নু কোন্নুংদা থুংলরদুনা মপুগী য়া মাংদা থুক্লমজে।

নিংথৌনা নুংশিবা মনাইবু য়েংদুনা হংখি,—অচানবা ওসি শিংওোল লৈরাং কয়াবু মিংয়েং শাঙ্গেরুবদা পাইমান্নুংদা থোইজংবী লৈরাং কয়াবু অপাম্বা য়াওরম্বরা হংবিরক্লবদা, মনাইনা

খুমজৈ। ইনিংথৌ! ননাইনা লৈকোম য়োংকুবদি কোকপানথোং চিকমনখিবনা শিংজেল লৈরাংবু উজরক্লরে। ননাইগী মপাউবু তারগা. মপু মোইরাং নিংথৌনা তাকপিরকই। অচানবা নহাকপু নিংথৌ ঐনা, নংগীদমক্তা খন্দুনা লৈবনি; অদুবু নংনদি করিগুম্বা অমত্তবু খন্দ্রশালেদো। মপুগী সনায়াথংবু তংদনা, হাওবনা মপুগী সনামাংদা কৈখানোনবা হুইজাগুম, তাংজাখুক্লা হংগংলৈচে,—ইনিংথৌ! তাবিয়ু, ননাই হাওবগী য়াইবী থবায় অসিদি ননাই ঐগী নচ্চদ্রে, মী অমগী ওইখ্রবনি. মপু ওইবা মহাক্কী-দমক্তবু পিথোকচখে। মীগী ওইখ্রবা থবায়নি, ননাইনা পিখ্রব-মিনা থবায়গী মপুদুনা করিগুম্বা য়াবিনি হায়ববু খঞ্জদে। ইনিংতম্বস্ত ঙমজদে হায়দুনা খু জরক্লবদা নিংথৌনা তাকপিরকই,—অচানবা নগী নথবায়বু পিথোকখিবা মফম অদুবু নিংথৌ ঐঙোন্দা হায়দোকউ। সনা লুপা কয়া লৌদুনা নংনা য়োল্লয়বস্ত নিংথৌ ঐনা সনা লুপাদু হন্দোক্কে হায়রবদা। হাওবনা খুমজৈ, ঐবু লোইবা লৈমাবা, ননাইগী য়াইবী থবায়দি সনা লুপা মমল লৌদুনা য়োনজবা নচ্চদে ইনিংথৌ। লুংশিগী মমলবু শিংজবা ঙমজদবনা থবায় ওইনা পিজখিবনি অস্মুম হায়না খুমজখি।

রা অদুবু তারগা নিংথৌনা অমুক তাকপিরকই অদুদি অচানবা ফরে, থবায়না পামজবা কনানো, পুক্কিংনা পামজবস্থ নিংথৌ ঐঙোন্দা হায়দোক্লো; নিংথৌ ঐনা ঙম্বমখৈদি নতেং পাংগেদা অচানবা। তাকপিরক্লবদা হাওবনা নোংলেন খোংবগুম কপ্পনা হংগংলকই। ঐবু লোইবা ইবুংঙো, ননাইগী য়াইবী

থরায়দি কেগেদা কোকপী চেক্লানা ছুইনিংশুম্বগী পোনস্থ মনুংদগী মমাই নোংপোক ওন্দুনা পাইখ.বী নোংয়াইপুংদা চাকতাখি। পোম্বী মানা হল্লকপবু ঙাইহুনা, অরা ছুইরাংচন্না ঙাইজরি। পোম্বী মানা হাওবগী থরায়গী মপুনি হায়হুনা হংগংলবদা: িংথৌনা মনাইবু য়েংহুনবু তাকপিরক্লে। ছুইনিংশুম্বগী পোন্দগী পাইখি্রবী চেক্লা অহু'দ নিংথৌনস্থ চংববু ঙমদহুনা লৈখরে, অহুয়া ওইনামকপু তয়ুম, নংগী নতেং পাংবিগে। খুঃন মাবু কৌরগে, নংনা য়াংলৌ লমখাংদা ঙাইহুনা খুমনগা লাল থেংনজৌ, চাইনা থোংব্রেন হানবরো। মাহুদা নংমা খুমনবু য়াইবী লৌবা ঙম্লগা খুমনপুংদা লৈরিবী পোম্বী অহু তয়ুন নংগী ওইজ্জৌকো; খুমন মোইথেম তৌহুনাবু নংস্থলাংগী কৌরগে, সনা. য়াথংবু তাজবদা খুয়োন হরাওনা য়াজখি।

মসিগীদি মতুংদা নিংথৌনা ময়াথংবু লাউথোকখি। তারিবরা শঙাইহু হজবা, ন.না চংলৌ খুমন কাওববু নেকল্লুরো। রাইহিদি হয়েং নোংলেন নোংজাদা থাংজিংগী লাইশা তানবদা খুমন অথেবাবু য়াওবিয়ু হায়না নেকলুরো। মানা য়ারক্লবদি হাওবা নংনা য়ংলৌ লমখাংদা ঙাইহুনা লৈরো, চাইন থোংফেন চন্নরো। নংমা মাবু ঙম্লগা য়াইবী মথরায় লৌরগা কোন্নুবু নংগী ওইজৌ। মানা নংবু ঙমহুনা য়াইবী লৌখিবা থোক্লগা হাওবা নংগী নরনাইনি, হায়বিরক্লবদা হাওবস্থ য়াজরে। দোলাইপাবা হজবস্থ খুমনপুংদা কাওবদা পাউদমস্থবু চংখে।

মসিগী মতুংদদি খুমন্দা চংখিবা পাউ অদুবু হান্না লৌজগে। .দোলাইপাবা খুমন্দা থুংলরে, কাওবদা নিংথৌগী স্নায়াথংবু খুমন অথৌবদা পাউদমক্নখি । তাবিয়ু অথৌবা! নকু ইবুংঙোনা স্নায়াথং হায়বিরক্লি—"হংয়ংগী নোংলেন নোংজাদা নবুধৌ থাংজিংগী লাইশাবু তানগদৌরি. মদুদা অথৌবনা লাকপিহুনা শা তানবাসি য়াওবিরো হায়দুনা নেকলকইয়ে" হায়রুববু, খুমন অথৌবনা মোখান নোক্নবু পাউখুম্নি। তারিবরা নিংথৌগী মনাই. ঐদি শাবাস্না নিপানি লানবাস্না খুমননি; শোইদনা লাকতুনা য়াওগনি হায়না তমলুরো হায়বিরে। দোলাইপাবস্তু মোইরাংদা হল্লক্নুনা নিংথৌগী সনা মখোংখাদা পাউদমক্নে; তাবিয়ু ইনিংথৌ! মনাই খুমন অথৌবদি হয়েং শোইদনা লাক্লগনি। মাহুবু তারগা নিংথৌনা মনাই হাওবদা তাকপিরকই—তারিবরা অচানবা, নংগী দমক্লা খুমনবু কৌরেদো, মাসিদা লাইবক চাংয়েংজরো তাকখ্রে, হাওবস্তু হরাওনা য়াজখ্রে।

# হাওবা কাওবা থেংনবা

ইমুংশোরা ঙাল্লক্লে, ছুইথৌলাবা চিকেংলে. লাইরেন লাবা য়াওল্লে, লোইবী হেনবী অমুবি তলাথক্লা কাইদোংবি, পামেন থক্লা কাইদোংবি কাক্লা লমপাউ চেল্লক্লে। মতম অদুদা খুমন অথৌবানা তারা চাকঙন চাদুনা, মমাইশিংগা লোইনদুনা কেগে মোইরাংদা খোংশানলক্লে। অসোমদা মোইরাংদস্তু হাওবনা

মনাইশিং খরগা লোইনদুনা ময়াই অৱাং পাংনা খাংশাবলকতুনা. খুরাই হাওবা মপুংস্নাই লুমলাংদোংগী মখাথংবা চোথে চীংগী চীংখোংদা হাওবস্সু খুমন কাওববু ভাইদুনা লৈরি। খুমন কাওবস্সু য়াঙ্গোই তুরেলবু লান্দুনা য়াঙ্গোইপুং লাকতুনা, তৌবুন য়াংবা লাকতুনা লুমলাংদোং য়ৌরক্লে। মতাং অসিদা হাওবনা খুমন লাকপা উবদা রাথুন তৌবা হৌরক্লে। খনবা মখৈ খল্লবা মতুংদা ঈশৈ অমা শকলকই:—

## ঈশৈ

হাঃ চেক্লা মিংথিবী, থরায় পোম্বী নুংশিবী,
নহাননোঃ পম্মৌ ছইনিংস্নুম্বগী শঙ্গাইদগী
কেগে লোকতাক লান্দুনা খুংম পুংদা চংখিরী,
মতম ওইরে হল্লক্লো, ময়ুম মোইরাংবু কাওরবরা।
খুমন কাওবগী অয়াব লাংবু থদংতুনা,
নয়ুম মোইরাংদা হল্লকপা মতম ওইরেদা কোন্নুও!

ঈশৈ অসিবু কাওবনা হেক্ক তাবমক্লুনা খুমন্দু মৈচাকম্না শাউরকই। হাওবনি হায়বস্সু খংথি। কাওবনা শাউরিবা অদুদি, য়ুমলেপ চারা তমদে হায়বা, মহাক্না করিগী কোন্নুবু পন্দুনা শৈথারদা করিগী অদুক শাউবনো হায়গনি। মানা শাউরিবদি অপাম্বস্সু নত্তে, কল্লকপস্সু নত্তে, হাওবনি খংদুনা শাউরিবনি। মরমদি, হাওবনা মমাংথক্তা খুমন্দা লাকপদা কাওবনা মাগী নুংঙাই মরিং তম্নহনখি, অদুদস্সু নত্তনা মথরায়স্সু কনবিখি।

অচবু খুমন ঐবুদি তৌবিমন খংফম থোকপনি। ওসিদি মিংথৌনা চাঃল্লবনি হায়বগী নাপননা ময়াই-কারি। ফরে তৌবিমন খংদ্রবাসিদি য়াইবী মথরায় লৌগে থল্লক্লে। শাউখিবনা থান্বী ১মচাক হেনগংখি। খুমনগী লাংগোই খুনেংশাবু নুংশিংকুমা য়াংনা থৌজিল্লক্লে, অম্মুমম্মু লাওরকই.—কেগে মচা লমহেনবা থাংউদো ওসিদি, তৌবিমন খংদ্রবা নহাক্তি য়াইবী মথরায় লৌগেকো হায়দুনা শগোল শাজৈ নমথা থাদুনা থৌজিল্লক্লে। মাহুবু উদ্রবদা হাওবদি থৌশাদ্রি, দোলাই মথক্তা ফজদুনা মতুং ওল্লোকদুনা লৈরি। শগোলনা য়ৌশিল্লক্লনা হাৎবগী দোলাইদা শগোল খুমাংনা কাথরে। মতাং অদুদা খুমনগী শাজৈ মপাল ফাংবদুনা খুয়োনগী পুকমোপ্তা ফুরে। হাওবস্মু নামনখিবনা মাগী তোংজৈ থাবুং শাবনা খুমনগী কোকতা ফুরে। অনিসি পাঙ্গল থাদুনা ফুরবনিমা শাজৈস্মু তৎলে, তোজৈস্মু তেকখে। মালেমথক্তা চোংথনদুনা শয়েং শয়েং তিংনা খোংনা ফংবনা খোংনা কাউমে। খুৎনা ফংবদা খুৎনা পাইনদুনা চাইন খোংকেম্নরক্লে, লাকচনদে অনিমক। মরাম য়েন্না খোওজোন্না, মরিং য়েন্না খোওমেন্না, খুরাই য়েনথাং হাপ্তুমা কাওনা পুংদা থাদোকপদা লান্না চার-চারবা য়েনবানি। চেক্লা য়েনবা ল'বা অনিনা শিরসনু কাউ-নবগুম হাওবা কাওবা অনিমকতু থরায় খুবাক্তা হাপ্লদুনা থেংনরে। রাংলেন পুঙ্গোই মরুম থেংনরকপদা খুমন কাওবগী পাঙ্গনদি অহনগী মতম ওইবনা শামা ময়েং তারক্লে। মতাং অদুদা খুমননা হায়রকই—তারিবরা অওন্না, ঐনা নংগা থেংনবসি তোক্লসি

নংনা ঐবু ঙস্না শকলো। ঐদি অহম ওইরক্লবনা পাঙ্গল ময়েং ভারেদো, নংগী মিংবা থুংনবা ঐনা শোইদনা কোনুবু থারক্কে. মাসি হায়বা তাবদা খুয়োন হাওবস্মু লেপনরে।

মতাং অহুদা খুনম্না হায়খি,—তাও, হাওবা অঙস্না! ঐদি নংঙোন্দা লান্দবনি. কোনু মাবু পোকপা মপান্না রাশকপবু ঙাকপিবদনি। কোনুবু ঐগী তালোইনি খনগনু। ঐদি য়ুমলেপ চারা তমদবনি হায়বস্মু নশানা খংলবনি। নংবু ঐনা পেন-গদোবদি; খুমন ইসাইকোন্দা নংনা লাকখিবা মতম অহুদা, ঐদি নখোয় অনিগী নুংশি পরৈ খংবনি। অহুবু নখোয় অনিনা নপুকশেংহুনা খুমন ঐঙোন্দা হায়রস্না থোক্লবদি, ঐনা অং অউন তৎলগা নখোয় অনিবু মোইরাংদা ইচাগী পান্দমগুম থিন্দুনা নুংঙাইনা পালহন্নিংই, অহুম তৌরবদি ঐনা পেনগদোবনি। ঙসি পাঙ্গল শোম্লবা খুমনবু মোইরাং নিংথৌনা মোইথেম তৌহুনা ইকাইবা পিগে থৌরাং ওইরমলে। ঐনা মোংবা ইসাইকোন য়োরগা, খুমন ঐনা কোনুবু থারকনি। হাওবা নংদি তৌবিমন অমদি খংদবা মাল্লি হায়রম্লগা, কাওবা অহু লাংগোইথক্তা তোংহুনা খুমনলোমদা পাংখে। মতাং অসিদা হাওবস্মু মোইরাংদা হল্লকই।

—ঃ * ঃ—

**মতাং অসিদা কাওবনা মন্নুম য়োম্রিউঙে, খুমন্দা কোন্নুনা মচা অনিবু পমজুনা পাউমেনবা মতাং।**

# কোন্নুনা মচাদা পাউমেনবা

ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা নংদি য়াহোবা তারেদা, ইমাবু করি হায়না হায়সিগে। ডসিগী নোংলেন অসিদা, খুমন অথোবনা মোইরাংদা চংখিবা, নংবু পোকপা পম্মোগা চাইনা খোংব্রেন হাননবনি। খুমন মানা হল্লক্লবদা ইমাদি লৈবা য়াগনি নিংদরে। ইমানা লৈত্রবা মতমদা পারি ইমোম অনিংক করম তৌনা থননসিগে ইমানা। অসি য়াবু হায়রুনা, মচা অনিবু কৈরা নাম নামা পমজুনা মিংলু নাপোম অনিমক্তা পিগী ঈরাংবু চেন্দুনা হিকমা হিকনা কপ্লহুনা সুংশিরবা সুংশিবী পারি মমোম অনিমক্কি মাইথোং থাজ য়েংহুনা তামনা কজবা লাইবক্তা তোইনা তোইনা চুপ্লগা নোংলেম খোংবগুম কপচরি। মমানা কপ্লিবহু উরগা মমোম থোইমুনা মমাগী মিংলুগী পিরাং তৈথোক্লনা হংলকই। অপোকপী ইমা ইবেম্মা, অশেংবা য়াবু তাকপিয়ুবে ইমানা। ঐখোয়বু পোকপা পম্মোগা চাইমা খোংব্রেন হান্ননি তাকপীবা, খুমন অথোবা অসিবু ঐখোয়গী পম্মো নল্লবরা; ঐখোয় অনিগী পম্মোদি কনানো, অশেংববু পারি মমোমদা তাকপিয়ুবে ইনানা? মচাগী য়াহং তারগা কোন্নুমা অশেংবা

অদু তাকললকই. ইমাগী—ইবেম্মা তাম্নোদা. নখোয়বু পোকপা পম্মৌদি খুমন অথৌবসি শক্তেদা; কেগে মোইরাংদা লৈবনি। পম্মৌগী মিংলেনদি খুমোন হাওবা কৌবনি, মিংথৌনা চানবা মনাইনি। ভসি খুমননা মোইরাংদা চংলিবসি শোইদনা হাওবা কাংবা অনিমক ইমাগী ইশুংলাংগিদমক্তা লাল থেংনরগনি। মরম অদুনা হোরেন খুমন অথৌবনা হন্নক্লগদি ইমাদি মক্ষম অসিদা লৈবা য়াররোই, শোইদনা তাঙ্গোক্লগনি; ইমাগা ইচাগা পুন্না চংখিবা য়াগনি হায়বসি থাজদে। করিগুম্বা ইমানা মোইরাং য়ৌখিববু থোক্লবদি. ইমাগী পোকফম মোইরাংদি নখোয় অঙাং ওইবনা লমদম মশক খংহৌরোই ইমানা তাক্কে। য়েংউসে. নোংচুপ পাংনা. ইরংলংনা উরিবা লাইজ তরংসে, কেগে মোইরাং লোকতাকনি। অরংবা অসিগী লোইবী চীংখোং অসিদা খুঙ্গা-পরেং তারিবসি ইমাগী পোকফম মোইরাংনি, মুম্না য়েংউ ইবেম্মা অস্নুমনা কোন্নুনা, মচা অনিবু লমদম অসি খুমনগী চেকপন মথক্তা লমদন য়েংহনা তাক্লিঙেদা. খুমন কাওবস্নু মরাং রাইদা থুংলরে; কোন্নুস্নু মচা অনিবু ইমুংদা পুশিন্দুনা চংখরে।

খুমন কাওবনা খল্লকই, কোন্নু অসিবু করি রাহৈনা চংহন-খিসিগে। নুমিদাংগী মতমদি ওইববা, তোম্বা নারন চল্লক্লবা মতমনি। মতম অসিদা কোন্নুবু কৌহুনা কাওবনা রা হায়কই। "হায় নোংবান য়াইথিং কোন্নু নহাক তাউ! ভসি মোইরাং লাইশা তানবদা তোর্ববুং মৈথাবগী মৈবি তাংগোইহুনা মোইরাংগী লৈকাই, য়ুম, খাম্বীনা চাকতুনা মৈবী তাংগোই পাইহৌরে,

মৈথুমা মেথেদোন কাহৌরবনি, নপাম ইকনবা চংলু হায়রকই।”
থুমনগী মপাউ তাংগা কোনুমা হংগংচৈ—অথোবা! মতম
অসি নুমিদাং ওইখরে, হয়েং ইনুংমা তামবগা কেগে মোইরাংদা
চংচগে থুমজৈ। কাওবমা ভুজিমক চংলু হায়রবদা, কোনুম্নু
চংতবদি য়াররোই থল্লক্রে। মতাং অসিদা পারি মোমদি খোমলেন
মিকপ তানখে। কোনুমা কাওববু কিবদি, মচা অনিহু হৌদোক-
লুরগা করিগী অঙাং হৌদোক্লিবমো হায়রক্লবা, কিহুনা ভুমলিবা
অঙাংবু হৌদোক্লমদনা নৌরেন খুংতা পাইহুনা লোকতাক তম্না
চংলক্লে। লোকতাক মপান্দগী রায়েহিবু তোংজেং পাল্লোইনহুনা
নুমিদাং অসিদা লোকতাক ময়ুংইন্না কেগে লোকতাক খোংবান্দা
থুংলরহুনা পম্হৌনা নৈবা শংগাইদা থুংলরে! মাংগোল লাংদা
লেপ্তুমা ইমা কৌরকই।

মতম অসিদা পলেম পম্হৌ অনিদি, খোমলেন ভুমখুন
তান্দুনা মিকপ খোকলমদ্রি। অহুবু অনিরক অহুমলক কৌরকপদা,
মমা ইবেম্মা রায়েনচুম্বীনা তারহুনা মচাগী খোজেলমি থংহুনা
ইকিং কিংমা হৌগংলক্লি। ইমাগী ইমোম ইবেম্মা ইমামা তারে
হায়হুমা, খোংজিম মাতৈবু কাংহুমা, খাম্বি মৈপুন পাইরগা
মচাগী চেংলৌবু য়েংলি। হেক উবদা মমানা হংলকই, ইশু
অমিদি য়াওরকতবরা হংলকপদা কোনুমা থুমজে। অঙাংদি
য়াওরক্তে। কোনুনা মমাদা হংজে—ইমা মোইরাং খাম্বী মৈ
চাকপরা? মমামা হায়রকই, অপংবী, ইমোম মংসি পংখদা।
কোনুমা—ইমা, থুরনমা মোইরাং মৈ চাকই হায়হুমা মৈকল্লু

হায়বগী লাকপদি হায়রবদা। মমানা ইমাগী ইবেম্মা, মোইরাং মৈ চাকপা মত্তে কেগে মোইরাংগী য়ুমশাগা, খুমনগী লমশাগা অনি অদু য়াথিন্নবদা খুমনগী লমশা মাইথিবুনা চংখ্রবনি। ইমানা পাউদমগে তারোদা ইবেম্মা। নবুঙো হাওবদি মোইরাংগী অহেনবা মিংথৌনা চানবা ওইরেদো। ইশু অনি, নপারি নমোন অনিবু পুবুনা লাক্লবদি খুমন্দা চংত্রবসু য় বনি। পারি নমোম অনি অদুবু লৌক্লখো, ইমানা নংগীদমক্তা খনবদ, লৈফম খংদনা রাইদো। নদি নচাগী অরাববু লৈতবরা? চংলু, পারি নমোমবু লৌক্ল, অদুগা অমুক লাকউদা ইবেম্মা।

রা অসিবু হায়রগা, ইমানা মচাবু থেমদুনা কোন্নুবু খুমন্দা থারক্লে। কেগে লোকতাক লালখিদুনা খুমনগী লমদম য়ৌবদা, মোংঙোল্লমদাইগী মতমদা কোন্নুনা খুমন্দা থুংলরে। খুমনগী মাঙোল্লাংদা লেপ্তুনা কৈরকই। ইমাগী ইমেম থে ইনু ইনা লাক্লে থোং হাংউ হায়ববা, খুমন কাওবনা তারদুনা শাউনা ঙংদুনা চৈরকই। হায় কোন্নু কৌবী লমহেনবী চংখ্রা হায়রগা থাদোক্লবদা অমুকসু হল্লকপদি, খুমনগী চৈরাক খংত্রমল্লে। ঙসি ঐগী তিমেন তাসিনা য়াইবী নথরায় লৌরগদো হায়দুনা তিমেন তাদু হুল্লকপদা, ইমুংদগী পাইথোক্লক্তুনা মঙোল ফকতোম ফাওরকতুনা তাজিননা কোন্নুগী মমা দা মালেমদা তাজিন খুমনা য়ুংদুনা লৈবদুবু উবদা কোন্নুসু পাখংখিবনা হাঃ ইমা হায়না কৌরম্লগা মালেমথক্তা তাদুনা রাম্মখি, ঙহাক চিকপক লৈখি।

মতাং অসিদা খুমন কাওবনা খল্লি, কোনু শিরম্বা তারে। খুমন ওসি ফত্তবা মপোক ওইরেদো। পুন্সি লোইরমদাই অসিদা অপী হাংলেদো। মসিদি থোকখবনিমা ইনুং অসি ভাংগা, লাইনা তম্বা অমা লাক্লগনি খন্দুনা লৈরিবেদা. কেগে মাইরাং থাংজিং লাইনা উরে। কোনুনা মালেমথক্তা তাত্তনা লৈরি. কোনুসি নোংঙানখবদি অরবা ওইরগনি; মনাইবু কনবিগে খনবিদুনা থাজি. লাইনা লেংবিরকতুনা খুমন কাওববুস্তু শুমথে, কানুবুস্তু লৌশিং তাহনখি। মতাং অসিদা কোনুনা ইফিং ফিংনা হোগগুনা চেন্থোক্লক্লে। থোগান মৈরবা মতমদা মচা অনি তুমহেবাবু নিংশিংনকতুনা মথোং থাবাবু ভ খিদ্রে। হাং তাইবং মালংপান মমানা মচাবু নিংবা কয়াদা ব্রাংখুবা থাকনো। মথরয় থাগদোবগুম কিরবা অত্তু জুদা মচাগী মৈমা কনবসি কয়া মুক্তা কনখুবনো; মচাবু হোদোক্লগা পাউমেনলুখিগে খক্লি। র খল অসিগা লোইননা খোংথাং নাশোল পিকনা শউন তপ্পা লেংম্না লেংম্না চংলক্লে। ফমেনখংবা য়েনখাদা চংখিদুনা, মমাগা মচাগা হিগফমগী মপাদা লেপ্লরে। মতৌ করম তৌনা ইমোমবু তান্নবা কৌশিগে খল্লকলে। কান্নরবোই ফক্লাং অসি থিংগাইরগা ইচানা তুম্লিবসি হোদোক্লগে খন্দুনা. চৈজা অমা পাইতুনা ফক্লাং অত্তু মখুন অমা হুংতোক্লে। অহোবা মখুন অত্তুদা ইকা অমনা থিন্দুনা মচাবু লোননা হোদোক্লক্লে। ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা, নংবু নমিংশিংউদা লোম্না লোম্না কৌরক্লি। মমানা ইকানা থিল্লকপদা থোইনুগী মশাদা থিল্লুরে। থোইনু

মমিংশি লকতুনা, করিনো বাখল তৌবদা, মম গী হিপফমদা মাহুনা য়েংলকই। মমাদি লৈরমদরে, তুমিননা ঙাইহাক্তং তাবদা পালেম এসামা লোয়া কৌরিবা তারক্লহুনা মমানি হায়বা থংলহুনা কক্লাংরোমদা মপশিন্দুনা মমাবু অবনা পিক্লা খুমলকই। ইমা ইমা! করিনো পলেমনা নমোম কৌরিবা হংলকই? কোম্নুনা মচাদা পাউমেমলি। ইমাগী ইমোম ইবেম্মা, ইমাদি মোইরাং য়ৌথ্রগে, নংদি নাহৌবা তারেদো। ইমানা লৈত্রবদি, নংদি ইমানা তাকপহু কাউগনু। নহুনিংথৌগা লোইননা মোইরাং য়ৌনবা লাকউকো ইন্নুং সোরাসি ঙামগদৌরে, ইমাদি কুইনা লৈবদি য়াদরে। খুমন কাওবনা ইমাবু উবদা, ইমাগী য়াইবী মাংলগনি; অস্সুম হায়না কপ্পুনা পাউমেল্লি। মমাগী মপাউবু তারগা থোইন্নুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লহুনা মমাদা পাউমেমজে। হাঃ পলেম ইমা ইবেম্মা, নচা লাইবকথিবী ঐগীদমক্তবু থনবিত্রবম্মু, ইচেমগী ইবুংঙো মুংশিবদি থোমলাং লাইজা লামলগা কনানা থোম্নাং ইমবিহুনা থকমি ইমা। মচা অঙাং নবা ওইবিনি, ইহুনিংথৌবু করম্না নাওয়োক্তবমোনে ইমা। মচাগী মুংশি মপাউবু তারগা কোন্নুনা হিক্লা কপ্পুনা হায়রকই,—ইমাগী ইমোম কপকনু, ঙসি মহুনিংথৌনা মিপক থোক্লকপদা থোমলাং থকনিংহুনা কপলবা মতমদা থক্লমবা থোমলাংবু ইমানা শুমহুনা থনমগেকো। মকমদি ফৌশুশংদা মিসিশুম্বন মথুন্দা পাংথোক্লা থারগা ইমানা থোমলাং শুমহুনা থনমগেকো। মহুনিংথৌনা থোমলাং লামহুনা কপ্লকপদা, ইমানা শুমলম্নিবাসিবু পিথকউ

হায়রগুমা কপ্পরিওদা ইনুংবদি ঙাক্তোকংক্লে। কোনুস্তু পমবা য়াত্রগুমা ফোশুশংদা খোমলাং শুমগুমা থনমগা মোইরাং পাংনা খোঙগানখে।

থোইনুমা মচুনিংথৌবু কেন্দুনা লৈবরু অঙাং মমিংশিলক্নুনা ইমা ইনা খিরক্লে। থোইনুমা মচুনিংথৌবু পোচুনা মপান্দা থোকলক্লে, ফোশুশংদা চংশিনখিচুনা য়েংবদা মিসিগী শুম্বন মখুন্দা পাংখোক্লদা খোমলাং লৈরমলে। মচুনিংথৌবু য়েংচুনা, ইচেনগী ইবুংঙো, কপকনু ইমানা খোমলাং থনশ্মি, মাসি থকউ হায়রচুনা খোমলাংদা নাহোং ফিজিবু লুপ্পগা মচুনিংথেদা ইনবিরে। অস্তুম তৌরিঙৈ মতমদা খুমন কাওবস্তু হৌগংলকলে। খুমন কাওবনা য়েংখিবদা, অঙাং অনিনা মমিংতগী পিরাং শিপ্পচুনা লৈবস্তু উরে। মাচুবু উক্লরগা কাওবনা ব্রাথল তৌরকই। মমা কাইনবগী নৈচাক ফংলিবসিবু উরুবদা, এনা মখোয় অনি অসিবু য়োক-পিবস্তু য়াই। অচুবু অঙাংগী মমিংকি পিরাংদি তত্তনা ত,বদি তোকলোইদৌরি। মরম অচুনদি মখোয় অনিসিগী অরাবা অসিবু য়েংচুনা খুমন এনা লৈগদৌবা শরুকপুদি, মমাগা তিম্ন-হনখিবনা চুম্বা তাই, অমস্তুং মখোয় অনিগী মমাচুস্তু মচাগী মুংশিবনা মাথৈচুনা মফম অমদা শোইদনা লৈরমগনি। অঙাং অনিসি যণ শেল্লু হায়রচুনা থাদোক্লগে, মমাগা মচাগা উন্নচুনা চংখসনু খন্দুনা হায়রকই। থোইনু করিগী কপলিবনো, কপ-কাদৌবগী শরুকপুদি যণচুম শেল্লু। তারা চাক চারো, এগী যণশিচুম শেল্লু চংলু; মমাদো মপুক শেংদবীনি অস্তুম তৌনা

হায়রক্লবদা, থোইনুদো কিবনা থক থক নিক্লহনা খুমজে। ইপা ইবুংঙো! নমোমনা যণ শেঙ্গবদা ইঙ্গনিংথৌবু পুজগে হ মহুনা। তারা চাকপু চারগা থোইনুনা মহুনিংথৌবু মনমদা পোখৎলহুনা কাওরেন যণয়ামবু হোইদোকলক্লে. কোয়ৌ মুংশা মরক্তা যণ-শেনবুংদা য়ৌখরে হায়দা।

অসোমদা খুমন কাঙবনা, মমাগা মচাগা তিন্নথ্রসন্নু খন্দুনা লৈহৌই। থোইনুদি যণশেনফম য়ৌরবদা কাওরেন যণশিংহু মনিং মথা তম্মা চেন্দুনা মাগী মাগী চানবা শক্তিক লৈবা মফম য়েংহুনা চাইথোক্লহনা চেন্নরক্লে। মাহুবু উবদা থোইনুনা যণ অসিনা লাপ্পা চেনথ্রবদি মাংখিনি. পাঙৌ খুমন কাওবনা শাউগনি খন্দূনা যণবু থংশা লাক্লে। যণনদি য়াম্ননিনা অমত্তা থংপা ঙমলকতরে। মহুনিংথৌবু য়েংহুন ইচেমগী ইবুংঙো মুংশিবা, মংবু ইচেম্মা পুলৈ অশোংবগী মখোংদা ঙহাক্তংবু শুমগেকো, ইচেম্মা নংবু পোবসিদা কাওরেন থংপাবু ঙমদ্রেদা। অস্নুম হায়হুনা থোইনুনা মহুনিংথৌবু পুলৈগী মখোংদা আপাবা মাহোংনা মালেমদা থ রগা নাপিনা মোলাং শেমহুনা অঙাংবু শুম্না হৌরক্লে। অঙা স্নু তুমথখরে, মতম অহুদা থোইনুনা চেন্দুনা যণ ময়াম্নু হোইঙ্গিনবা লাক্লরি। অসামদদি অঙাংদি মমিৎ-শিংলকতুনা ইমা কৌতুনা কপ্লক্লে। থাপ্পা থোইনুনা তারহুনা মহুনিংথৌগী মনাক্তা চেনশিল্লকতুনা. ইচেমগী ইবুংঙো ইচেম লাক্লে হায়হুনা মহুনিংথৌবু পোখংলে। অঙাংদি তুম্বদগী য়াহৌ-রকপনিনা ইমা ইমা কৌতুনা কপলিদো মচেম্মা থেম্বদা ঙমদরে।

মতাং অসিদা থোইনুদো তৌফম খংলকত্রবদা মোইরাং-লোমদা ওন্দুনা মমাবু কৌদুনা কপ্লক্লে। হাঃ ইমা ইবেম্মা! ইমা নংদি তাব্রিরোই। মতুম্নিংথৌনা কৌরিয়ে, পিক্লবা অঙাং ঃখোয়না করম্লবু ইমাগী ননাক্ত লাকপা ঙমগনি। মমোম পারি অনিদি করম্নাবু হিংদুনা লৈগবা। অসি বাবু হায়দুনা ইমা ইমা কৌদুনা কোরৌ নোংখোংবগুম্না কপ্লিদে। কপচৈ হায়বদা মঙাইদা মমানদি তাবিদে। লমদম তম্না লৈখ্রবী য়াইথিং কেন্নুনদি তাখিদে। অঙাং অমিদি কোরৌ নুংথিল চুপ্পা কপ-চরি. খুমিদাংরাইরম ওইরক্লে। কাওরেন যণ্নাওশিং অদুনা যণবিগী মন ক্তা চদুনা মমাগী মখোমলাংবু থকলিদো। মাদুবু উর। থোইনুনা কপ্লদুনা হায়রকই—হে, যণ্নাও লাইবকপবী, নখোয়দি অপোকপী নমানা খোমলাংবু পিথক্লুনা হুরাওনবু থক্লিদো লুংঙ ইরিনিদা। নখোয়গী নুংঙাইরিবা অদুগুম্না ঐখোয়স্সু ইমা লৈরম্লবদি, ইমাগী তম্পাক্তা ফমদুনা কেজগদোৰা। ইমা লৈজদবনা ঐখোয়দি ইমাগী শকতমস্সু উখিদ্রে লাইবকথিবা অঙাংবু ওইরেদা। অসি হায়রদুনা কপচরি। অস্সুম তৌরিঙৈ তম্নদি থেংজিল্লক্লে. নুমিৎ মযুম চংগদৌরে; কাওরেন যণয়াম্নু হোইদুনা খুমনগী ময়ুম পাংলক্লে। খুনন যণগোন মনুংদা কাওরেল যণয়ামস্সু চংদুনা লৈখরে। থোইনুনা ইমুং চংদুনা মচিন মৌপরা অনিমা তুমিন তুমিন লৈররে। কাওবনা মাদুবু উরগা নুংনাংববু পোক্লুনা হায়রকই, থোইনু কাওরেন শেনবদা থেংনা কারকপা ফত্তে হায়রকই। থোইনুনা খুমজে, পঙ্গৌ

হয়েংদি ঙন্না পুজরক্কনি খুমজরি। মতুংদ দৈ মচিন মৌপ্য়া অনিস্সু তারা চাকপু চারগা খোমলেন তুমখুন তানখয়ে। খুমন কাওবনা অহিং অসিদা রাখল তৌখি। করম তৌহ্নমা অঙাং অমি অসি মমাগী মনাক্তা য়েংহনবাসিবু করি তৌসিবা। মাগী মমা কোন্নুহ্নবু খুমন ঐবু কিবদগী মচাবু নুংশিবাবু কাওবরা? মচা নুংশিবা খংদবী মাগী থগ্মোই অহ্নবু করিনো, অঙকপা নুপিনিদকো। ঐনা মোইরাংদা চৎতুনবু থিল্লুরশিরা। ঙসি হয়েং অসি য়েংখিগে, নোংমাম্নিনি অসিদা মমাহ্ন লাকতুনা লৌরম্রবদি, ঐনা মমাগী মনাকপু য়োনবা থোরাং তৌবা তাই, অস্নুম্না খুমননা রাখল তৌখি।

মোংঙাল্লবা মতমদা থোইনুনা তারা চাকপু চাহ্ননা মহ্ননিংথৌবু পোরগা কাওরেন ষণয়াম্নু হোইৎনা ষণশেনবা চৎলকলে। ষণশেনবুং য়োহ্ননা কাওরেন ময়াম্নু শেনলে। মতম কৌবী লাইরেম্মাদি অরেপ্পা লৈতবনিনা নুমিৎস্নু থেংলকলে; কাওরেন হোইগৎলগে লাক্লজে। অহ্নবু ষণনদি ময়ামনিন্না মশীংস্নুনা হোইববু ঙমদরে। অমারোমদা থংলৈঙদা অমারোমদা মচেনখি, নুমিৎস্নু তাখরে। থোইনুনা খল্লি, ঙসি ঐনা য়ুমদা চংশিল্লুবদা খুমন অথৌবনা য়ৈবা তারে; ঙরাংস্নু থেংমল্লি হায়না শাউখি। ঙসিদি নুমিৎস্নু তারে, অহ্ননদি ষণশেনবুং অসিদা অহিং অসিমহ্নম লৈরগে খন্দুনা, কাওরেন ষণস্নু মমলাবহ্নদদি ষণলুপ ওইনা পুন্না লৈরি। ষণয়ামগী মনাক্তা থোইনুনা অহিং অসি লেল্লগে নিংহ্ননা মহ্ননিংথৌবু নমদা পোহ্ননা অহিং অসি লেল্লক্লে।

মতমনদি থেংলকলবদা অহিংগী লিক্লা তারক্লবদা, লিক্লবা অঙাং অহৃদি নিংখমহুনা ইমা কোনা কপলক্লে। মচম্না মহুনিংথৌবু থেমজিনক্লে, অম্নিংবনদি হে কতুনা অঙা কপ্লকপদি থেম্বা ঙাংকল্লবদা খোইন্নুনা অহিং অসিদা মোইরাংলোমদা চেল্লগা মমাবু কৌহুনা কপ্লক্লে। হাঃ ইমা ইবেম্মা, নচানা রাম্নিবা অসিদি ইমামদি উরিরেই. ইমা কল্লিগী লিংজেনবো। নচা অমি লৈহৌরি হায়বসি মেংমতম্ব ইমামা খঙবিদবেই। লাকপগবা ইমা, অঙাং ঙইরিবী নমোমনা করম তৌমা হিংগনি। হাঃ খোইয়ুম নোংদম্বা, অঙাং ঐগী মপোক্লা কল্লিগী অম্বুকথিনা নোংদম্বিবনো, অম্বুম্না নোংদম্বিরম্বা শরুকপুদি য়াইবী মাংবনা করমগনি। মসি হায়হুনা থেংলবা অহিং অসিদা অঙাংনা খোঙ্জেল রাংনা কপলক্লে।

মতাং অসিদা কাংরেন যণয়াম মরক্তগী মমিংনা লাংতোম্বী কৌবী যণবী অমনা উরক্লে। যণবী অসি মচা পিক্লিবা যল্লাও অমম্ব ল। মচাহুনা মমাগী খোমলাং থক্তে তৌবদা, যণবী অহুনা মচাদা য়েংহুনা মপুক্লিংদা খনথি। ইমাগী যণাওমচা নহাক্তি ইমা লৈবম্নিনা থকনিংবা মতমদা থকপা রাগনি। য়েংউ আদা মমা কাইনরবী অঙাং অনিনা খোমলাং লাম্বনে, নিংথম্বনে খাংবা ঙমদ্রহুনা মমাবু কৌরগা কপ্লিবসি। ইমানা য়েংববু ঙমদরে, নংদি মকম অসিদা লৈরম্মু। ইমানা অঙাং অসিগী খোমলাং পিথকলুখিগে। অম্বুম থল্লহুনা অঙাং অমিগী মমাক্তা যণবী অহু চংলক্লে। কপ্লুনা লৈরিবা অঙাং অনিবু যণবীনা মরৈনা লেকতুনা, ইমাগী ইবেম্মা রাগম্বু ইমা লৈ

হায়বগী মভোঙুম্না অঙাং অনিবু ষণবীনা লেকপি। মতাং অসিদা থোইনুনা থল্লি। কাংবেম ইমা অসিনা চানবিবা অসিনদি ঐখোয় ইচেম ইপানা লিক্লাগী চোংলিবা অমম্তং নিংথম্না অসিখিবিক অসিবু ইমা ষংবীগী মথাদা চংহুনা লিক্লাবু থাংগে থন্দুনা মহুনিংথেংগা লাইননা ষণবীগী মথাদবু চংহুনা লিক্লা থাংগদোবগী চংশিন্দুনা কাংবেন মথাদা লৈরবে। ষণবী-মস্তু খোমলাং পীথকনিংলহুনা কাংবেন ষণবী হাকী লাইজা খোমলাংবু শিন্দহুনা অঙাংগী মথক্তা তপ তপ তারক্লে। থোইনুনা মাহুবু উরগা, মহুনিংথোবু মনমদগী থাহুনা ইচেমগী ইবুংঙো ষুংশিবা, ইমাগী খোমলাং তারক্লে। খোমলাং অসি থকসিদা হায়হুনা মচেম্না মহুনিংথোবু খোমলাং অহু নথুংনা য়াহুনা মহু-নিংথোবু পিথক্লি। অঙাংগী পিপুক থল্লহুনা মচেমগী মতম্পাক্তা ভুমথরে। অসুম তৌনা অহিং অসি লেল্লগা. নোংঙাললক্লবদা থোইনুনা ষণ ময়াম থমংহুনা মচিন মপানা য়ুমদা চংতুনা হায়া চাকপু চাক্লসি হায়হুনা খুমন কাংবগী ময়ুমতাম্না লাকলি।

অসোমদা খুমন কাংবদি অহিং অসিদা অঙাং অমিনা য়ুমদা হল্লকত্রবসিদা মখোয়গী মমাগা উন্নহুনা মমান্না পুখ্রাম্লে থন্দুনা লৈরি। অসি থন্দুনা লৈরিঙৈদা, অঙাং অমিনা হেক চংলকপা উথদা খুমননা হংলকখি। হায় থোইনু, মখোয়দি ঙসি অহিং অসি কনাগীদা লৈরকবনো? মমাহুগা লৈরুমরা, মমাহু কদাইদা লৈহৌই হংলক্লবদা—থোইনুনা খুমজে। পাংলৌ ইমাদি উন্নজদে, মচাবু নুংশিবা থংত্রবী ইমানি। ঐখোয়মস্তু ইমাবু

নুংশিবা লৈজদে খুমলৈ। মাহুবু তারগা কাংবগী মপুক্কিংদা নুংঙাংবা অমবু পোকখি। অঙাংনা নুংশিজবী মমাবু নুংশিদে হু'মহুনা খুমমগী মমাংদা খুমাহু তারগা, কাংবগী থম্মোইদা নুংঙাংবনি। কাওবনা অমুকম্ব হংলকই। ঙসি অহিংদি মখোয় অনিম' কমাগীদা লৈক্লই? হংবদা খোইনুনা পম্খৈ, ঙরাং মণয়ামহু হোইগৎচবদা মশীং ৱাংলহুনা যুমদা লাক্লবদি পম্খৈমা মণ মশীং ৱাংলি হায়রনা চৈরগনি কিহুনা মণশেনবুংদা লেক-তুনা লৈবনি, হায়না খুম্নবু তারগা কাংবগী পুক্কিংদা হেন্না অমুকম্ব নুংঙাইতবা পোক্লে। মতৌ করম্বু তৌহনা অঙাং অনিসি মমাগী মনাক্তা য়োইনখিসিবা খন্দুনা কাংবনা তুমিন্না লৈখি। মতুংদদি খোইনুদি মমাগী লমদমদা য়োনবা চেক্লগে হায়না খনখি। শিংইদা কোন্নুগী মচাদো, অঙাংগী পিপূকনুংদা থাংজিং-নবু লোশিংহুম হাপলবরা। ঐনা ইমাগী মনাকপু য়োত্রিহৈদা খুমমগী তাওবা অসিনা খংখ্রবদি, চুইনা মাংচিংহুনা থিরকনি। অহুনদি চুই অসিবু হানা পেনবিনবা হায়জরগে খল্লহুনা, তত্রা চাকয়োম পুহুনা চুইগী মনাক্তা চংলক্লে। চাক অহু চুইগী মমাংদা থারগা মমিংতা পিরাং তানা কপ্পুনা হায়জরক্লে। হেং ইপাগী তাওবা, ঐনা পিজরিবা চাক অসিবু চাবিয়ু। ঐদি ইমাগী নাক্তা য়োনবা চংখ্রগে, মংনা ঐখোয়বু ইমাগী মনাক য়োনবা নম্বেলদি খংজদে, নংনা খংলবদি লম্বেলবু তাকপিয়ু; মতুংদা অমুক হন্নম্ব থিবিরক্নু হায়রহুনা চুইগী মরোং মনাক্তবু কপ্পুনা হায়জরক্লে।

অঙাংগী মতৌহুবু উবদা তাওবদো মমিংতা মপি তাহুনা খঁরক্লি। হুই মাদি খুমননা তমবিহুনা মীরোল শেংনা খংলবা হুইনি। মচিন্না মীরোল খোকত্রবস্থু মরোলদি হুই অহুনা খংই। অঙাংগী মতৌ উরগা তাংবাহুনা অঙাংগী লম্বেল তাক-পিগে হায়না খল্লহুনা, অঙাংগী মমাংথানা শেম্বোকখে। হুইনা চেনখিবা অহু উবদা খোইনু তঙক তঙক য়েংহুনা লৈহৌরে। হুই অহুনা অমুক হঞ্জিল্লকতুনা অঙাংদা ঙাখোক ঙাসিন তৌহুনা চৎসি খিনবিরগে হায়বগী মওংদা তক্লরে। খোইনুস্থু মপুক্লিংদা খত্রি। তাওবনা চেম্বোকলুবগা অমুক হঞ্জিল্লকতুনা ঙঙোন্দা তকলরিবসি ইতেং পাংবিগদৌবনু মাংল্লে খল্লহুনা, হুইগী মতু বু ইন্দুনা চেংগে খন্দুনা, হুইনা মাংদা চেল্ল। খোইনুস্থু হুইগী মতুংবু ইন্দুনা চেল্লক্লে। খর চেলনা চেলনা মোইরাংগী লম্বেল অমি লোংত্রবা ফাওবা থিন্দোকপিরে। মফম অসিদগীদি মোইরাং ফাওবা লমবেল শেইররোই হায়বা মফ দা হুইনা চপলেপ্লুনা মমিংতগী মপিবু তারহুনা মচিমনা মীরোল খোকত্রবস্থু মওংদা খংলগনু হায়বগী মতৌনা খংহল্লি। হুইদি লৈহৌরে, অঙাং অনিদি চেনখে। অঙাং অনিনা চেল্লকপসি য়াংগোই তোর্বান য়োগদোরে, য়াংগোই তুরেল্দি খোং শাদে, ইরামবা ঙমলোই-দৌরি হায়বসি থাংজিং লাইনা উবিহুনা ইর'নবিরগে খন্দুনা, থাংজিং ইবুংঙোনা লেংবিরকতুনা অঙাংগী মমাংদা পামবা কৈবু শাহুনা চোংখোক্লকতুনা ঙলরে। অঙাংনা কৈবু উবদা অকিবগী মওংনা খংবদগী তিংতম বাহুখি। মতাং অসিদা পামবা কৈহুনা

অঙাং অমিবু থৈবমমনা পমদুনা ভুরেল লাম্না চোংলক্তুনা তোর্ব্বান বাংমদা থনগলে, কৈদি মাংখরে। মতুংদা অঙাং অমিস্তু ব্রাম্বরুংদগী লৌশিং তারক্তুনা কোইনা য়েংলকপদা কৈ লৈরমদ্রে। অঙাংনা অমুক চেল্লক্লে। থোইনুনা চেল্লকপসি মীখোল হেক তাবা চফমদা মারক্তা লেংংলি, মীখোল তাত্রগা লম্বেলদা চেল্লি। অঙাং অসিনা চেল্লকপসি লমলেম ভৌবুন য়াংবী হায়গংলক্তুনা লুংলাংদোং য়োখে। য়োইয়াই মালেম অঙামবস্তু লোইবি চীংগী মরুমদা ময়াং থোংনাং পাংখরে, তোম্বা নারন চনখেদো। থোইনুদি থেংলক্লবা মতমদদি চংজ-ফমদি থংজদা লুমলাংদোংগী খুংক্তা মহুনিংথৌবু পোরগা মমস্তুক তৌরবা মতংদা ইমা ইমা কৌহুনা ইঙাও ঙাওনা চেল্লিদো।

মতাং অসিদা লুব্রাং নুপী অমনা ঙরাং মোংলেম নোংজাদা মথান্নুংগী মপারী পিক্লবা অমবু অমনখিবা। ঙসিদি নুপী অহুগী মচানা থকত্রবা খোমলাংবু হৌরকপগী পুথা ঙমত্রগুনা মচা কৌহুমা কপলম্মি। মুমিং তাখিগদৌরে লাইজা ঈশিং থরদং শোকল্লুগে থন্দুনা পুল্লাং খুত্তা পাইহুনা হেক থোক্লকই। অঙাং পিক্লিবা অহুমা অঙাং অমবু পোহুনা মমলকলবা মতম অহুদা চংজফম থংত্রহুনা চেল্লিবাহুবু উক্লরে। মচা থাইনরবী মমা অহুনা অঙাং অহুবু হেক উবদা অঙাওবীগুম চেনশিল্লক্তুনা অঙাংগী মমাংদা থংলরে। ঙাইখো ঙাইখো ইবেম্মা করিগীমো চেল্লিবা ইমানা বাবু হংখিগে, হায়হুনা থংতুনা হেক থাম্বদা। থোইনুমা হায়জে “হাঃ ইমা নপাকমা ঐবু থাদোকপিয়ু কাগনু।

ইমা ফংঅ্রবী অঙাংনি, ইমাগী মমাক্তা য়োঁজগে হায়রহুনা লাকপনি। ইমা মংমা ফারিবা অসিবু খুমন কাওবগী মীরা. তোল্লবী ইবু থাদোকপিয়ু হায়রকই। বা অহু তাবদা নুপী অহুনা হংলকই— "ইমাগী ইবেম্মা মংমা হায়রিবা খুমন কাওবা হায়বদো ইমাদি মশক থংদেদা, খুমন মামা লাকতুনা ইমাদা হংলবা থোক্লবস্ত্র ইমানা মংবু তাকথ্রোই ; কদায়দা চংকে লাকপমো ইমাদা অশেংবা তাকউদা" হংলক্লবদা। থোইমুনা খুম্জ—ইমানা ঐখোয় অনিমক হুন্দোকতুনা থমমলে, ইমানা লাকউ হায়রমি। ইমাদি মোইরাংদা লৈবনি, মোইরাং য়োগে লাকচবমি থাদোকপিয়ু হায়হুনা নোংলেন খোংগুম কপলক্লে। অঙাংগী মপাওবু তারগা, ইমাগী ইবেম্মা ঙাইখোদা, মোইরাং লমদমদি লাপলিদা, ঙসিদি য়োববু ঙমলয়োই, ইমাগী য়ু•দা চংলসি। ঙসি অহিংদি ইমানা নখোয়বু লাংগোলগে, মহুনিংথৌহ থায়োদা, ইমানা খোমলাহুম ইনগেকো। অসি হায়হুনা নুপীহুগী ময়ুমদা অঙাং অনি অহু পুশিল্লে।

অহিং অসি অঙাং অনিবু নুপী অহুনা লাংগোনবিরে। নোংঙাল্লবা মতমদা থোইনুনা হায়জে। ইমা পলেম ইবেম্মা, ইহুনিংথৌহু পোজরগে পিবিয়ো, ইমানা মোইরাংবু য়োগদবা লম্বেল তাকপিগনি হায়বিবদো মমোমদা তাকপিয়ো ইমা, হায়জরবদা। লুরাং নুপী অহুনা অঙাং অনিবু লুরাং পম্বোংদা থিন্দোকপিরক্না মোইরাং য়োনবা লম্বেলবু তাকপিখি। অহুদগী অমুক অঙাং অনিহু মোইরাং য়োনবা চেক্লিক্লে মীখোল অমা হেক তাবগা

মারক্তা লোংলিদে। মীখোল তাদ্রগা লম্বেলদা চেল্ল। মতৌ অম্নম তৌনা লাকপসিনা মোংও মবদগী চেল্লকপনা কোরৌ মুংথিনবু ওইরক্লে। মুংথিনগী মতমম্ব লোইশিল্লকতুনা মুথিংম্ব তাখরে। লম্বেলদা চেল্লকপদা লাইজা ঈশিং লৈরম্বু উবদা মচিন মোপ্না অনিহুনা ঈখৌ লাংজ। অহিংগী মতমম্ব ওইরক্লে, অণ্ডাং অমিংসি লমদম মোইরাং য়ৌরক্লে। অঙাংদি মোইরাং য়ৌরে হায়বা থংজদে নোংঙানলমদাইদা মোইরাংগী অউন কৈথেল্দা থুংলরে। নোংঙানফুং হেক তৌরক্লে। থোইহুনা য়েংখিবদা উরে, কৈথেলনি হায়বসি থংলহুনা, মহুনি থৌ য়েংহুনা, ইচেমগী ইবুংঙো মুংশিবা রারগনু। মকম অসিবু কৈথেল ওইরমাল্লে। ওরাং কৈথেল কারম্বগী অচা-অথক তারমগনি। ইচেমগা ইহুনিংথৌ নংগী অচাথক তারমগনি চাকুসি হায়হুনা উফুল মাঃল মরক্তা করিবু তাবগে য়েংহুনা লৈরিয়ে। হায়রিবা কৈথেল অসি কনা কনাগুম্বশিংনা তেসা কৈথেলনি হায়মম্ব হায়নৈ।

কৈথেল অসিদা মখোয়না অচা অথক তাবরা য়েংহুনা লৈরিঙৈদা কেগে লাল্লোই অণ্ডম্বা, খুমথৌরেম্বা মপারি খুম্লোম হাঃবা অণ্ডম্বনা মমাই মশনগী লোইনহুনা তেসা রাংখোং পেংলুগে তান্নান মরি থংলুগে হায়বগী অণ্ডম্বা থোক্তশাল্লকপগী মীখোল তারক্লে। মীখোল অসি হেক তাবদা থোইহুনা তক্ষিং তক্ষিংনা খু.ম কাঃবা ওইরম্বা তারে থন্দুনা লোংকম্বু কৌইনা য়েংলকপদা, কৈথেলগী মথ থংবা চিথেকত খোংবাল মরা পাংখোকলা মোং-

শোং অমা লৈ। পাংখোক মোংশোং অহুদা থোইনু অহু চেনশিন্দুনা লে'ংখরে। মোংঙাল্লমদাইগী লিক্লা তাবগী লিক্লামা পাংথোক মনাদা শকলস্না লিক্লামা থোইনুনা চেনশিঃকপদা পুমচোং চোংলেদো। মতৌ অসুম তৌনা লোংলিবাহু কনানা উহৌবগে হায়বদা, হাওবমা অবাংবা দোলাই মথক্তগী লাপ্লা উথিয়ে। মাহুবু উবদগী হাওবনা মনাইশিংবু য়েংহুনা হায়রকই.— তারিবরা, কেগে অথৌশীজা হেনবাখোই থয়াংকোন্দাই লোন-বশিং! পাংখোক মোংশোং অসিদা পিক্লবা অমমা পিক্লিবা অমবু পোহুমা চেনশিনখিয়ে, করিনো হায়বহু থংমিংই। নখোয়মা মোংশোং অসি কোইশিন্দুনা নমহুনা য়েংউ। থেংনরবদি ফাহুনা ঐগী নাক্তা পুরকউ হায়রক্লবদা, মনাইশিংনা মোংশোং অহুবু কোইশিন্দুনা নমহুনা য়েংবদা অঙাং অনিহু লৈরমলে. ফাহুনা পুথোক্লক্লা হাওবগী মাংদা পুশিল্লক্লে। অঙাং অনিদি ফাবহুদা চশা অহু থক থক নিক্লহুনা, ইমা ইমা কনবিয়ু হায়হুনা মমিংতগী মপি তাহুনা কপলি।

অঙাং অনিহু হেক উবদা হাওবদি লৈবা ঙমদহুনা নুংশি পুক্লিং হুরক্তুনা অঙাংবু য়েংহুনা হায়রকই, "অঙাং অনিমক কিপনু কিপনু। করিস্নু তৌরোই কিপনু। নখোয় অনিবু থোইয়ুম লাইরা, নমুতাইবং মীরা, শেংনা নপাওবু হায়য়ু" হংলক্লবদা থোইনুনা খুমজে। ঐখোয়দি লাই নত্তে মীনি হায়জে। হাওবমা অঙাং অনি নখোয়না মকম অসিদা করিগী অস্থক ঙমা লৈরমলিবনো হংলবলবদা, অঙাংনা খুমজে। ঐখোয় অসিদা

লৈরম্বা নত্তে, ইমাবু খিবা লাকচবনি, ইমানা ঐখোয়বু লাকউ হায়রম্মি। ইমাগী মনাক য়ৌজগে লাকপনি, ইমানা লৈবদি মোইরাংদমি হায়রম্মি। মোইরাং হায়বদো করা য়াংলিবনো খংজদে, পম্মৌনা খংলবদি অমুক্তা তাকপিয়ুগবা হায়জরকই। অঙাংনা মথয়ায়বু য়ায়রদুনা মমিংতগী মপিবু মতুম মতুম তায়রদুনা থক থক লিক্লা হায়বদুবু, হাওবনা তাবদা য়েংবা ঙমলকত্রে। অঙাং অনিমক কিগন্নু, ঐনা নখোয়গী নমাগী মনাক য়ৌনবা থিনগনি। নিংথমলবা মাল্লে, সে সে চরৈফিসি ইনশিল্লু কিগন্নু, অশেংবা য়াবু হায়য়ু। নখোয়গী নমাদু করি মমিং কৌবগে? পম্বৌগী মমিং খংলবদি তাকউ, ঐনা নখোয়বু নমাগী মনাক্তা থিনবিনি হায়রক্লবদা। অঙাংনা হায়বৈ, পম্বৌ মানবা তানিয়ু, ইমাগী মিংস্থ হায়জগে, পম্বৌ মশক খংজদে; মিংদি ইমানা তাকপিরম্মি। পলেম পম্মৌগী মিংদুবু হায়জগে। অদুগী মতুংদা, করিগুম্বদা পম্মৌনা লেংবিখিবদা ঐখোয়বু ফাংদোবগী খুমন কাওবনা ভান্নরক্লুনা লাকপদা পম্মৌনা অঙাং অনিবু তাকপিগন্নু হায়দুনা কপ্লক্লে।

অঙাংগী য়াঙাং তায়গা খুয়োন হাওবদি দোলাইদগী মালেমথক্তা চোংথরক্লুনা, অঙাংগী মমাংদা চেনশিল্লকতুনা অঙাংবু চেক্কেং কোল্লগা কপলকই। হে অঙাং লাইবকথিবা কিগন্নু, ঐনা খুমন কাওবদুবু থেংনবা মকমনা হাংকে হায়দুনা ঙাইবসি কুইরবনি হায়রগা, য়োংখোংবগুম কপ্লদুনা দোলাইথক্তা পুথংতুনা কৈরা নাম নাম পমদুনা, নোংদম্বা মংগী য়োংদম্বা অদুবু অসিরা

হায়রহুনা কপলি। অঙাং অনিদি খংদবনিনা য়েংহুনা লৈরি। হাওবনদি মচানি হায়বদি খংলগা, ঐদি মখোয়গী পন্থৌনি হায়হুনা তাকপদা অঙাংনদি খংদবনিনা ওক্কনি হায়হুনা খল্লুরগা, মচানি হায়বা খংলবস্তু অশেংবদি তাকতে। কপ্লা কপ্লা হাওবনা অঙাংবু য়েংহুনা হায়রকই। "ইবেম্মা, কিগনু নমানা' লৈবা নোইরাং হায়বা লমদমচু অসিনি। নমাগী মোংবা ময়ুম তাপিগে রাগনু" হায়হুনা হাওবনা মচাবু দোলাইথক্তা পুখংহুনা মতম্পাক্তা পয়গা কোনুনা লৈবা লমদমদা মচাবু পুহুনা লাক্লে। কোনুনা লৈবা থোঙ্গান্দা হাওবনা লাওরকই—লমদম অসিদা লৈবী মুজা কনাগুম্বীনা মচা কাইনবা য়াওবরা; নচানা মমাবু থিরক্লি। করিগুম্বা নচাবু লমদম তাম্না লৈহৌবী য়াওরবদি নচা মানবরা য়েংলোদা। নচা ওইরবদি লৌশিল্লো হায়হুনা লাউরক্লে।

হাওবনা কোনুবু মমিংপন্দনা কৌরিবসি করিগীনো হায়গনি? হাওবনা কোনুবু মোইরাংদা লাকই হায়বসি খংদ্রি। মরম অহুনা কোনুবু মমিং পন্দবনি। হাওবগী খোনফম হেক তাবদা কোনুদি তুম্মি তুম্ফম খংদা, চাই চাফম খংদনা মচা কাইনবগী মৈচাক্লে, মবুংওনা কোনুবু লৌশিনবিরোই খনবগী মৈচাকনে, অনি পুন্না রারবী কোনুনি। হাওবনা লাউরকপা তাবদা মচাগী মৈনা থম্মোই কাইরবী কোনু অদো ইফিং ফিংনা চেম্থোক্লকই। মচা অনি ওইরমগনি হায়না খনবদি খন্দে। মরমদি—মচানা অঙাং ওইবনিনা, মোইরাংদা লাকপা ঙমগনি হায়বা থাজদে।

অহুবু কোন্নুনা খল্লিবদি, মাগুম্না মমা মচা কাইনবী কনাগুম্বীগী মচাবু ওইরিগবা। ঐনা পারি ইমোমবু কাইনবগী মৈচাক ফংবগুম, মমা অহুস্সু ৱানা লৈরম্লগনি। মমাগী লমদমদা অঙাং অহুবু পুহুনা শিন্নবিগে খন্দুনা থোংজিন নাতৈবু কাংহুনা মাংগোন্দা চেম্থোকরকই। কোন্নুনা মাংগোন্দা চেন্থোকরকপবু উবদা থোইনুনা হৱাওবনা, ইমা ইমা হায়না হৱাওনা কৌরকই। কোন্নুনা মচাগী খোনফমবু তাবদা মংগুম্না থোক্লে। মচা লৈবা মফমদা য়াংনা থুনা চেম্থোক্লকপদা, অঙাংদি মবুংঙো হাওবনা পমহুনা লৈরমলে। কোন্নুনা মচাগী মনাক্তবু নকশিনক ঙমখিদে। মরমদি -খুমন লমদা লৈরুবনি হায়হুনা মবুংঙে চিংনবিরমগনি খল্লুবদা, মচাগী মনাক্তা চংশিনজববু ঙমা তাংজা লুক্লাবু লৈখে।

মতাং অহুদা থোইনুনা হাঃ ইমা ইবেম্মা, নচাবু নুংশি ন্দবরা? ইমা, ইহুনিংথৌ চাউদ্রিবা খোমলাং ফংদ্রবনি, ইহু-নিংথৌবু খোমলাং ইনবিয়ু হায়হুনা হায়জরকই। মাহু ফাওবদা কোন্নুনা মচাগী মনাক্তবু চংলকপা ঙমদ্রবদা, হাওবনা দোলাইদগী মচাবু মলেমদা থাংথবিরে, চংশিল্লু হায়হুনা তাকপিরে। অঙাংস্সু অপনবা লৈতনা মমাগী মনাক্তা মহুনিংথৌবু পোহুনা চেনশিল্লক্লে। মমাবু চেংনা কোনজহুনা কপচৈ। মচাবু কোনজরগা মমিংতগী পিরাংবু তাহুনা কপ্লি; অহুবু হাওবনা উরহুনা কোন্নুগী মনাক্তা চংশিল্লক্লুনা হায়রকই। "কোন্নু ইনেম মচা। করিগী চিংমবা লৈবনো, চিংনগন্নু ইবেম্মা। মমাংথক্তা হায়নখিবা ৱাফমবু

কাওরবরা নুংশিবী। ঐবু নংনা ইকাইবত্থু থাদোকউ, হায়ত্থুনা কোন্নুগী খুজেংবু পাইত্থুনা লাকও চংসি জুজিকমক, হাওবা ঐগী ইয়ুমদা। মবুংঙোগী ময়াথংবু তারবদা, কোন্নুনা হাওবগী মথোং থঙাল অম্নিবু কোন্দুনা খুরুমজে। কোন্নুবু পোকপা পলেম পম্হৌ অম্নিবু হাওবনা খুরুমজত্থুনা কোন্নুনে, মচা অম্নিনে হাওবনা ময়ুমদা পুরক্লুনা নুংঙাই মরাং কাইনা, অপাম নুংশি থুংনত্থুনা লৈমিন্নথি হায়দা॥




মোইরবা